# য়াওফম-তাকপা

## হীরম

# রাহৌদোক

"মী ওইবা" হায়বসি মতিকচান। জ্ঞান লৈরবা অমদি, তাইবংগী জীব পূম্নমক্কী অণোইবা, মানা মানা তৌনিংবা থবক খুদিংমক্তা মনিং তৌনা তৌবা ঙম্নবা, ব্রহ্মাগী খুৎশেমদা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা অমদি খ্বাইদগী রাংলবা থাক্তা পোক্লবা জীব মথল অমনি। মতীক চাবা জ্ঞান অমদি শিক্ষা দীক্ষা ফংলিবনি। তিন-কাং, শা-উচেক ওইনা পোক্লিরৈদা, মতীক চানা ওইরিবা মপোক্কীদমক, ওইরক্কদবা মপোক্কীদমক শেমজহৌবা ঙমদ্রবস্থ মপোক অসিদদি শোয়দনা ঙম্ফম থোক্লবনি। মী মী অদুনা বেদ শাস্ত্র পুরাণগী নিয়ম মতুং ইন্না, তাইবং লোনচৎপু ঙাক্না চৎলবতদা মীথোই মীহেনবা ওইগ-দৌরিবনি।

ঙসি ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক অসিদা মথল কয়া কয়াগী লাইরিক লাইশু ফনা য়াম্না লৈরে, অদুবু বেদ শাস্ত্রগী প্রমাণগা লোইননা তাইবং লোনচৎকী মরীদা, নৌনা হৌরক্লিবা অমস্থং মতুংদা সমাজগী য়ুম্বী ওইহৌগদৌরিবশিংগী লাইনা খংজবা য়াবা জ্ঞানগী খুৎলাইদি মশীং খরা রাংনা লৈবা উবদগী, পংলবা পশুত্ব জ্ঞান ওইরবা ঐনা "তাইবং লোনচৎ" হায়বা লাইরিক মচা অসিমতং ইজরি। লাইরিক অসিনা হৌরক্লিবা ইচিন ইনাওশিংগী মরীদা খিত্তুংদা ওইরবস্থ কান্নবা ফংলবদি ঐগী হোৎনজমল ফংজরে নিংজগনি। ইতি।

—অইবা

# করিগুম্বা অমতং

"তাইবং লোনচৎ" কৌবা লাইরিক মচা অসিমতং মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্নুংগী লৈচন অমতং ওইনবগী মরীদা শ্রীযুক্ত খাণ্ডেম্বম মণিহার সিংহ, উরিপোক খাইদেম লৈকাইদা লৈবা ভদ্রলোক অসিনা উৎসাহ কয়া পীবিহুনা অমসুং শেল-থুমগী মতেং কয়া পীবিহুনা, অমদি শ্রীসেরাম উদ্ধব সিংহ খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাইদা লৈবা ভদ্রলোক অসিনা অৱাবা কয়া থাংহুনা প্রত্যুসরগী ভার লৌবিহুনা, ভদ্রলোক অনিসিগী মতেংনা লাইরিক মচা অসি পুথোকচবা ঙমজখিবনি। ভদ্রলোক অনিসিগী মরীদা শিংবা লোইরবোইদবা লম্মন অমা পুন্সিসিদা কোকথক্তা পুহুনা লৈজরবনি।

লাইরিক অসিগী মশাদা রাহৈ রাত্তা রান'ন্নচিংবা শে'য়বা, কম্পোজদা লানখিবা য়াওবনচিংবা পূন্নমক পাবিরিবশিংনা শেমজিন শাজিন্দুনা পাবিনবা থুং-লোন্নজরি। মতুংগী চেফোংদা অৱাং-অপা, অরান-অশোয় পূন্নমক চুমথোকচগনি। ইতি।

লাইরিক ইরবা
শ্রীএ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা
উরিপোক, অহন্থেম লৈকাই
ইম্ফাল।

## ৱাহৈ অমতং

ঐনা ইজবা "তাইবং লোনচৎ" কৌবা লাইরিক মচা অসি, ঐগী শিক্ষা গুরু (তম্বীরকপা ওঝা) শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মাদা অচূম অরান য়েংবিনবা হায়জবদা শিক্ষা গুরুনা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পাবিত্নুনা অচুম অরান পুন্নমক য়েংবিরগা পীনবিরকপা পত্রগী কোপী মথাদা ইজরি। লোইননা অচুম অরানগী লম্বীদা মঙাল পীবিরিবা শ্রীগুরুগী চরণবু মতম পুম্বদা কোকথক্তা হাপচরি।

—অইবা

## থাগৎ-ৱাহৈ

এ, শ্রীলালকাহ্নাই শর্ম্মানা ইবা "তাইবং লোনচৎ" কৌবা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পারে। মসিদা মীওইবনা করম্বা লমচৎ চৎলগা অফবা মীশক অমা ওইবা ঙমগদগে হায়বগী মরম পুন্নমক হিন্দুশাস্ত্রগী মতুংইন্না ইরি। মসিগী মনুংদা মরুওইবদি গার্হস্থ্য ধর্ম্ম (য়ুম্বানবগী ধর্ম্ম) পালন তৌবা তাবদা মুনী-মুপা মশক খঙনা লৌন-লৈনবা অমসুং করম্বা থাবান্দা, করম্বা পুংফমদা গর্ভাধান (য়ুমদিন্নবা) তৌবা তাবগে হায়বগী মরমদা মতীকচানা তাক্লি। লাইরিক অসিনা সমাজগী য়াম্না কান্নবা ফংগনি নীংই।

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা
কাব্য, ব্যাকরণ, স্মৃতি তীর্থ
ব্রহ্মপুর নহাবম ইম্ফাল,
মণিপুর।

তাং ১৭। ১১। ৭৭ ইং।

# তাইবং লোনচৎ

ফাল্গুণ পুর্ণিমা

তাং ২১। ৩। ১৯৬১ ইং।

## কামশাস্ত্রগী মরমদা থরা।

"কামশাস্ত্র" ক'রিনো ?

কামশাস্ত্রনা করি কন্নে ? কামশাস্ত্রগা মীওইবগা কদাইফাওবা মরী লৈনৈ হায়বা ৱাফমসি থিদনা তুমিন্না লৈথোকপা চুমদে। শাস্ত্র খি'বিকপু তাগদবনি, তমগদবনি, হৈগদবনি। হায়রিবা শাস্ত্রশিং অতুগী মনুংদা কামশাস্ত্রসু অমনি। শাস্ত্র অসি থংদনা হৈতনা মীওইনা পা'ল্লিব'শিংতু অতৈ অতৈ ইতিহাস, পুরাণ, শাস্ত্র কয়ামুক হৈতুনসু মপুং ফারে হায়বা য়াদে। ভগবান শঙ্করাচার্য্য-মকসু ভারতকী মফম খুদিংদা শাস্ত্রার্থ তৌনবা কোইচৎ চৎলকপদা, ভারতকী মফম পুম্নমক্কী "ৱিজয়বাণা" ফংতুনা লাক্লবসু প্রয়াগতগী থা পংনা চৎলগা লৈবা মাহিষ্মতী কৌবা সহরদা লৈবা অমদি নিংথৌগুম পা'ল্লিবা "মণ্ডণমিশ্র" কৌবা ব্রাহ্মণগা শাস্ত্রার্থ তৌনখি। মখোই অনিগী অচুম চুমদ ৱায়েন তৌবীনবা ( মধ্যস্থ ) মীশক্তি মণ্ডণমিশ্রগী নুপী "সরস্বতী" কৌবীনা ওইরমই। ঙকনিংঙাই লৈতে, সরস্বতীদি মীচং মীথাই য়া'ওদবী শাস্ত্র খিবিক হৈরবী মতীক চাবী নুপীনি অমসুং য়েৎনগদৌরিবা মখোই অনিনসু ৱানরুতুনা

সরস্বতীনা মধ্যস্থ ওইরিবনি। অম্মুন্না থাথাই অমা চুপ্পা শাস্ত্রার্থ তৌনরকপদা মণ্ডণমিশ্র মাইথীরে, শঙ্করাচার্য্যনা জয় ওইরে হায়না মধ্যস্থগী আসন লৌরিবী ( রায়েন্লিবী ) সরস্বতীনা লাওথোকলে। লেপ্পখিবা মতুংইন্না শাস্ত্রার্থ তৌনবদা করিগুম্বা শঙ্করাচার্য্যনা মাই-থীরগনা সন্যাস ধর্ম্ম থাদোক্লগা গৃহস্থ ( য়ুম পানবা ) ধর্ম্মদা চংবা, মণ্ডণমিশ্রনা মাইথীরগনা গৃহস্থ থর্ম্ম থাদোক্লগা শঙ্করাচার্য্যগী শিষ্য ওইদুনা সন্যাস ধর্ম্ম লৌদুনা ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা শঙ্করাচার্য্যগী ভুং কোইন ইন্দুনা চৎপা মপোক্ত অনিগী পোন্থানি। হৌজিক্তি মণ্ডণমিশ্রনা মাইথীরবনিনা সন্যাস ধর্ম্ম লৌদুনা সরস্বতীনচিংবী ভার্য্যা অমদি ময়ুম মকৈ থাদোকপা তাবরুবদা সরস্বতীনা হায়খি :— আচার্য্যজি— নুপী হায়বী অসিদি বেদ শাস্ত্রনা নিপাগী হকচাং তঙ্খাই অমনি হায়নরি, অদুনদি আচার্য্যজিনা হকচাং তঙ্খাই অমবুদি [illegible]রে হায়বা নিংথিনা থংজবে। পংলবী তোল্লবী ঐভোন্দা কামশাস্ত্রগী মরমদা রাহৈ অমনিদং তাকপিরম্লবদি বিজয়বাণা লৌবি-খিবা য়ারগনিদি হায়ববু আচার্য্যজিনা পোকভৈদগী গৃহস্থ ধর্ম্ম চৎপিরক্তবনিনা থাঙ্গশেংনা কামশাস্ত্র হৈবমক্তি হায়বসি ঐগী পুক্লিংদা খিত্তংদি চিংনজে, অদুম ওইরবা ফাওবদা কামশাস্ত্রগী মরমদা খিত্তংদবু তাকপিরম্লবদি আচার্য্যজিনা বিজয়বাণা লৌবিখ্রো অমস্তুং ইপুরোইবগা হায়নখিবগী মতুং ইন্না ইপুরোইবস্তু নংগী শিষ্য ওইদুনা কোইনা নতুং ইন্দুনা চৎচরগনি। রাহৈ অসি হেক তাবদা শঙ্করাচার্য্য য়ুম্বী অমগুম লেপখি। ভাইহাক তুমিন লৈরুরগা শঙ্করাচার্য্যনা হায়খি :— "ইমা ঐভোন্দা থা অমতাংগী মতম পীনবিয়ু

থা অতুগী মসুংদা নংগী বাহংগী পাউখুম ঐনা পীরগে” অমুম্না অকক্লনা থা অমগী মতম লৌরগা মাগী শিষ্যশিংগা লোইননা চৎলকপা মতমদা নহা ওইরিবা নিংথৌ অমরুক কৌবা অমা শিরহুনা মাগী মহারাণীনা থবাই শোক্লা তেংথাবগী খোঞ্জেল তাখি। মতমসিদা আচার্য্যনা মাগী শিষ্যশিংদা হায়খি— “ঐগী আত্মানা ঐগী দেহদা অমুক হঞ্জিল্লকত্রিবৈঙে ফাওবা কনাগুম্বা অতোপ্পা ভৌবা অমত্তবু শোক-ত্নগনু” হায়থং অসি পীরল্লগা যোগ সমাধীদা লৈদুনা মশাগী দেহবু লুন্দোক্লমগা শিরবা নিংথৌ অতুগী দেহদা মহাক্কী আত্মানা চংখিবহু মাগী শিষ্যশিংনা নিংথিনা উখি। আচার্য্যজিগী আত্মানা চংখিবদগী নিংথৌ অতুগী শিরবা দেহ অদু অমুক হিংগৎলক্তুনা নিংথৌ অতুগী রাণীগা অমুক হন্না তিন্নদুনা চনবৈ লৈতনা মুত্তাহবা ফংখি। আচার্য্যজিনস্ম রাণী অতুগী মফমদগী শিরবা নিংথৌ অতুগী দেহগী মপান তাংলগা কামশাস্ত্রবু মপুংফানা তম্লগা লাইরিক ওইনা ইরহুনা, অমুক হন্না মশাগী দেহদা হঞ্জিল্লগা সরস্বতীগী মখুত্তা মানা ইবা কামশাস্ত্রগী লাইরিক অদু হাপখি। মুমিং অহুদগী মণ্ডণমিশ্র অসি হায়নখিবা মতুং ইন্না শঙ্করাচার্য্যগী শিষ্য ওইখি, লোইননা বিজয়বাণা লৌখি।

মহাত্মা গান্ধিদা নিপা অমনা হংখি ঃ— মহাত্মাজিনা হন্নু-রিবসি করিগীনো? মতাংসিদা মহাত্মানা খুমখি— “মহাক অদু লৈতবদগীনি।” থন্নসি— হন্দক্কী মহাক অসি করিনো!! মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা “মহাক্কী” মরীদা অম্মুম্না হায়রমই— ঐহাক অসি ইপাগী হকচাংদগী ঈরিক (ড্রোপ) অমতংদনা ওইবনি, ঐগী পুক্সি

চহি চামনি। অতুদি অমুক খুন্নুনা য়েংসি— ঐনা ঙসি ফাওবদা থরাইগী মশক ওইরবা অতুক তাংলবা ঈরিক (ড্রোপ) অতু কয়া য়ায়া অরেম্বদা মাংহনখ্রবগে? মতু পুন্নমক অতুবু ঐনা শিজিন্নফম থংনা শিজিন্নরম্নবদি অমম্বং মাংহনলমত্রবদ অতুগুম্বা ঈরিক কয়াগী মপু ওইতুনা চহি কয়া পুন্সিবা ঙমফম থোকপগে? মহাক হায়রি-বসিগী মগুন্দি—

"মরণং বিন্দুপাতেন জীবণং বিন্দুধারণাৎ"

অর্থঃ— ঈরিক অমত্তং মাংখিবদা শি, ঈরিক অমত্তং থম্বদা হিংই, মহাক্কী মগুন্দি অম্মুক চাওই। গৃহস্থ ধর্ম্ম চৎপশিংদি মহাক অসিবু য়োকস্নু য়োকথংকনি, শিস্নু শিজিন্নগনি। মতুদি করম্না—

"ঋতুকালাভিগামী স্যাৎ স্বদারনিরতঃ সদা"

হায়রবদি ঋতুগী মতম মতমদা মহাক মহাক্কী সহধর্ম্মিণী (মতু) তদা অপাম মুংশিগী থবক অসি পীগনি, অতোপ্পদা পীফদে। মতুস্নু অম্নম্না পীগনি, ঋতুগী মতমদা পর্ব্বনচিংবা দিন নত্তবদা ঋতু পালন তৌতুনা (তিন্নতুনা) গৃহস্থ ধর্ম্মবু ঙাকনি। অচুম্বমক্তি হৌজিক চহি চা কয়া পুন্সিবা ব্রহ্মচারী ধর্ম্ম চৎপা সাধু জ্ঞানী কয়া, অতুস্নু সিদ্ধ ওইরবা হায়রবদি মা মানা তৌগে তৌগে হায়রবা থবক্তা লাইগী মতৌঙম অমদি মেজিক্রিয়ান (মিত্রং ইহবা) অমগী মতৌঙম ইকাই লাইনা তৌবা ঙম্নবা মীশক কয়া হিমালয় চীংদা লৈরি। মথোই-শিং অতু করি করিগুম্বা মতমদা মেলা, কুম্ভমেলা, অর্দ্ধোদয়নচিংবদা তাঙ্গত্তকী মফম মফম থুদিংদা উবা ফংগনি। অতুনদি ঙসাইগী

মহাক অহুনা তৌবা ঙম্বা শক্তি, মহাক অহুগা ঐখোইগী পুন্সিগা লৈনরিবা মরী, মহাক অহুনা কান্নবা অসি কদাই ফাওবনো হায়রবহু ইশা ইশানা থংলে। অহুনদি মহুবু য়োকখৎপা, তুংশিনবা, খুহুম চন্না শিজিন্নবা হায়রবশিনা কদায় ফাওবনো।

মহাক লৈবনা শক ফজে, কুচু কুমেন তঙাং তঙাংই, পুন্সি শাংই, ইন্দ্রিয়শিংগী মপাঙ্গল কলহল্লি, অনা-অয়েক চংদে, পাঙ্গল কল্লি, রাখল চাওবা জ্ঞান লৈবা মীশক ওই, তৌনিংবা থবক তৌবা ঙমই। মহাক অহু লৈত্রবদি শক-চু মাংলকই, পাঙ্গল শোম্থরকই অনাবনা খুহুম চল্লকই, পুন্সি ভেম্নবগী মশক ওই। কয়াদা মমল য়ামথ্রবনো? অসিগুম্বা তাংলবা পোৎশক অসিগী মতিক মগুণশিং অসি থংনবা তাকপা, মাবু খুহুম চন্না শিজিন্নবা তাকপা লাইরিক অহুবু "কামশাস্ত্র" কৌই। সংস্কৃতকি প্রমান্দা :—

"শরীরমাত্তম্ খলু ধর্ম্ম সাধনম্"

য়াকম অসিনা তাকপদি হকচাং কয়িবা মী অহুতনা মুঙাই-য়াইফবা, য়াত্ত-পাদবা, ধর্ম্মবু তানবা ঙম্বা, ঈশ্বরবু মশক থংবা ওই। হকচাংবু ফত্রবদি হায়রিবশিং অসি অমত্তা ঙমফম থোক্তে, অহুনা হকচাং ফনবগী মরীদা ওইবা শাস্ত্র অসিতনা তাইবং মীওইবা ঐখোইগী খ্বাইদগী অথোইবা লব্রি।

"সদাচারগী মরমদা খরদং"

সদাচার (অফবা লমচৎ) কী মরুদি ধর্ম্মনি, ধর্ম্মগী অর্থদি শাস্ত্রগী বিধি (নিয়ম) তাকপনি। ধর্ম্ম শাস্ত্রগী নিয়মা ঐখোই খ্বাই

পুন্নমকপু পুন্দুনা থম্বনা অময়া অময়া ব্যবহার কায়নদনা হুংশিননা চেৎনা চান্নবা লৈমিন্নহন্নি। মসিবু ঙাক্না চত্ত্রবদি মীওইবা অসি মীওইবা ওইদে, মপা-মচা, মচিন-মনাও, অচৌ-অপিশক, থকসি-খাসি লৈতে। শন্না হায়রবদা নিয়ম লৈবা মীওইবগী সমাজদা তিন্নম্বহু, নিয়ম লৈতবনা মনিংতম্লকুনা শাগী লমচৎকুম হন্থরকপা মওংদা ওই। মী হায়বসিনা অফ-ফত্তগী বাথল থম্বা ঙম্বা মপোক্নি। শানা মহু লৈতে অহুনা মী ওইরবস্নু অফ-ফত্তগী বাথল লৈত্রবদি শাগা পাঙ্খক্নি।

হৌজিক কালদা বেদ শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাকপগী য়েথাইবা পোৎ-শক মঙাথক উবা ফংই। ১। শাস্ত্রগী বিধি (নিয়ম) বু থংদবা। ২। শাস্ত্রগী নিয়ম্ব থাজদবা। ৩। অতেপ্পা জাতিশিংগী মতৌ তম্বা। ৪। মনিং মথা তম্নবকপ। ৫। মহৌশানা তনবা। অস্নুম য়েংবদা দোষ মঙা অসি নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপা উবি। ব্রাহ্মণশিংস্নু মতমগী মতুং ইন্দবা যাদবনা, বেদ শাস্ত্র তম্নুবগা মহুনা হিংনবগী লম্বীদা পিকশিল্লকপনা চান-থক্নবগী চিন্তাদা মাই ওজিন-নখিহুনা, মমাংদৈঙগুম পুক্লিং চংনা বেদশাস্ত্র তম্বা ঙম্রে। মশিমক্না শাস্ত্রগী অচুম্বা নিয়ম নিতি অমদি শাস্ত্রগী জ্ঞান অহু ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্রনচিংবা জাতিশিংদা থংহনবদা বানা খোকপনা শাস্ত্রবু থাজবগী শরুক অসি নোংম নোংমগী বাৎশিল্লক্লে। লোইন লোইননা বিজা-তিগী মতৌ তম্বগী চাং অসি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লে। অঙাং ওইরিবশিংনা বিজাতিগী শাস্ত্র তম্বদা পুক্লিং চংখিবনা, হিন্দু শাস্ত্রগী থাজবগী মরীদস্নু নোংম নোংমগী বাথরকই। মশিমক্না হেজিল্লকুনা

ঐখোই খ্বাইগী ইরল ওইবা হিন্দু শাস্ত্র অসি নোংমদি পুম্মাং মাংখ্র-গক্লা চিংনরক্লে। অতুমকপু মীওইবগীতা মত্তনা জীব খুদিংগী মাগী মাগী পন্থুংক্ষম অতু খোৌরমদাই মতমদদি অচুম্বা মশক থংলকই। মানা মানা লাল্লুরিবা মরাকশিং অতু খল্লুরগা ঈশ্বরবু কিরকই, মতু-মক্লা মমৈথংদা ঈশ্বরগী মফমদা চংজরকই। অতুবু জগৎ অসিদি অহনলোনগীদি শরুক য়ামলক্লে, নহাগী, মপাঙ্গল কনবগী, মহৈ মশিং হৈবগী, মরল লৈবগী, খুংকন পাঙ্গলবগীদি শরুক য়াম্লিবা জগৎনি হায়বা য়াই। অতুনা নহা ওইরিবৈন্দা, ব্রাখলগী মচিন তুম্লবৈন্দা, খোপ্পা মহী লাংলিবৈন্দ জ্ঞান-বিজ্ঞানগী, ধর্ম্ম কর্ম্মগী অফ কণ্ডগী মশক মুম্না থংহনা, চংকদবা মাগী-মাগী লম্বীদা চংখ্রবদি কৈদৌনুংদা লমুক্লরোই। অম্বম্না বিজাতিগী দোষ অতু কোকহল্লগা ইজাতিগী ধর্ম্মদা পুকনিং চংনবা হোৎনবা তারবদি, লমচৎকী অমোংপা পোকহনবা বিজাতিগী শিক্ষা অতু মুম্না চর্চ্চা তৌরগা, ঐখোইগী ইরল অশেংবা ওইরবা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রমা তাক্লিবা সদাচার (অফবা অচুম্বা লমচংশিং) অসিবু থংনবা, তম্বা, নৈনবা চুম্বনি। বিজাতিগী মতৌ তম্বা অসিবু কোকহনবদি মশা মশাতগী হোৎনবনমু ওইরোই, লোইননা ঐখোইগী ইরৈপাকী নহারোলশিংবু চাওখৎ লম্বীদা লমজিংবীগদৌরিবা ঐখোইগী সরকার অসিগীশু মতেং থরা মচংই। অসিগুম্বা বেদ শাস্ত্রগী বা য়াওবা, বেদ শাস্ত্রবু নৈনবা, বেদ শাস্ত্রগী নিয়ম নিত্তিপা মরী লৈনবা লাইরিক লাইশুবু, নহারোল রাখল থনবা গুরুজনবশিংগী পাঠ্য (তম্বা লাইরিককী মতুং চনবা) ওইনা লৌশিনবিহনা নহারোলশিংগী অতৌবা চেখাংগুম্বা

থম্মোইদা মমি তাহনবিবগী মতেং শোয়দনা চংই। নহাবোলশিংনা নোংচুপলোমগী বিদ্যা মুন্না নৈনরুরগা, ভারতকী ওইবা বিদ্যাবু খৌ-ওইদহনা বিজাতিগী মতৌ তমহনা ফিজেং-চাকচা, রাভাং-শাভাং, লমচং-ব্যবহার ধর্ম্ম ফাওবদা মনিংতমখিহনা, ভারত জাতিগী ওইবা অম্মক থাক রাংখ্রবা হিন্দুগী ফিলোসোফি অসিবু করিম্ম লৈতনা থন্দোকখ্রবদা চিন, জাপান, রুসিয়া, আমেরিকানচিংবনা মসিবু খ্বাই-দগী হেন্না থাক রাংলবনি হায়বা থংলক্লুনা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্র অসিবু তম্বা হৌরক্লবা অমদি পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্না মা-মাগী মরোলদা গীতা, ভাগবত, মহাভারতপু লুপা করোর করোর চংনা মা-মাগী মরোলদা ইথোক্লুনা থম্নরক্লবা মতমসিদা ঐখোইনা ইপোং মশক থংদনা মীপোং রায়হনা মতম কয়া কুইনঃ শিজিন্নবা য়াগদৌরিবনো। ঐখোই ঐখোইগী তৌফম থোকপা ইথৌ থর থরদংতদি মশিগী মরমদা পাংথোক্লম্নগা শিখ্রবম্ম ইশা-ইশাগী লমম্তদি মতোল্লরোই। হিন্দু শাস্ত্রনা হায়রিবা অফবা লমচংশিং অহু কায়দনা চংলবদি, হকচাংগী পাঙ্গল, লিংজেল, থৌনা পোক্লক্লুনা পুক্নিংদা সত্ত্বগুণগী অশেংবা মঙাল অহু শোয়দনা ফাওরকনি। মসিনা হৌজিক্কী শিক্ষাদগী হেন্না রাংবা থাক্তা লাকপা ঙমগনি। ইংরাজি শিক্ষাগী অরোৌবী থাক্তা শডনগী খোংউপ তোংহনা, ইরু-মাইথজদনা, ফিরাং শেত্তুনা, টেবিল চৌকিদা ফমহনা, কাটা চামস পায়হনা চাবা থক-পগী থাক অহুপা হিন্দুগী নোংমগী অয়ুকী ভৌগদবা থবক লোইরগা তরু তরুনা শেংনা ঈরুজথোক্লুনা পুক্নিং হকচাং তরু তনাম্না ফিশেং শেত্তুনা ঈশিংনা তৈথোক্লবা অমোংপা লৈত্রবা লৈবাকথক্তা ফমহনা

চাগদোৱিবা চিঞ্জাক অহু ঈশ্বরদা কৎলগা প্রসাদি অতুবু ফংজৱিবা হিন্দুগী চৎনবী অসিগা খেন্নবা অসি মুন্না খংবা ঙম্মকনি। ভারত-কীদি মী অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা চৎনৱিবা, তৌনৱিবা, ঙাংনৱিবা, সমাজগী ওইনা চৎনৱিবা ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি, অর্থ-নীতি পুন্নমক বেদ শাস্ত্রগী সদাচারনি। সদাচার অসিবু ঙাক্না চৎলবতদা মীওইবগী সমাজদা তিনবা ভারতজাতি অমা ওইৱিবনি। অসিগুম্বা সমাজ অসিদা শীংথানবা য়াবা মীখোই-মীহেনবা অফবা মীশক অমা ওইবা তারবদি ভারত জাতি অমনা (হিন্দু) ভারত জাতিগী ওইবা বেদ শাস্ত্রগী নিয়ম নীতিশিং অসি ঙাক্না চত্তুনা অৱাংবা থাক্তা মীৱেপ অমা ওইনবা তানগদবনি। মশিতনা ঐখোয় খ্বাইগী ইৱন্নি, ইৱন অসি চাওখৎনবা হোৎনবা, ইৱন অসিবু ঙাক্নবা হোৎনবনা ঐখোয় খ্বাইগী ইথৌনি। ইৱন অসিবু মঙ্গুংঙুংনা খংনবা থিগদবনি, হিন্দু শাস্ত্রগী মঙ্গুংদা থিবদা ফংলোইদবা হীরম অমত্তা লৈতে।

য়াহৌৱকপদগী ফমুংদা লৈৱিবৈদগী শোনবা য়াবা ঈশ্বরগী মিংলেন কয়া শোল্লগা, শ্বর লৈবা মাইকৈগী খোংনা যাত্রা তৌদুনা খোল্লগা সূর্য্যদেবনচিংবা খুরুমদুনা চৎকদবা নিত্যাচারগী (নিতিগী) তৌগদবা অশেং অমাংগী থবক লোইৱগা স্নান (ঈরুজবা) নচিংবা তৌৱগা চাবা থকপা লন তানথমচিংবা জীবগী হিংনবা লঙ্গী কয়া চংলুৱগা মুন্নিদাংৱাই হঞ্জিল্লদুনা তুলসী খুৱুম্বদগীনা ঈশ্বরগী নাম কয়া শোঙথনচিংবা লোইশিন্দুনা চাবা থকপা লোইৱবা তুংদা ফমুং চংদুনা তুম্মদাইদা শোনবা হৌনবা ঈশ্বরগী মিংলেন শোন্দুনা খুরুম্বা

হৌনবা ঈশ্বর কয়া খুরুম্নগা ভুম্বগুম্না, মী অমনা মমাগী গর্ভদগী হেক পোক্লকপদগীনা শিবা ফাওবদা চংকদবা, তৌগদবা, নিংগদবা লম্বী কয়াবু বেদ শাস্ত্র পুরান্দা তাক্লুনা লৈখ্রবনি। শাস্ত্রনা তাক্লিবা অদুগুম্বা লম্বীবু মমুন ফারবা অমৃত চেল্লবা উহৈনি খন্না ঈশ্বরদা কত্তুনা প্রসাদি ফংলিবা মী মহাক অদুদি ধন্যনি পুন্যচেল্লবনি অমরনি।

## "য়ুম্বানলোনগী মরমদা"

ঐখোইগী লৈবাক্তা থাংনা মমাংলৈদদি "শিন্নাইফম কাবা" হায়দুনা মখোং কারক্পা লৈশাবীশিংবু মতিক চানা তাকপি-তিক-পিবা ওম্বী অহন ওইবী অমবু, কৈরোই লৈকাইনা অমদি খুন-খুন খুদিংনা চান-থক্লবা ফৌ-চেং পীদুনা স্কুল তম্বগুম চাং নাইনা মীওই-বগী চংনরোল (য়ুম্বানলোন) অসিবু তাকপি-তিকপিরমই। গুপ্নগী য়ুম্বানলোন্তু নত্তে, লমচং-শাজং, য়াঙাং-শাঙাং ব্যবহারনচিংবা, মী অমা ওইনা পানবা জীবনা তৌগদবা অমদি তৌহৈদবা হীরম পুম্নমক তাকপিরমই। মদু তম্না তম্না, তানা তানা মখুত্তা থবক গুবস্থু লেপহল্লমদে। তাগদবদু তানা তানা মশাগী গুগদবা মশিন অদু পুরক্লুনা মীয়াম তিনফম শং অদুদা শুনা শুনা তারমই।

শাথং ওইবশিংনা "লৈপুং য়াকাবা" হায়না লৈকাই-লৈকাই, খুন-খুনগী ওইনা মীয়াম তিনবা য়াবা মফমদা হায়বদি লৌবুক লম্জাংনচিংবদা, মকোক থোংবা ময়াম্বু তাকপি-তিকপিবা ওম্বা কয়ানা য়ুম্বানলোন, ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতি, রাজনীতি অমদি ময়ামগী

পুক্নিং হয়াও ভয়াম্বা ফাগীহৈবা কনাগুম্বনা ফাগী নিংথিনা ভোৎনা ময়ামগী পুক্নিং পেলহল্লমই। মতম অতুগী অহল-লমনশিং অমদি ইমা-ইবেন পুন্নমক্না মশা মশাবু য়ুম্বানবদা মতীকচারবা মীওই অমমম ওইনরমই।

মতম অতুগী অহন-লম্মনশিংনা হায় :—

## "ঐনা পোকপা ইচাবু কৈদা শোয়গদগে"

মসিগী অর্থ কৈরিনে' থিজিল্লুরবদি, রাহৈ অসি হায়রিবা অহল অসি মশানা মশাবু মশক মুন্না থংজবা অহল অমনি হায়বসি তশেংনা তাক্লে। মরমদি মানা থংই, ঐগী ইচাসি পোকপা মতমদা, অতুগুম্বা রাখল অত্ত থন্দুনা অতুগুম্বা মওংদা ওইথিবা অঙাংনি। অদু ওইরবদি মানা হয়ে' মওং অসি, মচু অসি, মগুণ অসি পুকচেল অসি ওইরগনি হায়বসি অহল অত্নুনা নিংথিনা হায়বা ভমই, থংবা ভমই, অমস্তুং ভক্ষমস্তু থোকই। মসি পুন্নমক অসি থংনবা শিন্নাই-ক্ষম কাবা অমদি লৈপুং য়াকাবা হায়বসি হৌজিক চাওথংলবা যুগ অসিদদি মনম ফাওবা শাবা ফংথিদরে, মতুগী মহুত্তা থায়নগী যোগী ঋষিশিংনা ইরম্বা অমদি অতোপ্পা জাতিগী মরোলদা ইরম্বা মরমশিং তাকপা লাইরিক লাইশু থরা থেংনজরুবা পাজরুবা থরভনা থরা থরভং অতুক থংজবতা মঙাইরে। মতৌ অসুম্না য়ুম্বানবগী মরমদা ইবা লাইরিক অসিবু কামশাস্ত্র কৌই। কামশাস্ত্র অসি মীপুম তিংনা থংবা অমদি হৈবা দরকারনি।

"ঋতু"

ঋতু (রজস্বলা) হায়বদি মৈতৈরোন্দা কুমথোং ফাৎলবী (থাগী লৈশাৎ তম্নবীবু থংনৈ)। ঋতু লাকপসি শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না নুমিৎ হুম্নি। কনাগুম্বী মশা ফত্রবী অমদদি নুমিৎ মশীং অরাং-অহেনগী মওংদা চাং কায়বসি মশানা ওই, অসি নত্তবা মশা ফরিবী অমগী চপ চাবা রায়েলগী হোনবীদি নুমিৎ হুম্নিতনি। মসি করিগুম্বা মীরোল লৈজনবা ইমুংদদি অমসুং মীরোল লৈরবসু তৌদবা য়াত্রবা মতাংদদি হুম্নিদা মশাবু চেংহী উতি লুখোক্তনা শেংদোক্লগা পতি সেবা (মপুরোইবগী সেবা) য়াই, মসি শাস্ত্রগী সম্মত ওইবা রানি। হায়বদি— শাস্ত্র খুদিংমক্তা হুম্নিদা শেংদোক্লগা পতি সেবাতদি লৌ-থৎলি। ঋতুগী মতম লাক্তনা লুহোংবা কায়রবদি হুম্নিদা মশা শেংদোক্লগা বিবাহ তৌই। বেদদা শাস্ত্রদা অসুম্না হায়:—

"প্রথমে ব্রহ্মঘাতিনীদ্বিতীয়ে চণ্ডালিনী তৃতীয়ে শূদ্রানী"

অসুম্না অহানবা নুমিৎনা ব্রাহ্মণ হাৎপী অমগুমই, অনিশুবা নুমিৎনা চণ্ডাল নিঙোল অমগুমই, অহুমশুবা নুমিৎনা শূদ্র নিঙোল অমগুমই হায়। মরম অসিনা বেদ শাস্ত্রগী মত্তা রজস্বলা ওইরিবী অমনা নুমিৎ হুম্নি মাংই, মরিনিদদি মশা শেংদোক্লগা মপুরোইবগী সেবা অমসুং ইমুং মনুংগী থবক অসি মথৈদংদি য়ারে। মঙানিদদি থবক খুদিংমক (ঈশ্বর সেবানচিংবা) ইয়া য়ারে। মসি ঐখোইগী মণিপুরগী চৎনবী লোন্দদি, মরিনিদা য়াবা থবক্তা মঙানিদা য়াই, মঙানিদা য়াবা থবক্তা তরুক্নিদা য়াই, অদুবু বিরাহনচিংবদি শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না হুম্নিদা চেংহী উতি লুখোকপদু চৎনৈ।

## "মতাং অসিদা অমুক থংজিনগদবদি"

মুমিং তরাতরেং (১৭) নিগী মনুংদা অমুক হন্না রজস্বলা ওইরক্লবদি মাংলোই। মুমিং তরানিপান্নি (১৮) গী মতুংদা ওইরক্ল-গনা নোংমা মাঙ্গনি, মুমিং তরামাপন্নি (১৯) গী মতুংদা ওইরক্লগনা নিনি মাঙ্গনি, মুমিং কুন্নি (২০) গী মতুংদা ওইরক্লবদি হান্নগী মতৌ-গুম্না চপচানা মাংলগনি। মতাং অসিদা মপুরোইবগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধনচিংবা মুমিত্তা রজস্বলা ওইরক্লবদি মঙানিগী মতুংদা শ্রাদ্ধ শোনগনি। মসি মুপী অতুমক্তা শ্রাদ্ধকারিনী ওইবগী বানি, শ্রাদ্ধকারিনী (মশামক্তা পিণ্ড পীগদবী) ওইরবদি অতুমক যাই।

ঋতু লাকপা মুমিং হুম্নিদি (মৈতৈগী চৎনবীদা মুমিং মরিনিদি) অমাংবা মুমিং ওইরি, অতুনা হায়রিবা মুমিংশিং অসিদি অচিকপা মফমদা মতোমতা লৈগনি। অহল-লম্মন, লাই-গুরু উনবা চুমদে, মুমিং-থা উবা য়াদে, অচিকপা কাদা মতোমতা হিপকনি, ফি অমত্তনা য়াওন্নগনি. লিক কোন, ফিজেৎ লৈতেং তৌরোই, ইরু মাই-থজরোই, ঈশিং য়াম্না ইংবা অমসুং য়াম্না শাবা শিজিন্নবা য়াদে। থবক অরাবা গুবা ফত্তে, হকচাং য়াম্না লেং-ওৎপা তৌকদে, করি-গুম্বা কাহেনবা থবক অমত্তা তৌফদে, অচম্বা চিঙ্গাক চাগনি, হৈ-রা উতি, শোইবুম, অপুম-অশা চাফদে, খ্বাইদগী ফবদি চাবোকপী অমনা চাবা চিঙ্গাক অতুমক মতম অসিদা শিজিন্নবদি ঋতু খুদিং খোংচৎ কায়রোই, ঈগী লায়না লৈরোই। মঙানি গুবা মুমিত্তা হৌনবী মতুং ইন্না মফি-মরোল গু-চামতুনা, মকোক-মরু চেংহী উত্তি লুজতুনা (শুদ্ধস্নান) শেংনা ইরু-মাইথজথোকনি অমসুং অহল-লম্মন,

লাই-তিন, মুমিং-খা খুরুম-খাজুংগনি। মসি তৌরবদি পুক্লিংমু হকচাংমু শেংলগনি।

কনাগুম্বনা মশাগী মুপী নত্তনা অতোপ্পা মীগী মুপীগা তিন্নরবদি পুবা খাংবা ভুংজ্রবা পাপনা মাগী ওই অমসুং নরক তানবগী মশক ওই। অতুগুম্বা নিপাতুনা মীরমলেন্দা মরাইবক থীবতা মাগী শরুক ওইগনি, কৈরোই-লৈকাইনা তুকচবা মিংযেংফম ওইগনি। মসি খংনা ধর্মখংবা মীনা অতোপ্পা মীগী মুপীবু মমাগী মতৌগুম্না নিংগনি অমসুং কামগী ইথিল পোক্লকপা মতমদা মশাগী সহধর্মিণীতগা মতম চানা ঋতুগী মতমদা তিন্নগনি (ঋতু পালন তৌগনি)। ঋতুগী অহানবা মুমিত্তগী হুম্নি ফাওবগী মনুংদা (মৈতৈগী মরিনি) মুপাগা তিন্নরবদি মুপা মুপী অনিমক হুই-লাংজানচিংবগী মপোক্পা পোকই, নরক তাই, ফত্তবা পুন্নক্পা মখোইগী ওই অমসুং মপুন্সিচুপ্পা মখল মখলগী লায়না লাইথুংনা মখোইগী ওই। মরিনি শুবদা (মৈতৈগী মঙানি শুবদা) শুদ্ধস্নান (মকোক লুজবা) তৌরবদি সহধর্মিণীগা তিন্নবা য়ারে। মুপীনমু তিন্নবা পান্নবদি মপুরোইবগী মনাক্তা চংবা য়ারে। শায়রিবা মতাংসিদা অমদি তিন্নহৈদবা পর্ব্বনচিংবা মুমিৎ, মুপা মুপী মপেক মুমিৎনচিংবা থাদোক্লগা মপুরোইবমু খোরাং-জিবীগী খোরাং মৈচাক কোকহন্নবা মতাংসিদা মুপানা ঋতুপালন (তিন্নবা) তৌগ ন।

তিন্নরমদাইদা ফমুং চংদ্রিবৈগী মমাংদা মুপা মুপী অনিমক হকচাং শেংদোক্কনি হায়বদি— মাই-মং তাখোক্কনি, মপান ঈপান থোক্কনি, হৌনবী মতুংইন্না খোং-খুং হামদোক্কনি, হকচাংদা মনম

মুংশিবা থাওনচিংবা তৈভদুনা, হৈ-হৈল মনম মুংশিবা চিন্দুনা, চন্দোননচিংবা লৈতেতহুনা, অমদি ফজবা ফিজোল্লা লৈতেংহুনা, ঈশ্বরবু পুক্লিংদা নিংহুনা, পুক্লিং হকচাং শেংলবা মতুংদা তুম্নকম হিপ্পফম কাদা চংমিন্নগনি। মুপানা ওইদা মুপীনা য়েত্তা য়াত্তাহুনা হিপকনি, অম্বয়া হিপ্লবদি য়াম্না থুনা স্বরনা য়েংলোমদা লাক্কনি। স্বরনা য়েংলোমদা হোনবা মতম অসি নুপা পোক্লবা লম্বীদা য়াম্না দরকার ওই। কাম শাস্ত্রগী শাথেক শাওং অমম্বুং নিয়মগী মতুংইন্না (সংযোগ) তিন্নরবা মতুংদা হকচাংবু ঈশিং অশাবনা অমদি সাবম্নচিংবনা নিংথিনা শেংদোক্লগা হকচাংদা মচি ওইগদবা পোংশক সঙ্গোম, সরবং, থোইহী, মাথন, লফোইনচিংবা উহৈ-ব্রাহৈ, অথুম-অহাও থরা চারগা মাগী মাগী শয্যাদা (ফমুংদা) তোঙান-তোঙান হিপকনি। অয়ুক ওইরবদা নুপা নুপী অনিমক হকচাং শেংনা নিংথিনা ঈরু মাইথজগনি। অতোপ্পা ফিজোন হোংলবা মতুংদা নোংমগী থবক পায়গনি। য়াম্না মুন্না থংগদবদি অয়ুক্তা, মুংথিন্দা মুমিং মঙাল লৈরিবৈদা তিন্নবদি পুন্সি ভেল্লি, লাইথুং-লাইমন ওই। মতমহুদা মীরোন্দুনা পোকথিবা মচানা মশা শোল্লি, পুন্সিদে অহুনা করিগুম্বা মতমদসু অয়ুক মুংথিন্দা, মুমিং মঙাল লৈরিবৈদা তিন্নরোইদবনি। খ্বাইদগী হেন্না ফবা মতমদি অহিংবু শরুক মরি থোক্লা থাইদোক্লগা অকোনবা শরুক্তা হায়বদি চাওরাক্লা নোংয়াই মতুং পুং ২॥-দগী ৪গী মনুংদা তিন্নবনা খ্বাইদগী অফবা মতম্নি। মতমসিদা মীরোন্দুনা পোকথিবা অঙাংদি ধর্ম্ম হেল্লি, মবুক তপই, মরাইবক ফৈ, অহনলম্মন লাই তিন নিংই, গ্রহগী অরাবা ফংদে, শীংথানবা য়াবা অমদি

মীকোক খোংবা মীশক ওই, লেম্না মাংদে। অসি নত্তবা অহিংগী শরুক অহুমদি অফবগী শরুক ম্নামদে।

ঋতুমতী ওইবী = রজস্বলা ওইরবী = লৈশাবী = থাগী লৈ শাংলবী অম্মুম্না।

পাথং = মপা (লাম্বা) থংত্রিবা = লাম্বা লৈত্রিবা = মপা অমা ওইবগী থবক থংত্রিবা = মপা অমা ওইবা ওমত্রিবা।

অম্মুম্না ঋতুমতী ওইরবীবু লৈশাবী, মুপারোমদনা পাথং অম্মুম্না কৌনৈ। রজস্বলা ওইরিবী অদুগী অহানবা রজ (ঈ) উবা মুমিৎ অদুদগী হৌনা মুমিৎ তরাতরুক্কি (১৬) অসিদা মুপীগী মশাদা প্রকৃত্তি শক্তি লৈ হায়বদি অদুগুম্বী মুপী অদুগী শাংলিবা লৈ অদু মুমিৎ তরাতরুক্কি শাংলি, তরাতরুক্কি অদুগী মনুংদা মহাক্কী মমা অমা ওইবগী শক্তি অদু মপুং ফানা লৈ। অদুনা মচা লোবা ওম্বগী শক্তি অদু মুমিৎ তরাতরুক্কি অসিদা নিংথিনা লৈ। অম্মুম্না মুপাগীদা চহি অমগী মনুংদা য়াম্না তাংনা নোংমতমক রজস্বল' লৈ, অদুবু মতুদি য়াম্না কুপ্না মওং ওইবনা কুপ্না অমস্মুং মতম চংনা থেত্রবদি থংবদা রানা থোকই। অদুম ওইদুনস্মু মুপাদি রজস্বলা ওইরবস্মু ওইত্রবস্মু মতম খুদিংদা মচা পীব ওম্বগী শক্তি অদু ইরোইত লোইন-দুনা লৈরি। মুপাগী মপোকথা অমদি পোকপা থাদগী মরি মরিগুবা থাদা পুরুষশক্তি (মপা অমা ওইবা ওম্বগী শক্তি) লৈ হায়বদি শজিবুদা পোকপা মুপাগী শজিবু, ইঙেল, মেরা, রাকচীং অম্মুম্না মরি মরি গুবা থাদা মচা পীবা ওম্বগী শক্তি অদু মপুং ফানা লৈ।

মচা পোকপা হায়বসি শম্না হায়রবদা ৱারী লাইরিক্তা "লক্ষ্য স্বয়ম্বর" হায়বা অহুগুম্বনি। হায়বদি— মহাভারতকী দ্রৌপদী, একাশিণীনচিংবিগী লক্ষ্য স্বয়ম্বরগী মতমদা লিরী হাপ্তুনা তেঙ্গা থোংহুনা ঈশিং থম্লিবা পাত্রদা লুরাক্লনা য়েংহুনা তেন কাপকদবনি, পাল্লুগদবা লক্ষ্য অহু য়্যোদ্রিবৈঙদা থম্লিব উরু উরু লৈবা চক্র অমা, চক্র অহুগী মনা খুদিংদা অহোবা ছিদ্র (মখুন) অমমমদি থম্বা, অহু-গুম্বা ছিদ অহুদা তেম্না লিংথংখ্রগা লক্ষ্য অহুদা পাল্লুগদৌরিবনি। অহু নত্তনা অরৈবা পোংশক চক্রে অমগী ছিদ্র অহুগী মপা: চাবা ঙমদ্রবদি চক্র অহুদা থারুরগা তেন অহুনা লক্ষ্য অহু য়োবা ঙমদনা মরক্তা মাংবা অহুগুম্বনি। মথক্তা হায়খ্রিবা পুরুষ শক্তি লৈরবা (মচা পীবা ঙম্নবা) নুপা অসিনা মশাগী গর্ভদা থা অনিমথাহ গর্ভ পুরগা, প্রকৃত্তি শক্তি লৈরবী (মচা লৌবা ঙম্নবী) নুপী অহুনা থা মাপনমথাই গর্ভ পুরগা তাইবংমীনা মীওহ মুর্ত্তি মপুং ফারহুনা গর্ভ-দগী মপাল থোক্লকই। অম্নম্না গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অসিনা মপা অমদি মমাগী গর্ভদ নুমিৎ চহুমগা হুক্ষু (৩৬০) হায়বদি চহি অমা মপুং ফারবদা মমাগী গর্ভদগী মপাল থোরকই।

য়াম্না কুপ্না য়েংগদবদি:— নুপাগী মপোক থাদগী থা অনিমথাইগী মতমদা, নুপীগী রজস্বলা ওইব্রা হায়বসিতনি। মসিম্নু কুপশিনবা ভারবদি, নুপানা কয়ানি পাম্বদগী কয়ানি পাম্বা ফাওবা পুরুষ শক্তি লৈবগে অমম্নং মহুগী মতমদা নুপীদা প্রকৃত্তি শক্তি লৈব্রা হায়বসি মচা ফংনিংলিবা কাংবুনা য়ম্না কুপশিন্না য়েংপদবনি।

## "গর্ভ"

মথক্তা হায়ব্রিবা মুমিৎ তরাতরুক্কি (১৬) অসিগী মনুংদা নুপা মুপী অনি চপ মান্ননা পুকচেল খোইজেল তিন্নখিবা মুমিত্তা, মা মাগী শক্তিনা মতিক লৈরম্নবদি শোয়দনা গর্ভ ওইগনি। গর্ভবতী ওইরবী মুপীনা থা মঙা মপুঃ ফাখ্রবদি মশাগী নোংমগী তৌগদবা ওইনা লাই-তিনবু নিংশিংবা অমদি থুরুম্বদগী হেন্না, লাই-তিনগী, ইপা ইপুগী থবক সেবানচিংবা তৌনত্রে। অস্তুম্না ধর্ম্মথংবা মপুরোইবা কনানম্নু অহুগুম্বা মুপীবু হায়রিবা থবকশিং অসিদা শিজিন্নদে অমসুং সংসর্গ (তিন্নবা) নচিংবা তৌনত্রে। কবিগুম্বা মতমদা কনা-গুম্বীনা নোনা ময়ুম পানবদগী চহি (১৬) তরাতরুক্তা মীরোনখিবা নত্রগা চহি (১৬) তরাতরুক্তা মচা পোকপী মুপীনা, মশা নত্রগা মপুরোইবা, নত্রগা মীরোল্লিবা অঙাং, অহুমসিগী মসুংদা অমা কায়-নগল্লি, শোয়গল্লি। কবিগুম্বা কায়নত্রবম্নু অঙাং অহু পোকপা মতমদা মমা অহু ওমথৈ লৈতনা অবাবগী মশক ওই।

শাস্ত্রনা হায়রি—

> উনষোড়শ বর্ষায়াম্ প্রাপ্তস্ত পঞ্চবিংশতি।
> যদ্যৎধত্তে পুমান্ গর্ভং কুক্ষিস্থ স বিপদ্যতে॥
> জাতো বা ন চিরং জীবেজ্জীবেদ্বা দুর্ব্বলেন্দ্রিয়ঃ।
> তস্মাদত্যন্তবালায়াং গর্ভাধানং ন কারয়েৎ॥

শয়া হায়রবদা মুপীনা চহি ১৬ তা মীরোনবা অমদি অঙাং পোক্লবদি মমা কোনৈ (শিমিনৈ) কবিগুম্বা শিত্রবম্নু অঙাংহুম্নু মশা

শোল্লি, মমাস্থ শিনিংচিৎ অৱাবা ফংই তৌফদে। মুপা মুপীনা মচাগী মৱীদা মতাং অসি য়োৱকপদা ৱাখল য়াম্না মুন্না তৌনৈ, তৌবস্থ হৌনৈ কৱিনা— মপানা মচাগী ভাগ্যবিধাতা (মৱাইবক) ওইবগুম্না, মপানা অহল ওইৱক্লবদা মচানা অমুক মমা মপাগী ভাগ্য বিধাতা ওইৱিবনি। অতুনা মতাং অসিদা ৱাখল মুম্না তৌদনা কামগী (অপাম্বগী) মথা পোম্না পংচৎ-চংপী য়াত্রে হায়বদসি নিংথিনা তাক্লে। মৱমদি মুপীবু শান্নপোৎ অমগুম লৌতুনা পুক্লিংনা পান্নকপা মতমদা ওইহল্লিংবা মওংদা ঐগী ঐগী ইথা পোলহনগনি হায়বসি য়াম্না চুমদে। মতুগী ফলনা মমৈথংদা য়াম্না অনুতাপ লাক্লনি অমম্নুং লাক্লি। মতুদা কংলিবা মহৈ (ইচা) অতুনা ঐ ঐগী ৱাননবগীদমক ওইৱক্লবদি "ঐনা মফম মৱাং থংদনা তৌক্লবা থবক্তী মহৈ ফংলবোইৱে" হায়বসি থল্লুবদা মতম মতমতুদা য়াম্না অনুতাপ তৌনবা অমদি ৱাননবগী মশক্লি। অতুনা মুপীবু "সহধর্ম্মিণী" অমনি হায়বদি ধর্ম্ম কর্ম্ম পুন্নমক্তা, লন তানবদা, অৱা-মুগুাই থুদিংমক্তা ভংন-থানবা ৱাদনা অমনা অমগী মতেং পাংনৱিবী লোয়নবী অমনি হায়না লৌতুনা ৱাখল য়াম্না চনিং তানা থন্দুনা ওইগদবা অমদি তৌগদবা থবক তৌগনি। হকচাংগী পুক্লিংগী বিকার (মওং) গী মতুং ইন্না মুপীবু শান্নপোৎ অমগুম লৌগদবা নত্তে।

কর্ম্মণা দৈব নেত্রেন জন্তুর্দেহোপপত্তয়ে।
স্ত্রিয়াঃ প্রবিষ্ট উদরং পুংসোরেতঃ কনাশ্রয়ঃ॥
কললংত্বেক রাত্রেন পঞ্চরাত্রেন বুদ্বুদম্।

দশাহেন তু কর্কন্ধূঃ পেশ্যণ্ডং বা ততঃ পরম্॥
মাসেন তু শিরোদ্বাভ্যাং বাহ্বঙ্ঘ্র্যাদ্যঙ্গ বিগ্রহঃ।
নখলোমাস্থি চর্ম্মানি লিঙ্গচ্ছিদ্রোদ্ভবস্ত্রিভিঃ॥
চতুর্ভি ধাতবঃ সপ্তঃ পঞ্চভিঃ ক্ষুত্তৃডুদ্ভবঃ।
ষড্‌ভির্জরায়ুনাবাতঃ কুক্ষৌভ্রাম্যতি দক্ষিণে॥

শ্রীমদ্ভাগবত ৩য় ৩১ অঃ।

কপিল ভগবান্না হায়খি :—

জীবনা মাগী হকচাং অমা ফংননবগীদমক হায়বদি ঐথোইগী হকচাং অসিনা শিরবদা আত্মানা সূক্ষ্মদেহ (মিংনা উবা ঙমদবা অপিকপা হকচাং) দা তোংতুনা লৈ, অতুদগী মাগী মাগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না অচৌবা, মিংনা উবা ঙম্বা হকচাং (স্থূলদেহ) অমদা চংনবা হোৎনবদা ঈশ্বরনা পুথিবা পূর্ব্বজন্মগী (মাংগী মপোক্কী) কর্ম্মনা মরম ওইতুনা মুপাগী বীর্য্যদা তংতুন মুপীগী গর্ভদা চংই। নোংমদদি বীর্য্যগা ঈগা তিন্নবতা ওই, মঙ নদা কাঙ্গলগুমই, তরানিদা বোরোইগুম্না মতুম তাই, মতুংদদি শাতুম অমা ওইবক্রে. মতাংসিদদি উচেক্কচিংবগীদি মরুম ওক্লে। থা অমা কারবদা কাক পাল্লে, থা অনিদা পাম্বোম অনি থোংনচিংবা হকচাংগী শরুক, থা অহুমদা খুজিল, তু, শরূ, উনশা, হকচাংগী অথুপ্পা, লিঙ্গনচিংবা অহোবা দ্বার (থোং) পাল্লি। থা মরিদা উন, তোংনচিংবা ধাতু ভরেৎ, থা মঙাদা অরাম-থোরাংবা, থা তরুক্তা জরায়ুঃ কৌবা কুয়ে ম্না য়োমতুনা মমাগী পুকী য়েংথংবা শরুক্তা চৎলি। জীব অদুনা মমানা চারক

থক্লকপা চিঙ্গাক অত্থু চাত্থনা নোংম-নোংমগী চাওখৎলক্লুনা থী য়ুংগী তু'নফম তুকচ্ছরবা মফম ভৌবগী পে'ক্লফম অত্থুদা হিপ্পুনা লৈ। মমাগী গর্ভদা লৈবা ল'ম্নব' তিনশিং অত্থুনা নোৎরবা মশ' অত্থুদা চিক্লুনা ক্ষন ক্ষন (মিকুপ) খুদিংদা হন্না হন্না ৱাম্থত্থুনা লৈ।

নাড়ীচাপ্যায়নী নাম নড্যাং তস্য নিবদ্ধ্যতে।
স্ত্রীনাং তথান্ত্রশুষিরেসা নিবন্ধোপজায়তে ॥১॥

ইতি মার্কণ্ডেয় পুরানম্।

অঙাংনা মমাগী গর্ভদা হিপ্লসি নূপীগী পুক্কুদা য়া'বনি, নূপাগী পুক্কুদি য়াদে। মত্থুদি গর্ভ পুবা য়নবা নূপীগী পুক্কী মওং অমা ইতোপ তোপই। গর্ভদা লৈরিবা জীবা অত্থুগী মখোইদোদা অপ্যায়নী কৌবী শিংলী অমনা পুন্দুনা নূপীগী গর্ভদা থমই। শিংলী অসিদি নূপীতদা লৈবনি, নূপীনা হেক পে'ক্লকপদগী য়াওরক্লবনি। মমানা চাব থকপা পুম্নমক শিংলী অসিদা চংলগা গর্ভদা লৈরিবা জীব অত্থুগী হিংনবা চাওনবা ওই। মমানা চারকপা থক্লকপা অথাবা, অয়াকপা, অশাবা, অথৈবা, অশিনবা, অথুম্বা রস অত্থুনা অৱাবা হন্না হন্না ফংত্থুনা লৈ। থা তরেৎ শুরকপদগী জ্ঞান লৈরক্ল-ত্থুনা মপোক কয়াদা তৌখিবা কর্ম্ম নিংশিংত্থুনা, সংসারদা থোক্লগা ৱাক্লগদবা পুম্নমক্কী অকিবনা থা (৭) তবেত্তগী (১০) তরাশুবা ফাওবা ভাইত্থুনা শ্রীহরিদা স্তুতি তৌত্থুনা লৈ। শ্রীহরিদা স্তুতি তৌরিবসি সাধু ওইবা ভগবদ্ভক্তশিংগী ৱানি অতৈগীদি নত্তে।

ক্রমন্তে ভুক্তপীতানি স্ত্রীনাংগর্ভোদরে তথা।
নৈরাপ্যায়িত্তদেহোঽসৌ জন্তুর্ব্ব্দ্ধিমুপৈতিবৈ ॥২॥

ইতি মার্কণ্ডেয় পুরানম্।

"নুপী"

নুপীবু মতু, মনাও, মনাইনুপী, মশানৌ, অসিনচিংবা রাহৈনা মৈতৈলোন্দা শিজিন্নৈ।

মতু:— মাগীদমক্তা নোমজবদা থোক তুবমথৈ রানা হোৎনজরিবীবু মতু কৌই। তেন্না হায়রগা তুবমথৈ হোৎনরিবীবু=মতু।

মনাও:— মাগী মনাওগী চহি লেঙ্গা ওইরিবী, মানা মাঙোন্দা ওংবী মাগী মশানা মাগী মপুরোইবতুগী মশা ওল্লবী নুপীবু মনাও কৌই। শন্না হায়রগা মনাওগী লেঙ্গা ওইবী=মনাও।

মনাইনুপী:— মানা মাবু মরা ওইনা নাইরকপী নুপী, অমরোমদনা মনাইনুপী অমন মপুবু পেন্নবা হোৎনবগুম হোৎনরিবী নুপী। শন্না হায়রগা মাঙোন্দা নাইবী নুপী=মনাইনুপী।

মশানৌ:— মাগী মশাদগী মাগী মশানা নৌনা থোৎনা ফজবী, মাবু য়েংবদা মপুরোইবগী মশা হকচাং পুন্নমক নৌহল্লিবী নুপী। শন্না হায়রগা মশানৌবী=মশানৌ।

নুপী হায়বসিদি নুপাগী হকচাং তঙ্খাইনি, মপুরোইবগী খ্বাইদগী চান্নবা মরুপ্নি। নুপীতনা ধর্ম্ম অর্থ কাম (ধর্ম্ম লন অপাম্ব) গী অথোইবা খুংলাইনি। ভার্য্যা (নুপী) লৈরিবা মথোই অতুত্তনা কর্ম্মকাণ্ডগী যজ্ঞনচিংবা তৌবগী অধিকার পুন্নমক ফংজরিবনি।

গৃহস্থ (য়ুম্বানবা) ধর্ম্ম চৎপা হায়বহু ওইরিবনি, মথোই অহুতনা সমাজদা হরাও তয়াম্বা ফংই, নুংঙাই য়াইফবা ওই, মথোই অহুতনা সভা মমাংদা অমদি মফম পুন্নমক্তা লেমজনফম ফংই।

শাস্ত্রনা হায়রি —

অর্দ্ধং ভার্য্যা মনুষ্যস্য ভার্য্যা শ্রেষ্ঠতমঃ সখা।
ভার্য্যামূলং ত্রিবর্গস্য ভার্য্যামূলং তরিষ্যতঃ॥
ভার্য্যাবন্তঃ ক্রিয়াবন্তঃ স ভার্য্যা গৃহমেধিনঃ।
ভার্য্যাবন্তঃ প্রমোদন্তঃ ভার্য্যাবন্তঃ শ্রিয়ান্বিতাঃ॥

ইতি মহাভারতম্

নুপী হায়বীসিদি অথোংপা অমেংবা ঙাংবী নুপীনা অচিকপদা মপুরোইবগী খ্বাইদগী চ'ন্নবা মরুপ্নি। ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরকপদা মপাগী মশক্তি, না-যেন্নকপা মতমদা মমাগী মশক্তি, অসিগুম্বী মাত'-পিতাগী (মমা মপাগী) মশক ওইববী ভার্য্যানি। তিঙ্খ'না থল্লবা সংসারসিদা, হোম্লবা লক্ষ্মীগী যান্ত্রিক ওইবা মতমদা ভার্য্যাতনা পোত্থাফম উপালগী মশক্তি অসিগুম্বী ভার্য্যা লৈজবা নুপাতনা খ্বাইদগী থাজ-নিঙাইনি। সংসারদা ভার্য্যাতনা হিরম খুদিংগী পাম্বৈ ওইরিবনি। মপুরোইবনা শিরবদা, মপুরে ইবগী জীবনা অকিবগী মশক ফংলবা লম্বীদা মথন্ত চংথিবদা পতিব্রতা ওইবী (মপুরোইবা নিংবী) ভার্য্যা-তদি ইন্নরকই। ভার্য্যানা হান্না শিরবদি, সতী ওইবী ভার্য্যা অহুনা অহুগুম্বা মপুরোইববু ওক্লদবগী হান্নবা ঙাইহুনা অহুগুম্বা পরলোক (শিরগা ফংলুগদবা অতোপ্পা সংসার) অহুদা লৈরুই। মপুরোইবনা

হান্না শিরগনা মপুরোইবগী তুং ইন্নথি। তুং ইন্নথি হায়বা রা অসি সতীদাহ (সতী মৈ থাবা) তৌনৰিঙৈগী রানি। অদুনা মপুরোইবনা মপোক অসিদসু মাগী ভার্য্যাবু ফংই, পরলোক্তা ফংলুরিবসু ভার্য্যা অদুতমুনি। মরম অসি লৈবক্তনা "বিবাহ" (লুহোংবা) হায়রসি তৌনরিবনি। ধর্ম্মচেনবা মীশিংনা ধর্ম্মবু ফংলগা মুঙাইবা অদু-গুম্না, হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলবা মীনা ঈশিংদা চোংথরগা মুঙাইবা পোথাবা ফংবা অদুগুম্না, নারবা অমদি অরাবা তরবা মপুরোইবা অদুনা, মপুরোইবা নিংবা ভার্য্যাগী মশক উরগা অমদি লৈমিন কমিন্নরগা অরাবদু পোথাবা ফংজে। মুংশিমিন্নরবা, রামিন্নরবা, মুঙাইমিন্নরবা মুপীবু ধর্ম্মগী মথক্তা মুপী হায়রবী অসি ঐ ঐগী ইথা পোল্লবনিকো হায়রবসি থংনা, ফনা য়াম্না শাওদুনসু নিপানা করিগুম্বা মতমদা মুপীবু মপুক্রিংদা, হকচাংদা অরাবা অনাবা থক পীরোই-দবনি। মুপী হায়রবসিতনা মতম লৈবা খিবক্তা মুপাগী পোথানফম্নি। অসিগুম্বী মুপীগী শক্তি অসি য়াওদনা মুণি ঋষিশিংমক্কীসু সন্তান অমদি সৃষ্টি (মচা অমদি সংসার শেম্ব) তৌনবগী উপায় অতৈ অমা লৈতে।

প্রমাণ অমদা :—

সখায় প্রবিবিক্তেষু ভবন্ত্যেতা প্রিয়ংবদা।
পিতরো ধর্ম্ম কার্য্যেষু ভবন্ত্যার্ত্তস্য মাতরঃ॥
কান্তরেস্বপি বিশ্রামো জন্মস্যধ্বনিকস্য বৈ।
যঃ সাদরঃ স বিশ্বাস্যস্তস্মাদ্দারা পরাগতি॥

সংসারন্তমপি প্রেতং বিষমেস্কেক পাতিকম্।
ভার্য্যাবান্বেতি ভর্ত্তারং সততং যা পতিব্রতা॥
প্রথমং সংস্থিতা ভার্য্যা পতিং প্রেত্য প্রতীক্ষতে।
পূর্ব্বং মৃতঞ্চ ভর্ত্তারং পশ্চাৎ সাধ্বনুগচ্ছতি॥
এতস্মাৎ কারনাৎ রাজন্ পানিগ্রহণমিষ্যতে।
যদাপ্নোতি পতিভার্য্যামিহলোকে পরত্র চ॥

ইতি মহাভারত আঃ ৮৮ অঃ

অসিগুম্বী নুপীস্ন মপুরোইবা অমদি মচা নত্তনা মথোইগী ধর্ম্ম ঙাকপিনবা লৈতে। অতুনা মপুরোইবা, নুপী, মচা অহুম অসিবু উ-পাম্বী অমগী মউ, মশা, মহৈনি হায়না শাস্ত্রনা প্রমাণ তৌরি। অহুম অসিনা পুল্লগা উ-পাম্বী অমা কৌবগুম তংনথানবা লৈতনা মওং অমত্তদগী তোঙান তোঙানবা মশক ওইনা উহনবতনি। সংসারসিদা লৈরিবা নুপী পুন্নমক অসি মপুরোইবগা লৈমিন্নরবতদা মী ওইরিবনি। মপুরোইবা যাওদবী নুপীদি অশিবগা অম্মানি, হিংহুনা লৈবা কৌদে অস্নুন্না ভদ্রা দেবীনা হায়খি।

ভদ্রোবাচ :—

নারী পরম ধর্ম্মজ্ঞঃ সর্ব্বাহভর্ত্তৃ বিনাকৃতা।
পতিং বিনা জীবতি যা ন সা জীবতি দুঃখিতা॥
পতিং বিনা মৃতং শ্রেয়ো নার্য্যাক্ষত্রিয় পুঙ্গবঃ।
ত্বগ্দতিং গন্তুমিচ্ছামি প্রসীদস্ব নয়স্বমাম্॥

ইতি মহাভারত আঃ ১১৫ অঃ

মমাংঙৈদদি নুপীশিংনা লুহোংদ্রিঙৈদস্রু লুহোংলগস্রু মনিং তৌনা মফম অমদগী মফম অমদা কোয়না চৎনরমই। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা অতোপ্পা নুপা অমগা লোইননা মপুরোইবগী মমাংমক্তদগীস্রু চৎনিং চৎনিংবা য়েনিংবা লমদা কোয়রুবা চৎলুবা য়াই। অদুম ওইমক ঋতুগী মতমদা পুক্লিং হকচাং শেংনা মপুরোইবগা তিন্নবা নত্তনা, কামদা ভাওহুনা অতোপ্পগা লোইননা তিন্নবদি য়ানরমদে অমস্তুং তৌনরদে। খুদম ওইনা উদ্দালক কৌবা মভিক মগুণ চাওরবা ঋযি অমগী মশক মতৌ ফজরবী ব্রাহ্মণী ভার্য্যা অমা লৈরমই। মথোই অনিগী মতিক মগুণ চাওরবা মচানুপা শ্বেতকেতু কৌবা ঋষি অমস্রু লৈরমই। নোংমদি উদ্দালক ঋযি অমদি মচানুপা শ্বেতকেতুগী মমাংমক্তদা ব্রাহ্মণ অথোইবা অমনা উদ্দালক ঋযিগী ভার্য্যা অহুবু চিংহুনা পুখি। মতাং অসিদা মচানুপা শ্বেতকেতুনা থাংবা ঙমত্রহুনা মমাংঙৈগী চৎনরক্লিবা নুপীগী নিয়ম অসিবু মথাগী নিয়ম অসি ওন্থোক্লুনা থনমই।

ব্যুচ্চরন্ত্যা পতিং নার্য্যা আন্ত প্রভৃতি পাতকম্।
ভ্রূণ হত্যা সমং ঘোরং ভবিষ্যত্যসুখাবহম্॥

ভাঃ আঃ অঃ ১১৬॥

নুপীনা ঙসিদগী হৌনা মপুরোইবা থাদোক্লুনা অতোপ্পা নুপা অমগা লৈবা, চৎপা, সংসর্গ (তিন্নবা) তৌরবদি মচা য়েথবগা মান্নবা পাপ লৈগনি। অদুগুম্না সতী ওইবী নুপীবু থাদোক্লুনা নুপানা অতোপ্পী অমবু লৈমিন্নবা, চৎপা, সংসর্গ তৌরবস্রু হায়রিবা পাপ

অসি মশানা ওইফম থোক্লবনি। অতুনা নুপী হায়বসিমক্তবু মসিদগী হৌনা মনিং মথা তম্না লৈবা ইয়া য়াখিদ্রে।

পিতা রক্ষতি কৌমারে ভর্ত্তা রক্ষতি যৌবনে।
পুত্রস্তু স্থাবিরে পাতি নস্ত্রী স্বাতন্ত্র্যমর্হতি॥

নুপীদি অঙাং ওইরিবৈঙদা মপানা ঙাকই, মথোংকাররক্লগা মপুরোইবনা ঙাকই, অহল ওইরক্লগনা মচানা ঙাকই, অসি নত্তনা কবিগুম্বদা মনিং তৌনা লৈবা ঙমদে।

নুপী হায়বতু কদায়নো?

সা ভার্য্যা যা গৃহে দক্ষা সা ভার্য্যা যা প্রজাবতী।
সা ভার্য্যা যা পতিপ্রাণা সা ভার্য্যা যা পতিব্রতা॥

যুমগী থবক্তা হৈশিংবী নুপী অদো মাতনা নুপীনি, মচানুপা পোক্লবী নুপীদো মহাক্তনা নুপীনি, মপুরোইববু থৱাইমক্তি থঞ্জরিবী নুপীদো মাতনা নুপীনি, মপুরোইবা নত্তবা নুপাদা মপুক্তিং চংত্রিবী নুপীদো মহাক্তনা থাগৈশেংবী নুপীনি।

"পুত্ররূপে পতির্যস্যা গর্ভ জায়তেতি জায়া"

মপুরোইবনা মচাগী মশক লৌতুনা মহাক্কী গর্ভদা পোক্লে হায়দুনা মতুবু বেদ, শাস্ত্র, পুরাণ, সংহিতানচিংবনা নুপীবু "জায়া" হায়না কৌনরি।

## "নুপা"

মপুরোইবা হায়বসিতনা নুপীগীদমক্তদি অথোইবা গুরুনি। "পতির্হি পরমো গুরুঃ" "পতিরেকো গুরু স্ত্রীনাম্" অস্থুম্না শাস্ত্র খুদিংদা প্রমাণ লৌরি। মরম অসিনা মপুরোইববু পতি, ভর্ত্তা অসিনচিংবা হায়নরি।

## "ভার্য্যায়া ভরনাদ্ভর্ত্তা পালনাচ্চ পতিস্মৃতা"

মাগী নুপীবু য়োকপি, থাকপি হায়হুনা মপুরোইববু অয়োকপা "ভর্ত্তা" কৌই। মাগী নুপীবু ঙাকপি·শেনবি হায়হুনা মপুরোইববু অঙাকপা "পতি" কৌই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চপ্রাণমক্তি (থব্লাই মঙানি) হায়রিবা রাসপঞ্চ অধ্যায়দা শ্রীমুখমক্তা অস্থুম্না ঙাকপিখ্রবনি।

ভর্ত্তুঃ শুশ্রূষনং স্ত্রীণাং পরোধর্ম্মো হ্যমায়য়া।
তদ্বন্ধুনাঞ্চ কল্যান্য প্রজানাঞ্চানুপোষনং॥
দুঃশীলো দুর্ভগোবৃদ্ধো জড়োরোগ্যধনোহপিবা।
পতি স্ত্রীভির্নহাতব্যো লোকেপ্সুভিরপাতকী॥
অস্বর্গ্যমযশস্যঞ্চ ফল্গুকৃচ্ছ্রং ভয়াবহং।
জুগুপ্সিতঞ্চ সর্ব্বত্র হ্যোপপত্যং কুলস্ত্রিয়াঃ॥

ইতি রাস পঞ্চঅধ্যায়ঃ

অর্থ:— হে মঙ্গল ওইরিবীশা! ভাং য়াওদনা মপুরোইবগী সেবা তৌবা হায়বসে, নুপী ওইবিশিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মরম

অসিদগী মপুরোইবগী বন্ধু ওইবা মকুনচিংবা, মচা শিংগীসু য়োক-থাকপা, সেবা তৌবা, পেলহনবা হায়বসিনা মুপী ওইবিশিংগী ধর্ম্মনি। ইহলোক (হৌকি ওইরিবা মপোক) পরলোক্তা (শিরগা কংলুগদবা মফমদা) পতিত ওইবা হায়বদি :— খমথেংনা মিংচৎথীবা অমদি মুপী ওইবীগী ধর্ম্ম পূম্নমক মাংবা মাবা পাপ তৌদবা অমদি মপুরোইববু মরমচৎ ফত্তবা ওইহুনসু, বুদ্ধি জ্ঞান রাৎপা ওইহুনসু, মতমকুইনা অনাবা ওইহুনসু, য়াম্না লায়রবা ওইহুনসু হুন্দোকফদে। মাগৈগী য়ো অমা ওইখ্রবী মুপীগী লোম্না চান্নবা থম্বগী মুঙাইবা হায়বসিনা স্বর্গ কাবা ঙমদে, মিংচং থী, অতোনবা ওই, অরাবা কংই, অকিবা নংই, থবক পূম্নমক্তা মীনা নিন্দা তৌনবগী মশক ওই। হিন্দুস্থানীশিংনা "পতি পরমেশ্বর" অম্নুম্না মপুরোইবা হায়বসিদি অখোইবা ঈশ্বরনি হায়। অসিগুম্না শাস্ত্র খুদিংদসু অহুম মহায়। মতৌ ঐখোইসু অহুম মচৎনরি, চাওরাক্লা মরা, মপুরোইবা, মতৈ, মবুঙো, হকপান্নবা অম্নুম্না মরা মপুরোইববু মথল মথলগী রাহৈনা হায়নরি।

মরা :— মাগীদমক অরা-অনা পূম্নমক থাংহুনা, কদায়দা করি শোয়খিগদগে, করি তৌরগা পেনগদগে হায়না মতম পূম্নমক্তা মাগী-দমক্তা রাবিরিবা নিপাবু মরা কৌই। শম্না হায়রগনা মাগীদমক্তা রাবিরিবা = মরা।

মপুরোইবা :— মাবু মতম খুদিং, অয়ুক মুংখিল মুংদাংগী কোম্থোক-কোক্লিল তৌহুনা শেম্নবিরিবা, মচিঙাক, মফি-মরোল

পীদুনা, খাক্কুনা, লোইবিরিবা মহাকপু মপুরোইবা কৌই। শম্না হায়বগনা মাবু লোইবা মপু=মপুরোইবা।

মতৈ ঃ— মাগী মশাগা ওন্ন-তৈনবা মশা, হায়বদি তথ্মাই অনিনা পুক্নিনবা হকচাংগী, অতোপ্পা তথ্মাই (অনি অদুনা পুন্নগা মশা অমত্তা ওইবা হায়বদি মশাদি তোঙাঞ্জরবস্নু থরাইদি অমত্তা ওইবা) বু মতৈ। শম্না হায়রগনা মাগা তৈনবা=মতৈ।

মবুঙেঙো ঃ— মাবু মমা মপাগী ময়ুমদগী পুরক্কুনা, মাগী অফ কন্তুগী দায়িত্ব পুম্নমক পুবিদুনা য়োকপিরিবা মাবু মবুঙেঙো। শম্না হায়রগা মাবু পুবি ব ইবুঙেঙো=মবুঙেঙো।

হকপান্নবা ঃ— মাগী হকচাংবু করিগুম্বা মতমদা অরানবা লম্বীদা চত্তনবা, অমদি মথোং কারকপা মতমদা মাগী মপুক্লিংবু মাইকৈ অসোমদা চৎহনগে হায়বা মাইকৈদা পুবিদুনা হকচাংগা হকচাংগা লাম্বা ওইদুনা পান্নরিবা (হকপান্নবা)। শম্না হায়রগনা হকচাংবু পান্নরিবা=হকপান্নবা।

অস্নুম্না মৈতৈলোন্দা মপুরোইববু মখল কয়া ব-য়াম্না মমিংদা মরা, মতৈ, মবুঙেঙো, মপুরোইবা, হকপান্নবা অসিনচিংবা য়াহৈনা শিজিন্নৈ। ঈশ্বরমক্নস্নু মপুরোইবনা য়াদবা সুপীবু য়াদে। মপুরোইবা নিংবী সুপীগা মান্নবা অমা সংসারসিদা লৈত্রে। মপুরোইবা হায়বা অদো ঈশ্বর ঐমক্তি, মপুরোইবা নিংদনা ইশ্বর ঐবু নিংবা য়াদে, ফংদে। মপুরোইবগী য়াথং লৌরগা ঈশ্বর ঐবু নিংগদবনি, চিংবিবা অদুমকস্নু "মপুরোইবমক্তি" হায়না নিংঙনি, নত্রবদি নরক অনবগী মশক ওই অস্নুম্না হায়রি। মরম অসিনচিংবসিদগী সুপাগী

মরমদদি থোইনা শাংনা ইকবগী ভাংলুবগী কান্নফম লৈরে। মুপা মুপী কৌবা হকচাং তখাই অনিসি, পূন্না তিন্নবগা অমত্তা ওইথা লৌচিংনা যাগ যজ্ঞ, দান, ধর্ম্ম, তপ, ব্রত, হোম্নচিংবসি তৌবগা সিঙ্ক পাংথোকপা) ওই, অদুগা হকচাং তখাই অনিসি লৌচিং মামদনা নায়তনা থবক অমত্তা নিংথিনা পাংথোকপা ঙমদে। মরম অসিনা মুপা মুপী অনিসি অমত্তনি, থরাই অমত্তনা শরুক অনি থোক্না থাইদোক্লুনা, মঙং অনি থোক্না মাগী মাগী মথৌ পুনবা ঈশ্বরনা অমবুনা মুপা, অমবুনা মুপী কৌহুনা শেম্নহৎতনি. হায়বা বাক্ষম অসি-তবু মতম খুদিংদা, কাওরবা ফাওবদা নিংশিংগদবনি। মতাং অসিদা নিংথিনা থংগদবদি লুহোংবা মতমদা যজ্ঞ তৌহুনা লুহোংখিবশিংনা যজ্ঞগী মৈগী মমাং অমদি দেবতাশিংগী (লাইশিংগী) মমাংমকুদা মৈবু দেবতাশিংবু সাক্ষী থমহুনা, অদুগা চুম্না লুহোংখিবশিংনা কৈরোই লৈকাই, অহল-লম্মন, ইপা-ইমাগী মমাংদ অমস্তু শিংগ্রবা ইপা ইপু শিংবু কৌথবগা পূম্নমক অসিবু সাক্ষী থমহুনা, সঙ্কল্প (বাশকপা) তৌহুনা "মহাক অসিবু ঐগী ইবা ইপুরোইবা, মহাক অসিবুনা ঐগী নুপী গৃহিণী অমা ওইরে, পৃক্তিচুপ্পা ঐথোই অনি অসি কায়নররোইদবা অমদি হকচাং অনি থোক্লবসু থরাইদি অমত্তা ওইরবনি, অন্না-নুঙাই খুদিংমক্তা অমনা অমগী শরুক য়ানর-গাদবনি" হায়হুনা খুত্তা ঈশিং হাপ্পুনা সঙ্কল্প তৌহুনা থমখ্রবনি হায়বসি অমনা অমবু কাওরবা ফাওরদা নিংশিংনগদবনি। মরম অসিগীদমক মুপা মুপী অস্মুনা খিতং উৎপতনি। মথক্তা হাবখ্রিবা লুহোংবা মতমগী বাশকখিবা অসি, ঐথোই মৈমৈনা থবক তৌবা

খুদিংদা ভাবতানা তৌহোৌদবা অমদি মরোলগী র'হৈনা শিজিন্ন-খিদবনা অমদি থোইদোক হেন্দোক্না লুহোংবা মতমদা অহল লমন্না অমদি পুরোহিতনা নিংখিনা গুগাইনা জ্ঞান তানা তাকপিখিদবদগী ঐখোইগী লৈবাক্কী মুপাশিংনা মুপী'শিংবু শা-শনগুম নৈবিবা অমদি শান্নপোংকুম নিংচুনা, মন্নগা অহনবা থরাইনা পাম্বা অহনবা অমা কৈথেন্দগী হেক লৈরুবা য়াবা মতাগুম থনখিবনা, ঐখোইগী লৈবাক্কা মৌ হন্নকপী মশীং য়াম্না উরিবনি। মুপীগীমু অচুমগাই, মুপাবু "শকহেনবী ঐখোন্দদি অপাৎপদা হম্লিং ইনবগুম্বনি" খন্দোক্লি, মচুমন্না মৈতৈ মুপাদগীদি মৈতৈ মুপীনা হেন্না তৌগুমদবা অমমুক করি লৈরিবগে য়েংবিয়ু:— মৈতৈ মুপাদি কা হেন্না গু'ওবা কনা-গুম্বতনা হা'ন্দুপী লৌরুবা, মচুমকমু ময়ুমদা পুশিঞ্জবা চুমদবনা লোম্না থুপ্না মীরমদা, চীংদা-মান্দা লৈরুবগী বাদি অমুক মতারি। হৌজিক ফাওবদা ময়ুম ময়ুমদা পুশিন্দুনা কৈরোই লৈকাই খংনা শেংদোক্লুনা, মথুৎ-মশা চাহুনা লৈমিন্নবদি মশীং কয়া য়াম'ব্রি। মৈতৈ মুপীদি হাও ওংই, ময়াং ওংই, পঞ্জাবী, মররারী, পাঙল সাহেব ফাওবা ওংই, অমুক অসিদগী হেন্না হায়ফম লৈতে, নিংথৌ-লৈবাক্তা (অতিয়াদা) তিন শিংকৎলগা ইরাইবক্তা তাই হায়বচু'নি। মতাং অসিদা ঐখোইগী মণিপুরদা লৈমিন্নরিবা পাঙল (মুসলমান) ইচিল-ইনাওশিংগীদি লুহোংবা মতমদা "নিকা শোনবা" হায়চুনা মুপা মুপী অনিমক তানা মরোম্না কোরাণগী (ঐখোই হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রগুম্বা) রাহৈ কয়ামুক হায়চুনা মশা মশানা পুজিগী কায়নবা লৈ-তবা লৈমিন্ননবগীদমক হংবিরি তাকপিরি। মশা মশানা য়ানিংত্রবদি

মিকা শোনবা য়াদে। মরম অসিনা পাণ্ডলশিংগী মুপী হল্লকপা ফায়বসি য়াম্না লুনা ·থোকই। "তলাক" তৌবা (থাইনবা) হায়বা য়াফমতু তৌহুনা থাইনবসি কয়া য়ামদে, মতু পুন্সিগী অরোইবনি খই। কদায় ফাওবনো হায়বদা তলাক হায়বা বাহৈসি চিন্দা পায়দে করিগুম্বা শাওবদগী, মুণ্ডাইষ্ভবদগী অহুমলক শুনা পায়বমি ভুপা মুপী অনিমক্কী মপুন্সিদা অমগা অমগা শকয়েংনবা ফাওবা য়াদনা তোঙান্নবা (থাইনবা) হায়বতু ওইরে।

## "মচা"

মচা (পুত্রঃ) হায়বসিনা ইহলোক্তা (হৌজিক ওইরিবা মপোক্তা) মমা মপা মপু মবেলবু কল্লি। পরলোক্তা (শিরগা ফংলুগদবা মপোক্তা) নরক্তগী কল্লি, মরম অসিনা ইহলোক পরলোক অনি-মক্তা মমা মপা মপু মবেলবু ইকনতা কল্লি। মরম অসিদগী জ্ঞান লৈবা মীশিংনা মচাবু "পুত্রঃ" কৌনরিবনি। মচাবু মমা মপাগী নুঙাইনবগী মশক ওই হায়বগীদমক মচাবু "নন্দন" হায়নসু কৌনৈ।

মফি-মরোল পানা শেংলবী নুপীগা অমদি ওলাং ওলাওবা মতমদা অম্বিংবা ঈশিংগা শোক্লরুবদা ফংবা নুঙাইবা অহুগা, উকুল রাইফুল তৈরবা, মশামক্কী মশক ওইরবা পীক্লিবা মচা অহুবু শোক্ল-রুবদগী ফংলকপা নুঙাইবা অহুগা, করম্বনা হেনবগে চাং তম্নীরত্রা? শোক্ল-পম্নবা মাবা পোৎশিংগী মনুংদগী মচাবু শম্নরুবদগী পোক্লকপা নুঙাইবা অহুক নুঙাইবা, অতৈ অমা জগত্তা লৈত্রবনি। মতাং

অসিমক্তদা শকুন্তলা দেবীনা মচান্‌পা ভরত্তা হায়খি, "হে পুত্রঃ নং অসি ঐগী হকচাং কায়াৎ থুদিংমক্তগী শরুক অমমম ওইনা থোরক-তুনা অমদি থোইদোক হেন্দোক্লা থম্মোইমক্তদগী চোংথোরক্তুনা পোক্লক্লবনিদো, মরম অতুনা নং অসি ঐগী আত্মাগী মশক্কি। আত্মা নহাক্লা হৌজিক নমিং পুত্রঃ কৌতুনা থোক্লক্লবনিনা নংনা পুন্সিবদি ঐনা পুন্সিবনি অতুনা নহাক চহি চাম-চাম পুন্সিয়ু। ঐনা অহল ওইরবা কান্দা ঐব্‌ য়োক্ল-থাক্লগদৌরিবনি, অতুনা নংগী বংশ (শাগৈ) অতু অমাং-অতা লৈতনা ন্‌ঙাইনা পানবা ওইগদৌরিবনি অতুনা হে পুত্রঃ নংনা য়াম্না ন্‌ঙাইনা মীওইবগী পুন্সিদা চহি চাম চুপ্পা পুন্সিতুনা নচা-নশু পোক্তুনা লৈরকউ।" কয়াদা ন্‌ংশিত্থব অমদি ফজত্থবা বানো !!

পুন্নামো নরকাদ্‌ যস্মাত্রায়তে পিতরং সুতঃ।
তস্মাৎ পুত্রঃ ইতি প্রোক্তঃ স্বয়মেবা স্বয়ম্ভুবা॥

বেদগী সংস্কার (শেংদোকপনচিংবা) না তিল্লবা মুপা অতুগী ভেজ (মঙাল) অতুমক্লা ভার্য্যাগী গর্ভদগী মচা ওইনা পোক্লক্লবনি মচা ওইরিবা অতুনা অমুক মচা-মশু পোক্লম্লগা হাম্না হাম্নগী মপ মপু ওইরিবশিং অতুবু উদ্ধার (লানবিবা) তৌই। পুং হায়বা নরক অতুদগী মপা-মপুবু কনবি হায়তুনা ব্রহ্মা মশামক্লা মচা হায়বা অসিবু "পুত্রঃ" হায়বা মমিং অসি থোনখিবনি।

যস্য জাতস্য পিতরো মুখংদৃষ্ট্বা দিবং গতা।
অহং মুক্ত পিতৃঋণাদ্ যস্য জাতস্য তেজসা॥

ইতি ভাঃ আঃ অঃ ১৫১ ॥

পোক্লবা মতুংদা অঙাংচুগী মশক্কা উবদা পিতৃলোক পুন্নমক স্বর্গ কাখ্রবনি। মচা হায়রিবসিগী পান্নেবা "পিতৃঋণ" ইপা-ইপুগী লমন্দগী কোক্লবনি। জ্ঞানিশিংনা অসুম্না হায়নৈ :— মপুরোইবা হায়বসিনা মাগী ভার্য্যাগী গর্ভদা মচা ওইনা চংচুনা পোকউবা মরম্না মুপা অচুনা, মচাপোকপী মুপীবু মশামক্কী মমাগুম খল্লি অমদি উই।

প্রমান্দি :—

আত্মাত্মনৈব জনিত পুত্রঃ ইত্যুচ্যেত বুধৈ।
তস্মাত্তার্য্যাং নরঃ পশ্যেন্মাতৃবৎ পুত্রমাতরম্॥

ভাঃ আঃ অঃ ৮৮

মিংশেন্দা মথন্তগী মমি তাবগুম ভার্য্যাগী মশক ওইরবা মিং-শেন্দা মচাগী মশক ওইরবা মমি তাই। মরম অসিনা ধর্ম্মচেনবা মীশিংনা ধর্ম্মবু ফংলগা মুত্তাইবা অচুগুম্না মপানা মচাবু উবদা মুত্তাইজে। মচা হায়বসি মথল (১২) তরানিথোইনি। মথল (৬) তরুক অমনা মপাগী অধিকার ফংই, (৬) তরুক অমনা ফংদে।

স্বয়ং জাত প্রনীতশ্চ পরক্রীতশ্চ যঃ সুতঃ॥
পৌর্নভবশ্চ কানীনঃ স্বৈরিন্যাং যশ্চ জায়তে॥
দত্ত ক্রীতঃ কৃত্রিমশ্চ উপাগচ্ছেৎ স্বয়ঞ্চ যঃ।
সহোঢ়ো জাতরেতাশ্চ হীনযোনৌ ধৃতশ্চ যঃ॥

অশুন্না ধর্ম্মশাস্ত্রদা লাওরিবসিমডাই, মচা মথল তরুক্কা মপাগী লৌবী য়ুক্কমদা ফংনবগী অধিকার ফংই। মথোই তরুক অহুদি— ঔরস, ক্ষেত্রজ, ক্রীত, পৌনর্ভ, কানীন, গৃঢ়োৎ তরুক অসি মপাগী অধিকার লৈ। অহুবু হায়রিবা মচাশিং অসি লৈত্রবদি মমানা অতুংগী মচা তরুক অসিবু আকাঙ্খা (খোন্নাংবা) তৌগদবনি। অরাবা ভারবা মতমদা মচা লৈতবগী খুদোংথীবা ভাগদবা উন্নবদা মুপীনা মগুণ লৈবা পুরুষ অমদগী নত্রগা মনাওনিপামক্তগী অফব মচা ফংনিংই। স্বায়ম্ভুব মনুনা হায় ঔরসপুত্রঃমক্তদগীসু ক্ষেত্রজ পুত্রঃনা হেল্লি, অমদি দান ধর্ম্মগী ফল ফংই, অহুনা অয়াম্বনা ক্ষেত্রজ পুত্রঃ ফংবা অমদি ফংনবা হোংনৈ। খুদম ওইনা কুরু শাগৈনা মুংপা ভারবদা ব্যাসদেবদগী মনাওমুপী অনিগী গর্ভদা ধৃতরাষ্ট্র পাণ্ডুনচিংবা পোকখি।

তৎ প্রমাণং :—

অপত্যং ধর্ম্মফলদং শ্রেষ্ঠংবিন্দন্তি মানবাঃ।
আত্মশুক্রাদপি পৃথে মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ ॥

(১) ঔরস পুত্রঃ :— জাতি মান্নবী মুপী লুহোংহুনা মশাগী বীর্য্যদগী পোকপা মচাবু ঔরস পুত্রঃ কৌই।

(২) ক্ষেত্রজ পুত্রঃ :— জাতি মান্নবসু মান্নত্রবসু অফবা জাতিগী পোকপী ভার্য্যাগী গর্ভদা পোকপা মচা হায়বদি— ইশাগা জাতি মান্নবা নত্রগা অহৈনবা কনাগুম্বগী ত্রৈণী ভার্য্যাগা তিন্নহনুনা পোকপা মচাবু ক্ষেত্রজ পুত্রঃ কৌই।

(৩' ক্রীত পুত্রঃ :— মতৌচাবা মমল পীদুনা লৈবগুম্না লৌরুবীগী গর্ভদা পোকপা মচাবু ক্রীত পুত্রঃ কৌই।

(৪) পৌর্নভ পুত্রঃ :— মপুরোইবনা থাদোক্লবী নত্রগা লুখ্রাবীনা অতোপ্পা অমদা অমুক ওংহুনা পোকপা মচাবু পৌর্নভ পুত্রঃ কৌই।

(৫) কানীন পুত্রঃ :— মপাগী মযুমদা কন্যা ওইরিবৈদা পোকপা মচাবু কানীন (কন্যা) পুত্রঃ কৌই।

(৬) গূঢ়োৎপন্ন পুত্রঃ :— লুহোংগ্রিবৈ নত্রগা হোংলগা, অতুংদা লোম্ন-থুপ্না মপুরোইবগী চিংনফম থোক্লা পোকপা মচাবু গূঢ়োৎপন্ন পুত্রঃ কৌই।

(৭) দত্তক পুত্রঃ :— মচা পোক্তবা মীদা মপানা নত্রগা মমানা নত্রগা মমা মপা অনিমক্না মচা ওইনা পীথোকপা মচাবু দত্তক পুত্রঃ কৌই।

(৮) অপবিদ্ধ পুত্রঃ— লাইরবা মপা মমানা য়োক থাকপা ভুমদবদগী নত্রগা ক'বগুম্বা থটনা অমদগী অতোপ্পা অমদা য়োম্হোকলবগুম পীথোক্লবী মুপী অদুগী গর্ভদা পোকপা মচাবু অপবিদ্ধ পুত্রঃ কৌই।

(৯) কৃত্রিম পুত্রঃ :— মচা পোক্তবশিংনা মচা শাহনা, কনাগুম্বা অমগী মচাবু মচা শাহুনা য়োকপা মচাবু কৃত্রিম পুত্রঃ কৌই।

(১০) স্বয়ংদত্ত পুত্রঃ :— মশানা মানা কনাগুম্বা অমদা পীথোক্লবা মচাবু স্বয়ংদত্ত পুত্রঃ কৌই।

(১১) সহোঢ় পুত্রঃ :— কনাগী ঔরসতগী গর্ভাবতী ওই-খ্রিবনো হায়বদু খংলবসু খংত্রবসু অদুগুম্বা মচাসুপী অদুগী লুহোংলব মতুংদা পোকপা মচা অদুবু সহোঢ় পুত্রঃ কৌই।

(১২) শৌদ্র পুত্রঃ :— শূদ্রনচিংবী অতোনবী জাতিদা লায়দুনা পোক্লুবা মচাবু শৌদ্র পুত্রঃ কৌই।

অদুনা মথক্তা হায়খ্রিবা মচা তরানিথোই অদুগী মনু দা মথক্তা মচা তরুক্তা হেল্লি। তরুক অদুগী মনুংদা অহানবগী মচানা খ্বাই-দগী হেল্লি। অসুম্বা দেশ, কাল, পাত্র (মফম, মতম, পোৎশক) কি মতুংইন্না চৎনরি। অদুমকপু স্বায়ম্ভুব মনুনা হায়রিবা মচা তরানি-থোই অসিদগীদি অনিশুবা মচা "ক্ষেত্রজ পুত্রঃ" হায়বা অসিনা খ্বাইদগী হেল্লি হায়না মহাভারত শাস্ত্রদা ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু, বিদুরনচিংবা পোকচৈদা ব্যাসদেবদগী অম্বিকানচিংবীগী গর্ভদা ক্ষেত্রজ পুত্রঃ লৌখিবনা মতিক চাবা প্রমাণ ওইখ্রে। অদুবু ঐদি ইচা পোক্তে অহনসু ওইরে হৌজিক অতোপ্পা অমবু লুহোংলুবসু মতম চাত্রে, অদুগা ঐগী সহধর্ম্মিণীদি (মুপীদি) (ঐনা অঙাং ফংনিংবদগী মথল মথল থিদুনা অমদি মুপী মশিং য়াম্বনা) নহা ওইরি। অদুনদি বেদ শাস্ত্রনসু য়াববা ক্ষেত্রজ পুত্রঃ হায়বসি ফংনবা হোৎনরগে হায়না নিংদুবা, অফবা মুপাদগী ঐগী ক্ষেত্র (মুপী) দা ক্ষেত্রজ পুত্রঃ লৌনব হোৎনবা তাববসু মাগী অকরুবা নিয়ম অমসু নিংথিনা লৈরি নিয়ম অসিগী মপান থোক্লা পাংচৎ চৎপা য়াদে।

পাণ্ডুস্তু পুনরেবৈনাং পুত্রলাভান্মহাযশা।
বক্তুমৈচ্ছদ্ধর্ম্মপত্নীং কুন্তীত্বেনমথাব্রবীৎ॥

নাতশ্চতুর্থং প্রসবমাপৎস্বপি বদন্ত্যেত।
অতঃপরং স্বৈরিনী স্যাৎ পঞ্চমে বন্ধকীভবেৎ॥

ইতি ভাঃ আঃ অ ১১৭

হায়বদি:— অর্জ্জুন পোক্লবা মতুংদা পাণ্ডুনা মচা অতৈ অমমুক ফংনিংতুনা কুন্তি দেবীগী মফমদা মচা অতৈ অমুক ফংনবগীদমক হায়গে হায়নতা নিংলকপদা কুন্তিনা হায়খি— "অসিগী তুংদা অমুক অরবা তারবা ফাওবদা মরিশুবা মচা অমা পোকহনবদি মুনিশিংনা অচুম্বনি হায়রমদে।" মরমদি মওং অমুম্না পোকহন্দবা য়াদবদগী মচা অহুমফাওবা পোকহল্লবা মতুংদা মরিশুবা মচা ফংনবগীদমক, মরিশুবা মুপা অমগা সংসর্গ (তিন্নবা) তৌরবদি মুপী অদো অপনবা অখিংবা লৈত্রবী ওক্তবী বেশ্যাগী মমুং চল্লে। অতুদগী মঙাশুবা মুপা অমগা অমুক সংসর্গ তৌরবদি— মচা ইপোক পোক্তবী বন্ধ্যা (অথুংবী) ওইরে হায়না শীংথানৈ, হায়বদি পোক্লিবা মচাশিংহু কান্নদবা মচা ওইরগনি অতুনা মচা ইপোক পোক্তবগা মান্নরে। মরম অসিনা ক্ষেত্রজ পুত্রঃ লৌবা তারবসু অহুমশুবা মচাদগী হেন্না লৌবা য়াদে হায়বা মহাভারত গ্রন্থনা প্রমাণ নিংখিনা ওইরি। অতুনা পাণ্ডুনসু মাগী অতোপ্পী সহধর্ম্মিণী মাদ্রীদগী অতোপ্পা মচা অনি অমুক লৌখি।

অতুবু ঐথোইগী লৈমাক অসিদদি হৌজিকী মতমদা মসিগী মরমদা খিজিন্দবা অমদি য়ানিংদবনরা নত্রগা লোক সমাজদা করি অকায়বা লাকদগে চিংনবনরা নত্রগা মতুমক হেক তৌরবগা, অয়াবা

য়াদবা মশক খংদনা মীপুমথিংনা মাংলকপা তারে হায়না লৌথিব-
নবা ওসি ফাওবদা মচা পাম্বনা ওাওরবা ভাওরবী মীশক কয়া
মপুন্সিচুপ্পা মচা ফংদনা শিংথিবা কোঙ্গাই ওইরি। সংসারদা লাক্ল-
বদি মচা পোকপা হায়বা ধর্ম্ম অসি তৌবা তাই অমদি তৌদবা
য়াত্রবমক্কি। মচা অহুম্ব খ্বাইদগী মীথোই মীহেনবা অফবা মচা,
সমাজদা শীংথানবা য়ারবশিংগী মফুংদা খ্বাইদগী মীকোকথোংবমক
পাম্বিবনি। অতুনা মচা পোকপা হায়বা ধর্ম্ম অতুগী ইহান হানবা
ধর্ম্মদীক্ষাগী হৌরকফমদগী হৌনা, অফবা মচা করম্না পোকদগে
অমদি মচা হায়বসি করিনো হায়বসি মুন্না খংজিনগদবা অমদি
খংদবা য়াত্রবা অমনি। মরম অসিনা মথক্তা ভাবশিং অসি নিং-
থিনা জ্ঞান তানা থংগদবা ওই।

## "লুহোংবা"

"লুহোংবা" করিনো? মথল কয়া শুবগে?

লুহোংবা=লু+হোংবা; লু (মকোক মক)+হোংবা (অতোপ্পা
অনৌবা মকোক অমা ওইবা)। হায়বদি— হান্নগী মকোক অহু
থাদোক্লুনা অনৌবা মকোক অমা হোংলবনি অতোপ্পা মমাই অমা
লোয়দনা ওইকম থোক্লে, অতুনদি হান্নগী মাগী মশক অহু ওইরে,
অতোপ্পা অনৌব মশক অমা ওইরে, অতুনদি অতোপ্পা শকফম,
অতোপ্পা পুকচেল, অতোপ্পা রাখল, অতোপ্পা বাঙ্গাং-শাঙ্গাং, থৌদো,
লোনচং হায়দুনা ক.মজে হান্নদগী পুমহোং হোংবা তারে, হোংদবস্র

াচ্রে হোংস্থ হোংলে। অচুন হান্নগী ওইরম্বা মওংবু অনৌবা মওংদা
পুমহোং হোংহল্লি হায়রুনা ম'সিগী মমিংবু "লুহোংবা" অস্থমা কৌন-
রবনি। অচুম্বমক্তি লুহোংলবা মুপা মুপী অচু হান্নগী মাগী মাগী
ময়ুমগী স্বভাব অচুগুম্না লমচং শাজং, ঙ'ংবা শকপা, থবক তৌবা,
ব্যবহারনচিংবা হান্নগী থোদো অচু তম্বা ইয়া য়াত্রবনি। অতোপ্পা
অনৌবা থোদো অমা পুমহোং হোংলবনি। করি অমুক হায়রুরনি
শক চু ফাওবা অনৌবা অমা পুমহোং হোংলবনি, মসি পুন্নমক্তা থং-
নরবনি। অসিদগী কদায় ফাওবা হোংবগে হায়রবদা মচা অমা
ওইরম্বদগী মপা মমা অমা ওইরকপগী থাক অচু ফাওবা কাথংলক-
লবনি। মসিমক্তা অহল-লম্মন্না অসিগুম্বা থবক অসিবু য়াম্না অর্থ
লৈনা মাগী মমিং "লুহোংবা" অস্থমা কৌনরম্নবনি। অসিগুম্বা
থাক্তা কাথংলবা মুপা মুপীশিংনা য়াম্না রাথল তৌনা জ্ঞান তানা
সংসারগী গৃহস্থ ধর্ম্ম (য়ুম পানবা) দা হৈ-শিংনা ভাব তানা মথং মথং
থাক থাক কাথংকদবনি। নত্রবদি তমথিরবা নাম্বগল্লবা, খুতম
খিত্তং শায়বদা অরাবা খুদোং থীবতগী মক্ষম ওইরবা সংসার সমুদ্র
অসিদা হন্না চন্না তারিবনি। অচুনা য়াম্না পুক্নিং লৈতানা অস্থম
অস্থম তৌবা হোৌনৈ হায়বা নিয়মগী মথাপোম্না চ্যেকশিন্না চংলব-
তদা শীংথানবা য়াবা মীশক অমা ওইরকদবনি। নত্রবদি মমল
য়ান্নবা পুক্নি অদো অরেম্বদা থা'উথক্তা মাংবা শোয়ত্রবনি।

লুহোংবগী মরমদা থায়রগী অহল-লম্মনশিংনা চংনরম্নিবা
নিয়ম নীতিশিং অচু য়ায়া ফক্তৈ লুই অচুবু মতম হায়বসিনা লেপ্তনা
অস্থম অস্থম কালেন-কাত্বীত ওইহুনা লৈয়্ রাদবনা মিংথম থাম্ন

মরাকই, অহুওন্না অরা-মুঙাই, অয়িং-অশা ওয়-ওন্না চংপা মতমনিনা মমাংঙৈগী অয়িবা লোনচং, অয়িবা নীতি অহ্ শিজিন্নহ্না অমুম অমুম লৈবা য়াবক্তে। হৌজিক্কী মতম চাওখংলবা যুগকী নহা-রোলশিংনা কয়িমত্তা পাম্মু্ লো হায়বা য়াদে। অহোয়নহুম মহুগী ওয়-তৈনবা মওংদা মখোইনা থবক ওইনা চত্থরকই। থাইনগী মীনা "ঐদি ইমা-ইপা, অহল-লম্মন, লাইগুরুশিংনবু য়ারবদি মহুতনা ঐগী মতনি" হায়বসিগী মহুত্তা, হৌজিক মতমগী নহারোলশিংনা পুনয়িবা ভাবনা :— অহল-লম্মনশিংনা লোগদবা লৈগদবা অমদি পায়গদবা মুপা মুপী নত্তে, ঐ-ঐতনা পুন্সিচুপ্পা লৈমিন্নগদবা, য়াবে য়ামিন্নগদবা অমদি মুঙাইরে মুঙাইমিন্নগদবা থবক অসিদি, ঐ-ঐনা পাম্বা মত মতুং ইন্না থবক তৌগনি অসিনি।

থায়নগী অহলশিংনা হায় :— মমা মপানবু মচাগী ফত্তবা য়াংনবা তৌবা হৌনবরা নং নংগী মুঙাই য়াইফনবত্তা থন্দুনা মতম লৈবা খিবিক্তা হোংনরিবনি। লম হেনগন্থ, ঐখোয়না হায়বা ইল্লু, মীগী মমাংদা ঐখোইবু হাংকমু।

নহারোলশিংনা হায় :— মুপা মুপী হায়বসি মঙানি তরা-নিদংতা লৈমিন্নরগা লোইগদবা নত্তে, হান্নগী ফত্রবা মল্লবা পোৎ চৈ অহ্ হন্দোক্লগা লোকান্দগী অনৌবা থরাইনা পাম্বা থন্দুনা লৈরুবা য়াবগুম অনৌবা অমা লৈরুবা খিরুবা য়াবা নত্তে। অহুনা মুপা মুপী খুদিংনা লুহোংবা মতমদা য়ায়া রাথল তৌগদবনি। মরমদি ফত্রে মুঙাইত্রে হায়হুনা হন্দোকপা য়াত্রবা, পুন্সিগী লেংলরোইদবা পোৎ-শক অহুদি ইথরাইনা ভাবা ইপুক্লিংনা পাম্বা থল্লগা লুহোংগদবনি।

হন-লম্মনশিংগা লৈমিন্নগদবা নত্তে, ইশা ইশাগা লৈমিন্নগদবনি, চুংদা পুকচেল খোইজেল তিন্নরক্ত্রগা ওইরকপা অন্নাবত্ত ঐখোই ামদে। ঐ-ঐগী ইন্নাইবক্তি ঐ-ঐতনা শেমজগদবনি, কনাগী মখোই নত্তে হায়দোকই।

অহল-লম্মন্না হায়— "লুহোংলবী মুপীবু মুংশিয়ু, লুহোংলবা পাবু পাম্মু", নহারোল্লা হায়— "মুংশিরবা মুপাতগা লুহোংগনি, ংশিরবী মুপীতবু লৌগনি", অওকপনি মতমগী ঈচেল, থুবাক-থুনম, ক-খা অম্বিং-অশা, অন্না-মুওাই মুন্না থঞ্জিল্লুরবদি মসি পুন্নমকসি ামত্তনি, অমত্তদগী ওইরকপনি, অমুক অমত্তা ওইথিগনি।

হৌজিক অমুক থন্নসি ঃ— অহল-লম্মনশিংগী মতমদা মখোই-। চৎনরম্নিবা মত অহুগা, নহারোলশিংগী মতম হৌজিক চৎনরিবা ম্ত অসিগা করম্বনা পাম্বগে, কনানা হেন্না ফবনি থন্নসিগে। ালেন থাদা অম্বিংবা ঈশিং নত্রগা মুংশিৎপু পামদবা, নিংথমখাদা মফু তিক্লিংদবা মীশি লৈরমথিগত্রা? মসিগী মন্নুংদা অহলনা অহলগী রাথল, নহানা নহাগী রাথল, মসি পুন্নমক ঐ নং মাবু শম্বিন্নিবা ঈশ্বরনা মতম মতমগী মতুং ইন্না শিৎহল্লিবা মুংশিং মথল মমনি। মতাংসিদা অহল-লম্মনশিংবা মচাবু মওবু পেনচনখিদবদগী ায়বদি— মচাবু মওবু মী অমনি, মী হায়বসি অপাম্বা, মুংশিবা, ানিংবা, শেংনিংবগী মথা পোন্না লৈরিবনি হায়বসি থল্লনা লাই দিবী অমওম লৌবনা মচা মওশিংবু মরাইবক খীহল্লি। মহুগা লাইননা নোংম নোংমগী ওক্তবা লম্বীদা মখোং থাংজিলহল্লি। মমা পা ওইবনা মচাবু থাজ-য়োজবা কুপী-নহা থিবিবা মতমদা মচা

মগুশিংগী মপুক্লিং পেন্দবা থবক তৌবিখিবনা অমদি মশা মশানা অমগা অমগা সুংশিননা তিন্ন-তোংনথিদবনা নোংম নত্রগা নোংমা পুক্লিং সুগুাইরক্কবা মতাংদদি অমনা অমবু হন্না স্নেংনদনা সুপানা সুপীবু খাইনরি। অতোপ্পা সুপী অমমুক থিনরি, অসিতসু নত্তনা মমা মপানা লুহোংবিরুরিবা সুপী অচুমক লৈনা লৈনা অতোপ্পা সুপী অমমুক পুররুরি। মসিমক হায়বা ইনবা, অহল লম্মন কিনা লুনা চৎপা, লমচৎ-শাজৎ ফজবা অফবা অগুাংগী মওংদি নত্তে অচুবু লম-হেনবা ফত্তবা অগুাং অমত্তা লৈত্রে হায়বদি য়াদে। অসুম্না সুপীনসু পামদবা সুপাগী মনাক্তা কয়া কুইনা লৈগদগে অমদি লৈনবা উবি-ববগে? মরম অসিদগী মপামদা হল্লকপা সুপী মশীং অসুক্কী মতিক য়াম্লিবনি, মসিমক মিৎ-খিৎনা উনরিবসিনি। মপামদা হল্লকপী সুপীবু লমচৎ-ব্যবহার থংবা কনানা লুনা নিংখিনা তৌবিবগে, মপুন্সি অচু মাংজবতনা মখোইগী শরুক ওইনরি। কনাগুম্বা মরাই-বক ফবী থরতনা অহানবগী অচুদগী হেনবা, মত্তাচাবা সুপা অমগী সেবা তৌবা ফংখিবসু মরাওইদি হায়ববু মচু লিশিংগী মসুংদা অমা য়াওবা অরাবনি। অতৈদি হান্নগী মমান-মমান্নবা অচুদগী হল্লক্রগা মথক্কী অহন, হসু-হনাদা, মচা-মগু লৈবদা, লোম্নবী অতোনবী, ওইরুবা নত্তনা অতৈ উপায় অমমুক লৈনস্ত্রিবনি। মসিমক মমা মপা অহল-লম্মন্না পামজবা লম্বীদা চিংখিচুনা নহা-নহাশিংগী অনৌবা আশাগী ময়োনশিং অচু থুদেকপিখিবদগীনি।

অচুম্নমক্লি:— মচা মগুগী ফহনগে ফংহনলোই হায়বসি মমা মপা, অহল-লম্মনশিংগী মথুত্তা লৈরবনি। মমা মপা ওইবশিংনা

মতাং মতাং খুদিদা মচা মশুশিংগীদমক য়াম্না মুন্না মুন্না খন্থরগা লৈবক তোগদবনি। নত্রবদি ফহন্নিংবা মচাদো ফত্রগা ওক্রবা মচা অমা, লাইরিক-লাইশু হৈহন্নিংবা মচাদা পংলবা মুর্খ অমা ওইরোই হায়নিংঙাই অতাংবনি। খেন্নবদি অহল লম্মনশিংগী মত মতুং ইন্না চংনরিবৈ মতমদা মথোইগী মতক চাননা চংপা চমথবা থোক্লবদি অফবগী মথক্তা অফবতা ওই। নহারোলগী মত চংলুবগা মপুংফানা মশক থংদনা ফিরেপ য়ংদনা চংলুবশিংনা তালি নাম্থোক্লবা রেল-গাড়ীগুম অৱাবগী মথক্তা অৱাবা ওইরৈ। অহল-লম্মনবু কিনা লুনা, থাক্ত-খাসি নাইনা মপা মমান হায়বা ইন্নরিবৈ মতম অতুদদি মপামদা হল্লকপী নুপী মশীং অম্বক য়াম্লমদে, তশেংনা হায়রবদা ছিবৈবু লৈরমদে হায়বা ফাওবা য়াই অতুবু অৱাবদি মতম অতুগী ম্রাংশিং অতুগা হৌজিক কালগী মুংশিং অসিগা অম্বক্কী মতিক খেন-নরে হায়বসি ৱাবী ওইনা লৈকদ্রবস্থ সিনেমা ড্রামাগুম লিং খিংনা উনখিবসি মঙাই। অতুম ওইনমক হৌজিক্কী নহারোলশিংবু তশেং-নমক নিং তমউ হায়বা'দ নত্তে।

অসি নত্তবা অনগুবা মরম অমনা লুহোংগদবা লুহোংগদবী অনিবু মতিক চানা ভাব তাহনবিক্রিরৈনা হন্ননা লুহোংবিবা। অমনা মশা মশানা লুহোংবদা মতিক চাই-চাদে খংদনা মশা মশানা লুহোংনবগী মরম শিঙ্গরক্লিবা নহারোলশিংনা মা মানা পামজরিবা অমদি মুংশিজরিবা মুংশিজরিবী অসি করম্বা মথলগী মীতানো হায়বসি তাংদাংবা মুন্না খংক্রিরৈদা পুক্লিংগী মথা পোনখিবদগী হায়রনা লুহোংনবা হোৎনখিবা অসিনা মথক্কী অৱাবশিং অসিগী চপ চাবা

মরুনি। ভাব তাহনবা হায়বদি :— লুহোংবা হায়বসি করিনো, লুহোংবা মতমদা করি তৌবা হৌনবগে, লুহোংলিবা অসি করি তৌরিবনো, লুহোংলবা মতুংদা করি তৌগনি হায়বদি করি করম চংকনি হায়বঃ রাখল অসি য়াম্না মুন্না নৈনগদবা অমদি নৈনদবা য়াত্রবা রাফম্নি। লুহোংবা হায়বসি ই১ম চম্বা থবক নত্তে মতুমক্তা অহল-লম্মনশিংনা করিগুম্বা অরুবা থবক্তা, অশেং অমাংগী মরীদা, লাই-তৌনগী থবক অমা তৌরমদাইদা, মীয়াম তিন্নরকপদা মাগী মচাদো মাগী মশুদো লুহোংহুনা পোকপা মচারা, তুমন লুখ্রা মচারা, শাগৈ জাংনা করিনো, য়েক-শালাই সাইরুপ গোত্রঃ করিনো অসি-বচিংবা মুন্না থিরগা থবক তৌনরক্নি, তৌনরি মসিমক অথ' য়াম্না নৈরিবা রানি। শম্ন' হায়রবদা দোষ নৈতবা মফমদগী হৌরকপা পোংনা মরম পুন্নমক্তা দোষ নৈগন্দে হায়ব'স ম'সগী উদেশ্যনি।

মথক্তস্থ পনখ্রে, লুহোংবসি ইচম চম্বা নত্তে হায়বদি যজ্ঞ তৌহনা হোংলিবা অহুগুম্বা লুহোংবগীনঃ যজ্ঞগী মৈবু অমদি লাই থুদিংমকপু সাক্ষী থমহুনা, চুম্বা সঙ্কল্প তৌহনা হোংবনা ইপা ইপু অমদি শাগৈ নাতৈ, কৈরোই নৈকাই পুন্নমকপু সাক্ষী থমহুনা মুপানা মুপীবু মাগী মাগী পুন্সি অহুদা লোইনবী, অরা মুন্তাই থুদিংদা কায়নরবোইদবী অমা ওইনা লোরবনি হায়না, মুপীনস্থ মৈবু সাক্ষী থমহুনা অমদি ইপা ইপুবু সাক্ষী থমহুনা ইপুরোইবগী মশক ওইবা লোরগনি হায়না সঙ্কল্প (রাশকপা) তৌহনা লোন-নৈনরিবনি হায়-বসি কনাগুম্বা কনাগুম্বী বর-কন্যা অমত্তা পুরোহিতনা অমদি মমা মপা অহল লম্মনশিংনা তাকপিবা য়াওদ্রে হায়বদা হায়মনবা

ক্লোই। নত্রগনা মশা মশানা হায়রিবসি ভাব তাবরা হায়বস্থ
ঙ্গনি। মরম অসিনা লুহোংবা হায়বসিবু অস্থক লায়বা অমদি
া থবক্তি হায়বসি থংনখিদবনা থুপাগীনা লমচং নাইদবা থুপীগীনা
াং য়াস্বা হায়বা মিংথোল অতুদা লৈনখিবনি। অতুনা অফবা
ওই অমা ওইনা সমাজবু সুধার তৌগে নিংলবদি লুহোংবগী
মদা য়াম্না মুন্না কুপ্না থন্ন নৈনগদবা ওই।

অষ্টবর্ষে ভবেদ্গৌরী নব বর্ষে তু রোহিণী।
দশমে কন্যকা প্রোক্তা এতৎউর্দ্ধং রজস্বলা॥

চহি (৮) নিপাল শুরবী থুপীমচানা গৌরীগী ফিভম কৌই।
,, (৯) মাপল ,, ,, রোহিণী ,, ,, ।
,, (১০) তরা ,, ,, কন্যা ,, ,, ।

চহি (১০) তরাদগী হেল্লবী থুপী মচাদি রজস্বলাগী অবস্থা
(ফিভম) কৌনরে। অতুনা মচানুপীবু মপানা চহি (১০) তরাগী
অমদা বিবাহ (লুহোংবা) তৌবিগদবনি। নুপী ওইবীগী মশাদা
হি (১৩) তরাহুমদোইদগী মীওই মুর্ত্তি শুবা (নুপী অমা ওইবগী
ছানবী, মমা অমা ওইবগী শক্তি লৈনবগী মরমদা হকচাংগী, পুক্লিংগী
ওং মতৌ পুম্নমক শুনা লৈবা) হোরে। অতুগা লুহোংবদা চপচাবা
তাংদি চহি (১৭) তরাতরেংতগী মতিক চারে থংনগনি। নুপাগী
থোং কারকপদি চহি (১৭) তরাতরেংতগী হোরে অতুবু লুহোংবগী
তিক চাবা মতাংদি চহি (২৪) কুনমরি চংলবদি লুহোংবদা মতিক
চারে থংনগনি। অতুবু মাগী মাগী ধর্ম্ম, অমস্থং চংনবীগী মতুং ইন্না

অমস্মু অমস্মু কায়দনবা য়েংতুনা হোৎনবা ঙাক্কনি। হিন্দু ধর্ম্মগী মতুং ইন্না মপানা মচানুপীবু চহি তরা চংলকপদা কন্তাগী অবস্থা অসিদা লুহোংবিহৌত্রবদি মচানুপীগী "রজ" (থাগী ঈ) বু হেক হেক উবা খুদিংগী মপানা, মবুংনা, শাগৈ নাতৈ কাওবনা ভ্রূণ হত্যা (জীবহত্যা) হায়বদি গর্ভপাত (মচা য়েথবগী) পাপ অতু পুই হায়রি।

ভ্রূণ হত্যা অমদি আত্মাঘাট তৌবা অনি অসিগী ফলস্মু চপ মান্নে। মখোই অসি তৌবা জীবনা স্বর্গ ফংবা ঙমদে। গর্ভদা লৈবা জীববু নম্ননা নত্রগা করিগুম্বা পোংশক অমা চাতুনা নত্রগা খুজু খুৎলাইনা হাত্তোকপবু ভ্রূণ হত্যা তৌবা কৌই। জীবনা পরমাত্মা (ব্রহ্ম) বু ফংগে তিন্নগে হায়না হকচাং তোঙান তোঙানবগী থাক্তা কাথংলক্তুনা মীওইবগী হকচাংগী থাক্তা য়ৌরক্লে। মরম অতুনা তোগদবা দান, ধর্ম্ম, তপ, যজ্ঞনচিংবা তৌজগে হায়তুনা লাকচবা জীববু মপুং ফানা তৌহন্দনা, তোগদবা থবক অতুদা অঘাট হায়বদি য়েথাইবা পীবনি। মশা মথন্তুনা অশাওবা মুঙাইতবা অমদি ইকাইবদগী জীববু অতুগুম্বা লম্বাদা থাজিনখিবনি। অসিত নত্তনা কনাগুম্বী নুপীনা থম্মোই শেংনা অপাম নুংশিগী লম্বীদা তিন্ননিংবগী মওংদা নুপাগী মফমদা হায়জ-চচ্চতুনা আশ্রয় (চংজবা) লৌরক্লবদি, মতম অতুদা নুপা অতুনা মতুগী ধর্ম্ম অতুবু ঙাক্তুবদি মথক্তা হায়খ্রিবা ভ্রূণ হত্যাগী পাপ অতু শোয়দনা ফংই। অতুনা অসিগুম্বা সংসারগী য়ুম্বাল্লোন অসিদি ইপা-ইপু, অহল-লম্মনশিংনা ভুরেলগী লৈতোইদগীস্মু হেন্না কুপই হায়নরমই।

মথক্তা হায়খ্রিবা চহি তরা শুরবী কন্যাগী মতম অসিমক্তদা অফবা মুমিৎ অফবা লগ্নদা মপানা মচানুপীবু মতিকচাবা অফবা বরদা বেদগী বিধি কায়দনা বিবাহ তৌবিবনা, বেদগী ধর্ম্মশাস্ত্রগী রায়েন কায়দবা কৌই। লুহোংবা মতুংদা মীওই-মীতৌ শুদ্রিবা ফাওবা মপাগী ময়ুমদা থম্লগা, মীওই শুরবা মতুংদা অফবা মুমিৎ অফবা লগ্ন য়েংদুনা মপাগী ময়ুমদগী মপুরোইবগী ময়ুমদা "দ্বিরাগমন" হায়দুনা থিল্লি। মসি হৌজিকী মতমদা ভারতকী মফম অয়াম্বদা ফজনা চৎনরি, অদুবু মণিপুরদদি মসিগী নিয়ম অসি নিংশিংবা ফাওবা খোরুখিদ্রে। মসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মমা হাক্তক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা রাসলিলা কংথিবা মতমদগী হৌজিক ফাওবদা অমুম্না য়াম্না ফজখ্রবা ভাবনা (রাথল পুকখন) দা মণিপুরী জাতিশিংনা পুনখ্রে। মদুদি— মণিপুরী ঐখোইদি চহি (৭) তরেৎ চংলকপদগীনা লুহোংদ্রিবা ফাওবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী রাসলিলা খুদিংদা গোপীত ওইদুনা, মনাই ওইবা ঐখোইগী থরাই হকচাং পূম্নমক ইবুঙ্গোঙা মাঙোন্দা কথোকচখ্রে। অদুগী তুংদা ইবুঙ্গোঙা মাগী নির্ম্মাল্যবু মনাই ভক্তশিংনা ফংজবতনি। অসিগুম্বা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংগী থম থেংবা ভক্তি অসিনা মণিপুরীশিংনা তাওদুনা লৈথিবনা মশা মশাগীমু দেশ অসিগীমু চৎনবী অমদি ফজখ্রবা ধর্ম্ম অমা ওইনা লৈবনা, মসিগী মথক্তমু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্তা "মশা মশাগী জাতি অদুগী চৎনবী অদু ধর্ম্মনি, ধর্ম্ম অদু ওাক্তা চৎলিবদুনা অথোইবা ধর্ম্মনি" অমুম্না তাকপিখ্রবনি। মতৌ অমুম্না মহাভারত্তা পাণ্ডু মহারাজগী অনিশুবী মাদ্রী কৌবী রাণীগী বিবাহগীদমক মবুং শল্য

মহারাজগী মক্কমদা ভীষ্মনস্থ তাকপীখ্রবনি। অহুনা মণিপুরী ধর্ম্ম অমা ওইনা চহি (১০) তরাগী মতুংদা বিবাহ তৌবা অসিদা কন্যাগী অমদি মপা-মমুংগী দোষ লৈত্রে, হায়বসি মহাভারতনা সাক্ষীনি।

শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না লুহোংবা মখল (৮) নিপালনি, মহুদি— ব্রাহ্ম, আর্য্য, দৈব, প্রজাপত্য, গন্ধর্ব্ব, অসুর, রাক্ষস, পৈশাচ অসিনি।

(১) ব্রাহ্ম বিবাহ:— মগুণ চেনবা মতিক চারবা বরবু তরাম তরান্না কৌরগা মানা ওমজবা শক্তিগী মতুং ইন্না মচানুপীবু ফিজেৎ লৈতেংবিহুনা অমদি ওমজবা অউনপোৎ তমহুনা কন্যাবু দান তৌববু ব্রাহ্ম বিবাহ কৌই।

(২) আর্য্য বিবাহ:— শনবী অনিতগা ওইরবস্থ মচানুপীবু বর অহুদা তৌরিবা দান অহুবু আর্য্য বিবাহ তৌবা কৌই।

(৩) দৈব বিবাহ:— মতিক চানা অউনপোৎমচিংবা দানগা লোইননা যজ্ঞনচিংবা তৌহুনা কন্যাবু বিবাহ তৌরিবহু দৈব বিবাহ কৌই।

(৪) প্রজাপত্য বিবাহ:— "নখোই অনি ওসিদগী হোনা মতৈ-মনাও ওইনা লৈবগী ধর্ম্মদা চংলো" অমুন্না কন্যা অহুবু দান তৌহুনা, নুপা অহুনা আর্য্য বিবাহ বিধিগী মতুং ইন্না তৌরিবা দান অহু প্রজাপত্য বিবাহ কৌই।

(৫) গন্ধর্ব্ব বিবাহ:— কনাগুম্বনা খুংহৌহুনা মুমিদাংদা কন্যা অহুবু চিংহুনা পুরিবা (কন্যানদি মশানা রানিংবা) মহুদা তৌরিবা বিবাহ অহু গন্ধর্ব্ব বিবাহ কৌই।

(৬) অসুর বিবাহ ঃ— অকরুবা মমল লৌহুনা য়োনবগুম্বা চুপীবু তৌরিবা দান অহুবু অসুর বিবাহ কৌই।

(৭) রাক্ষস বিবাহ ঃ— কনা কনাগুম্বনা মশানা য়াদনা চুনা কন্যা অহুবু বিবাহ তৌরিবহুবু রাক্ষস বিবাহ কৌই।

(৮) পৈশাচ বিবাহ ঃ— কন্যা অহুনা ফিভম ইতাও ওনা লৈরিবৈদা বলৎকারনা (মপাঙ্গলনা) মশানা য়াদনা নমহুনা দক্তা তিন্নহুনা নমহুনা লৌরিবা মওং অহুবু পৈশাচ বিবাহ কৌই।

নিপালগুবা পৈশাচ বিবাহ অসিদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র র্ণ মরিমক্তা তৌবা ইয়া য়াদে।

অষ্টাবেব সমাসেন বিবাহা ধর্ম্মতঃ স্মৃতা।
ব্রহ্মো দৈবস্তথৈবার্য্যঃ প্রজাপত্যস্তথাসুরঃ ॥
গান্ধর্ব্বো রাক্ষসশ্চৈব পৈশাচশ্চাষ্টম স্মৃতঃ।
তেষাং ধর্ম্মান্ যথা পূর্ব্বং মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ ॥

ইতি ভাঃ আঃ অঃ ৮৭

ধর্ম্ম শাস্ত্রদা হায়রিবা বিবাহ মথল নিপাল অহুগী মরমদা স্বায়ম্ভুব মনুনা নিংথিনা ইখ্রবনি। নিপাল অসিগী মনুংদা ব্রাহ্ম, দৈব, আর্য্য, প্রজাপত্য মথল মরি অসিনা ব্রাহ্মণগীদমক্তদি ধর্ম্মনা য়াবা বিবাহনি। মথকী মরি অসিগা অসুর, গন্ধর্ব্ব তরুক অসিনা ক্ষত্রিয়গীদমক্তদি ধর্ম্মনা য়াবা বিবাহনি। বৈশ্য অমদি শূদ্রগীদমক্তদি মথল তরেৎ অসিমক থোইদোকপা অধর্ম্মনি হায়রে। বিবাহশিং অসিগী মনুংদা ব্রাহ্ম, দৈব, প্রজাপত্য অহুম অসিনা খ্বাইদগী কবা

হেল্লি। আর্য্যগা অসুরগনা থরা হন্নরে। ব্রাহ্মন্না করিগুম্বদা অসুর বিবাহ অসি (শেন পীতুনা লৌবসি) তৌবা ইয়া য়াদে। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র বর্ণ মরিমক অসিনা নিপালগুবা "পৈশাচ" বিবাহ অসিদি তৌবা ইয়া য়াদে। অসুন্না বিধি অসি কায়দনা অয়াং য়াদবা মতুং ইন্না বিবাহ তৌগদবনি।

## "অফবী নুপী"

লুহোংবগীদমক অফবা লক্ষন্না তিনবী নুপী :- য়েংবদা ফিভম কায়দবী, মমিং হেক তাবদা মুংশিবা পোকপী, শক্ষং শা ওংদা শামু কাঙনা চংপগুম নিংথিবী, মমিংনা তুরেলগী মমুংদা গঙ্গা, যমুনা, গোমতি, সরস্বতী কৌবা, উগী মমুংদা মালতী, তুলসীনচিং-বগী মিং কৌবী, নক্ষত্রগী মমুংদা রেবতী, অশ্বিনী, রোহিণী কৌবা, মতু, মশম, ময়ানচিংবা কুপ্পা কুপ্পা হৌবী, মশা-মউ য়েংবী, থো নৌবী, খোন্দা ইংবী কন্যাবু বিবাহগীদমক মতিক চাবী অফবী নুপী হায়বনি। খুং মতোন্দা ঙা মওং মানবা ময়ি লৈবীদি লাইবকফবী ওইগল্লি। চিথেক অহুম নাইবা ময়ি লৈবীদি মচা অফবা পোকল্লি থম্বাল মওং মানবা ময়ি লৈবীদি মহারাণী ১সুং নিংথৌপোকপী ওই।

তৎ প্রমাণং :—

অব্যঙ্গাঙ্গী সৌম্য নাম্নীং হংস বারন গানিণীং।
তনু লোম কেশ দশাণামৃদঙ্গীমুদ্বাহে স্ত্রিয়ং॥

মৎস্যেন সুভগা নারী স্বস্তিকেন তু সুপ্রজা।
পদ্মেন ভূপতেঃ পত্নী জনয়েৎ ভূপতিং সুতম্॥

ইতি জ্যোতির্বিজ্ঞান রহস্যম্।

## "ফত্তবী নুপী"

**লুহোংবদা ফত্তবী নুপী :—** শাওং শাবান কায়বী, য়োংমচু ানবী, মশাদা অমাবা পকপী, তোয়না নাগনবী, মতু হোদবী, মতু াম্না চোম্বী, মচিন চিনফেন ফবী, কুচু-কুমেন ফলাওনবী, মিংদা ীবী, চলাক লৈবী (তোবা ঙম্বী) গঙ্গা, যমুনানচিংবা মিং নত্তবা ুরেলগী মমিং কৌবী, মালতী তুলসীনচিংবা নত্তবা উগী মমিং কৌবী, চীংগী মমিং কৌবী, শা, ঙা, লিন, উচেক্কী মমিং কৌবী ুপীদি লুহোংলোইদবনি। থুং মতেন্দা ময়ি পূন্নমক লৈবীদি লুখ্রা ওইগলি, নিয়মগী মতুংইন্না লৈবা হোনবা মখি লৈতবীদি লায়রগল্লি। থুং মতোন্দা শিরা কৌবা ময়ি লৈরবদি ভীক্ষানিবী ওই। মখোই অসি লুহোংবা ফত্তে, লুহোংলোইদবনি।

## "বিষ কন্যা"

ভদ্রা তিথির্যদাশ্লেষা শততং কৃত্তিকা তথা।
মন্দার রবিবারশ্চেদ্বিষ কন্যা বুধৈ স্মৃতা॥
দ্বাদশী বারুণং সূর্য্যে বিশাখা সপ্তমী কুজে।
মন্দেহশ্লেষা দ্বিতীয়া চ বিষযোগাস্ত্রয়োমতা॥

ইতি বৃদ্ধ যবন।

দ্বিতীয়া, সপ্তমী দ্বাদশী তিথিদা অশ্লেষা, শতভিষা, কৃত্তিকা ভাবা মুমিৎনা থাংজ, লৈবাকপোকপা, নোংমাইজিং ওইরবদি বিষ কন্যা কৌই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| (১) | বার | তিথি | নক্ষত্র |
| | থাংজ মুমিত্তা | দ্বিতীয়া | অশ্লেষা |
| | লৈবাকপোকপদা | দ্বাদশী | শতভিষা |
| | নোংমাইজিংদা | সপ্তমী | কৃত্তিকা |
| (২) | | অতোপ্পা অমনা | |
| | নোংমাইজিংদা | দ্বাদশী | শতভিষা |
| | লৈবাকপোকপদা | সপ্তমী | বিশাখা |
| | থাংজদা | দ্বিতীয়া | অশ্লেষা |

মথক্কা হায়রিবশিং অসি তারবা মুমিৎসিদা পোকপী মুপীদি বিষ কন্যা কৌই, লুহোংবা য়াদে, অফবা ফল পীদে থাদোক্কদবনি। অতোপ্পা মুপী, মচন-মচে থোকপী, জাতিদা মথক থোংখিবী হায়বদি— শূদ্রগীনা বৈশ্য, ক্ষত্রিয়, ব্রাহ্মণ। বৈশ্যগীন ক্ষত্রিয়, ব্রাহ্মণ। ক্ষত্রিয়গীনা ব্রাহ্মণ অসুম্মা জাতিদা মথক থোংখিবা, গোত্র তিন্নবী, য়েক সাইরুপ তিন্নবী, চাহৈদবা তোহৈদবা চারু-তৌরুবদগী সমাজদা লৈখা তাখ্রবী, মমৌ, জাৎ অতোনবী, হায়বদি ব্রাহ্মণগী ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র। ক্ষত্রিয়গীনা বৈশ্য, শূদ্র। বৈশ্যগীনা শূদ্র। চাক্লিবী, লাইথুং থুংবী, কনাগুম্বী অমদি কনাগুম্বশিংগা লোইননা শান্নমিন্নবা অমদি তিন্ননা লৈমিন্নবা চুমদে।

সুম্না পণ্ডিতশিংনা হায় :—

যদঙ্গং নাভিবাঞ্ছন্তি মশকা বা জলায়ুকাঃ।
মক্ষিকাশ্চ স্ত্রিয়ং তাংবৈ নোপগচ্ছেৎ কদাচনঃ॥
যন্মুত্রতেজসা ভৌমা ম্রিয়ন্তে চ মহীলতাঃ।
পিপীলিকাশ্চ কীটাশ্চ তাং নারীং বিষবত্ত্যজেৎ॥

ইতি সামুদ্রিক বিদ্যায়াম।

কাং হয়িংনা অচুগুম্বা মুপী অচুগী মশাদা মনিংতম্না তোংবা মদবা অমদি কনাগুম্বী মুপীনা ঈশিংদা কুম্বা মতমদা তিনফানা শাচুদা তোংবা চীকপা গুমদবা, হায়বদি মুপীচুগী মশা শোক্লবগা না মমাই ওন্দুনা চংখিবা, শম্না হায়রবদা তিনফানা চীক্লবী মুপী চুদি মচুচেনবী মুপীনি তিন্নবা য়াদে লুহোংফদে। অচুগুম্বী মুপীনা লৈবাক্তা ঈশিং চৎপদা, লৈবাক অচুদা লৈরম্বা তিম্প্রোক, কচেং অমদি তিন কাং খিব্বিক শিরবদি নত্রগা শিবগা চপ মান্নবদি মচুচেনবী মুপীনি খংনগনি, লুহোংফদে। মথক্কী বাহৈশিং সিনা খংলে, মুপাগী মাংনবগী মশক ওইবা চু চেনবী মুপীশিংগী শাগী ওইবা মৈশাদা, মুংশা স্বরদা, হকচাংগী অথুপ্পা (যে নি) ফমদা, চুমাংদা চু অসি লৈ। তৌইগুম্বসুং চু অসিনা মুপা খুদিংদা শি-অনানচিংবা অমাংবমক পীবদি নত্তে। অচুগুম্বা মুপা অচুগী শাদা খাংবা কনবগী শক্তি (সহিষ্ণুতা শক্তি) গী চাং ররংপা, অচুম্বা মুপাশিংতদা চু অচুনা চংই অমম্মুং মাংহন্নি। অচুগুম্বী মচু চনবী বিষ কন্সাবু তিন্নরুবদগী মীওইবগী হকচাং অসি খুনমক

ফংলক্তে। অহানবদা ঈশিং য়াম্না চংলকই, মপান থোকপদা বীর্য্য (ফম্বী) য়াওরকই, মতুনা নোংম-নোংমগী মশাতু মযেং তারকই, মতুদগী কুচু ফোলাওনরকই (পাণ্ডুবর্ণ) অমসুং নাপীগী মতোন্তুম মমৈদদি কংশিন্দু শি। মমা-নৈগী ঋষিশিংনা অসিগুম্বী মুপীশিংগী মশাদা লৈবা মপুরোইবা মাংহনবা হু অসি লৈরমগনি চিংনবদগী অমদি কনানা হু চেনবীনো কনানা হু চেন্দবীনো হায়রবসি খংবা য়াবদগী অত্তাং ওইরিবৈদা লুহোংবা হায়বা য়াফমসি থনমই। মতমতুদ কুশণ্ডিকা ক্রিয়ানা মৈ হৌগৎলগা, মৈনাক্তা অনৌবীবু ফমহল্লগা "যাস্তে পতিঘ্নীস্তনুস্তামস্যা পূর্ণাহুত্যা শময়াম্যহম্" অসিনচিংবা মন্ত্রনা মৈদা অহুতি কৎপনা দোষশিং অতুবু শেংদোক্লবগী বিধান (য়ায়েল) অমদি উপদেশ (পাওতাক) থমনই।

## "ক্লীব লক্ষনম্"

ক্লীব (নপুংসক) = মুপাগী খুদম মশাদা লৈতবা।

ন মূত্র ফেনিলং যস্য বিষ্ঠাচাপ্সু নিমজ্জতি।
মেঢ্রশ্চোন্মাদ শুক্রাভ্যাং হীনঃ ক্লীবঃ স উচ্যতে॥

অতুগুম্বা মুপা অতুনা ঈশিংচৎপদা কোজোল কাত্রবা, মখোং হাম্বদা (মাংবদা) অমাংবা অহু ঈশিংদা তাওত্রবা (লুপ্পবা), মুপা ওইবগী ইন্দ্রিয় (লিজ) অহু হৌত্রবা, বীর্য্যবু (ফম্বিবু) মপান্দা পুথোকপিবা শিংলীদগী বীর্য্যনা মপান থোক্তবা অতুগুম্বা মীশক্তু মুপা ওইরবস্থ মুপা নত্তে নপুংসকনি ক্লীবনি, মুপাগী খুদম লৈত্রবনি।

খাইদুদি লেংবদস্ম অদুমক মথংনৈ, মুপা ওইবগী বাণ্ডাং শাণ্ডাং দতে যেংই থোংলি, থোনা লিংজেল বাংলি, মুপীগুম শিমি-নামিবা তৌ তৌই, মুপীবু মমান্নবগুম লোয়নজবগা মুণ্ডাইজবা, মুপীগী ফি-ং চাকশেং পামজবা মুপীগুম মুপাদা কেজ-মৌজবা পামই। থাই অদুদি উবতদা অমঙ্গলগী মশক্তি, মুপীশিংনা মথোইদা হোংলোইদবনি। হায়বদি মুপাগী শক্তি লৈত্রবনি, মুপানা তৌবা স্বা থবক অমত্তা মথোইনা পাংথোকপা ঙমত্রবনি। মুপাগী ভমদি কায়দবা, পুরুষ শক্তি (মুপাগী পাঙ্গল) দি য়াওদবা, মুপা হবগী মতৌদি লৈতবা, উবদদি থেম্নবা লৈতবা, অথুপ্পা মওংগী পুংসক (ক্লীব) মথলস্ম লৈ। মথোই অসিদি থংনবা হোংনবদা বাবনি, মথোইবু থংগদবদি মথক্তী লক্ষন (মওং মতৌ) অদুত্তনা ংগদবনি।

যযাতিরুবাচ :—

বিদ্ধ্যৌশনসি ভদ্রে তেন ত্বামর্হেহস্মি ভাবিনি।
আবিবাহ্যা হি রজানো দেবযাণী পিতুস্তব॥
পরভার্যা স্বসা শ্রেষ্ঠা সগোত্রাপতিতা স্নুষা।
অবরা ভিক্ষুকাহস্বস্থা অগম্যা কার্ত্তিতা বুধৈ।

যযাতি নিংথৌনা হায়খি:— হে দেবযাণী নংগী মচল ইসমু, ঐনা নংবু বিবাহ তৌবা ঙম্মোই। ঐনা ক্ষত্রিয়নি, নংনা ব্রাহ্মণীনি। অদুনা ক্ষত্রিয় অমগা ব্রাহ্মণ অমগ ওাই সন থোক্নবা

চুমদে মরমদি অভোপ্পা মুপী, জাতিদা মথক থোংখিবী মুপীদি লুহোংফদে অম্বুরা শাস্ত্রনা হায়রি। বাহৈশিং অসি যযাতি নিং-থৌনা দেবযাণীগী মফমদা হায়খি।

একদেহোদ্ভবা বর্ণশ্চত্বারোঽপি বরাঙ্গণে।
পৃথগ্ ধর্ম্মা পৃথক্ শৌচাস্তে যাস্ত ব্রাহ্মণো বর॥

বর্ণ মরি হায়বদি ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্য শূদ্র কৌবা জাতি মরি-মক অসি পরম পুরুষতগী থোকখিবা ডাকনি অদুবু তোঙান তোঙানবা শরুক্তগী থোকখিবনা ধর্ম্মসু তোঙান তোঙানলি, অসেং অমাং থায়বদসু তোঙাল্লি, বাথন পুথন, লিংজেল, শক্তি (মথৌ মঙম) পুম্নমক তোঙান তোঙাল্লি অমম্নুং বর্ণ মরি অসিগী মনুংদগী ব্রাহ্মণনা অথোইবা ওইরি।

ক্রুদ্ধাদশীবিষাৎ সর্পাজ্জ্বালনাৎ সর্ব্বতোমুখাৎ।
দুরাধর্ষতরো বিপ্রাঃ জ্ঞেয়ঃ পুংসা বিজানতা॥

ব্রাহ্মণ হায়বসিদি বেদ শাস্ত্র তম্বদা, ধর্ম্ম কর্ম্ম অর্চ্চা পূজাদা, হোম জপ তৌবদা মথৌ চংলিবা, হিংসাগী বাখল চংত্রিবনি। অসি-গুম্বা ব্রাহ্মণ হায়বা জাতিসিদা লানবা, হিংসা তৌবা হৌনদে। মহুকল্লবা লিন, মৈরি ফংনা চারুবা মৈ, অনি অসিদগীসু ব্রাহ্মণদা লাল্লুবগী পাপ অদুদগী থোক্লকপা হু অমদি মৈশানা পীবা অরাবা অদুগা চাংদম্নবা য়াদে। ব্রাহ্মণদা তৌরুবা পাপকা মান্নবা অম্মা লৈত্রে হায়না অশিংবশিংনা থাই। লিন্দি মী অমত্তবু, খুৎলাইদি

া অমত্তুবু মাংহল্লি, অদুগা ব্রাহ্মণগী অশাওবগী মৈদি কনাগী খুঙ্গং াজ্য পুন্নমক খুদক্কা উং ওইনা মাংহল্লি। মরম অসিনা অরানবা বক, মীনম্বা, কনাম্বু কনাম্বু উত্রে হায়দুনা, নত্রগা াইহাক পাই-রক্ত বুদ্ধিনা ঐনা তৌরিবসিনা চুম্মী থন্দুনা, মতুং তানা নিংথিনা তিন য়োংথদুনা খন্থদনা করিগুম্বা অরানবা থবক বেনগী বিধি কায়বা অমত্তা তৌরোইদবনি। মসিমক অশিংবশিংমা খংই, অদুবু মীওইবনা অরানবা, মীনম্বা াংবা য়াবা, তৌবা য়াবা মকম মঙাথক শাস্ত্রনা পীরি।

ন ধর্ম্মযুক্তং বচনং হি নস্তি ন স্ত্রিষু রাজন ন বিবাহ কালে।
প্রানাত্যয়ে সর্ব্বধনাপহারে পঞ্চান্ৃতান্যাহুরপাতকানি॥

(১) ফাগি-জুগাই তৌদুনা নোকমিন্নবা মতমদা (২) নুপী নহাগা প্রেমগী রারী শাদুনা নোকমিন-কেমিন্নবা মতমদা (৩) লু-হোংবগী মতম (নুপী হায়বা, নুপী থাজবা মতমদা) (৪) থরাই থারমদাই মতমদা (৫) মহাক অদুগী পুন্নমক মাংলমদাই (মরন মথুম) মতমদা, হায়রিবা মকম মঙা অসিদা অরানবা অমদি মীনম্বা বা াংবগী দোষ লৈতে, মদুগী পাপ লৈরোই। অসিগুম্বা শাস্ত্রগী নিয়ম বিচার অসিগী মতুং ইন্না থবক খুদিংদা চ্যেকশিনবা মী অদু-তনা মীকোক থোংই। যজ্ঞবাল্ক্য কৌবা মুনিনা হায়— ব্রহ্মচার্য্য কায়দনা তৌবা নুপানা মপান মনুং অনিদা অকবা খুদম লৈবী, নপুংসকী (নুপা নুপী থাদবা) খুদম লৈতবী, অমদা থাজকদ্রবী, নুপা অমনা উপভোগ (তিন্নবা) তৌদ্রিবী, লোগদবা নিপাদা পাম্বী,

সপিণ্ড নত্তবী (মমাদগী পুরোন মঙা, মপাদগী তরেত্তগী বাংমা লানবা), নুপাদগী চহি হুস্থবী, লায়েংবা (কোক্তবা) লাইনা লৈতবী, মবুং মৌপা লৈবী, গোত্র প্রবর মান্নদবী মখল মাপল অসি ওইবী নুপীবু লুহোংগদবনি। নিয়ম অসিগী বাংম লানবা হেক তৌবদা সমাজগী বাংমা লানবা থবক্নি। অতুনা মহাক মহাক্কী মরাইবক ওইররগদবনি হায়রবসি নিংঙ্খিনা লেপকদবনি।

ন দোষো মগধে মন্ত্রে অন্নে যোনৌ কলিঙ্গকে।
ওড্রে ভ্রাতৃবধূভোগে গৌড়ে মৎসস্য ভোজনে॥
দুহিতুর্মাতুলস্যাপি বিবাহে দ্রাবিড়ে তথা।
যস্মিন্ দেশে যদাচারঃ পারম্পর্য্যো বিধীয়তে॥

লতি মহাভারত

মগধ দেশতা য়ু থকপগী দোষ লৈতে। কলিঙ্গ দেশতা মুপীগী, চাক্কী, বিচার লৈতে। উরিষ্যাদা মচিন মনাও, মতু য়েংনবা য়াই। গৌরদেশতা ঙা চাবগী দোষ লৈতে। দ্রাবিড় দেশতা মামনা পোকপী মচানুপীবু লুহোংবদা দোষ লৈতে। অস্নুম্না মাগী মাগী দেশতা মাগী মাগী চৎনবী ওইরিবা লৌচৎ অতুদা, অতুম-অতুম ওইবা লৌচৎ অদো চৎনবীগী বিধান ওইনা লৈখ্রে। ভীষ্মনা শলাদা হায়খ্রবনি, মহাভারত্তা উগনি। ইংরেজ জাতিগীদি পৈশাতনা মখোইগী পুক্সিনি হায়রমক য়াই, পৈশা লৈরগতা মীওইবগী নুঙাইবনি হায়রবসি মখোইগী সিদ্ধান্তনি। মরম অসিদগী পৈশা লৈরবা জাতি পুম্নমক্না মখোইগী নিঙোল লৌবদা খোইদোকপা দোষ লৈতে।

ম ওইনা মশক মতৌম্ন শীবদা লম য়োরবা চাওখৎপগী থাক্তনু থবীগী মনুংদা হুম্বনা লৈরবা নিগ্রো জাতিশিংনা মথোইগী নিঙোল : কয়া লৌনৰি, মসিমক পৈশাতবু মুংশিবনি হায়নিংই।

---

## "ঋতু ফল"

ঐখোইগী মৈতৈ লৈবাক্তা মুপীশিংগী অহানবা ঋতু লাকপা উবা) মুমিৎ অসিগী ফলা ফল (অফ-বত্ত) নিংথিনা থংনা চৎপা মনুং মহুগী দোষ কোক্নবা প্রতিকারনচিংবা নিংথিনা তৌবা মীশক রা তাংই। মসিমক্তি মুপী ওইবী অমগী পুন্সিগী ওইরগদবা অৱা ঙাই, পুন্সিগী ফিরেপ মশক তাকপা শাস্ত্রগী প্রমাণনি। অহানবা তু লাকপা মুমিৎ, মতম, পুংশিং, চহি, থা কোয়না থংজিল্লপা, মাগী াগী মশক মওং তাক্লিবহুগী মতুং ইন্না তৌবা যাবা প্রতিকার তৌ- হোপদবনি। প্রতিকারনচিংবা তৌহৌদবগী লাকপা অৱাবা অমদি ত্তবা দোষ অহুদগী মুপীশিংগী পুন্সিবু পাম্মুক্রবনা মথাগী মরমশিং অসি উৎলি।

## "মাস ফল"

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | বৈশাখ | —সুপ্রিয়বাদিনী | —য়াঙাং কজবী ওই। |
| ২। | জ্যেষ্ঠ | —বিধবা | —নুপ্রাবী ওই। |
| ৩। | আষাঢ় | —ধনী | —লল লৈবী ওই। |
| ৪। | শ্রাবণ | —মৃতাপত্যা | —মচা পোক্ন শিরা তৌগনি। |

৫। ভাদ্র —রোগিণী —নাগনবা (অন'বা) ওই।
৬। আশ্বিন —মৃতাপত্যা —মচা পোক্ল-শিরা তৌগনি।
৭। কার্ত্তিক —স্বকুল নাশিনী—শাগৈ মুংহনবা ওই।
৮। অগ্রহায়ন—ধর্ম্মশীলা —ধর্ম্ম লৈবা মুপী ওই।
৯। পৌষ —রতি বিহ্বলা —অপাম লুংশিদা তাওবা।
১০। মাঘ —পতিব্রতা —মপুরোইবা নিংবা ওই।
১১। ফাল্গুণ —পুত্রবতী —মচা য়াম্না পোকপা ওই।
১২। চৈত্র —মদনোন্মাদিনী —মুমদিরনিংবা অথংপী।

---

"বার ফল"

আদিত্যে বিধবা নারী সোমে চৈব পতিব্রতা।
অঙ্গারকে ভবেদ্বেশ্যা বুধে পুত্রবতী ভবেৎ॥
বৃহস্পতৌ পতিঃ শ্রীমান্ শুক্রে ধনবতী ভবেৎ।
শনৌ বন্ধ্যা বিজাণীয়াদ্যাদৌ নারী রজস্বলা॥

ইতি জ্যোতিষতত্ত্ববারিধি।

নোংমাইজিং নুমিত্তা মুপী্গী অহানবা রজস্বলা ওইরক্লবদি লুখ্রা ওই। নিংথৌকাবা নুমিত্তা লাক্লবদি মপুরোইবা নিংবা ওই। লৈবাকপোকপা নুমিত্তা ওইরক্লবদি লমচৎ নাইদবী বেশ্যা ওই। য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ওইরকলবদি মচা য়াম্না পোকপী মুপী ওই। শগোনশেন্দা ওইরকলবদি মপুরোইবা অকবা কংবী মুপী ওই।

ম্বাই নুমিত্তা লাক্লবদি মরন-মথুম লৈবা ওই। থাংজদা অহানবা তু লাকপী নুপীদি মচা পোক্কবী (অথুংবী) ওই।

---

## "নক্ষত্র ফল"

| নক্ষত্র | ফল |
| --- | --- |
| কৃত্তিকা (৩) রোহিণী (৪) মৃগশিরা (৫) | —নক্ষত্রশিং অসিনা পাম্বা নুমিত্তা অহানবা রজস্বলা (ঋতু) লাক্লবদি পুক্নিং তপ্পী, মপুরোইবা নিংবী অফবী নুপী ওই। |
| আর্দ্রা (৬) পুনর্ব্বসু (৭) পুষ্যা (৮) অশ্লেষা (৯) মঘা (১০) পূর্ব্বফল্গুণী (১১) উত্তরফল্গুণী (১২) | —মচাপোকপী অফবী নুপী ওই। |
| হস্তা (১৩) চিত্রা (১৪) স্বাতী (১৫) বিশাখা (১৬) অনুরাধা (১৭) | —মপুরোইবা লৈতবী, মচা পোক-তবী লমচৎথীবী ওক্কবী নুপী ওই। |
| জ্যেষ্ঠা (১৮) মূলা (১৯) পূর্ব্বাষাঢ়া (২০) উত্তরাষাঢ়া (২১) শ্রবণা (২২) ধনিষ্ঠা (২৩) | —লাইবকথীবী, তৌরু তৌরুবদা মঙ্গল লৈতবী বেশ্যা নুপী ওই। |

| | |
|---|---|
| শতভিষা পূৰ্ব্বভাদ্রপদ<br>২৪ ২৫<br>উত্তরভাদ্রপদ<br>২৬ | —মপুরোইবা নিংবী সতি ওই। |
| রেবতী অশ্বিণী ভরণী<br>২৭ ১ ২ | —লুখ্রা ওইবী নুপীনি। |

## অতোপ্পা মত অমদনা

| | |
|---|---|
| ভরণী আর্দ্রা অশ্লেষা পূর্ব্বফল্গুণী<br>২ ৬ ৯ ১১<br>পূর্ব্বাষাঢ়া পূর্ব্বভাদ্রপদ<br>২০ ২৫ | —তরুক অসি লুখ্রা ওই। |
| মঘা<br>১০ | —অরা অনা থম্মোই শোক্না অরাবা নংগনবী ওই। |
| পূনর্ব্বসু<br>৭ | —শাগৈ মাংবী, লমচৎ নাইদবী ফত্তবী নুপী ওই। |
| কৃত্তিকা জ্যেষ্ঠা<br>৩ ১৮ | —লাইরবী নুপী ওই অশুম্না অতোপ্পা মত-তা হায়। |

## "তিথি ফল"

পতিপদ—নোংমপানবা, তরাতরুক্নি পানবদা—লাইবকথীবী।

দ্বিতীয়া—নিনিপানবা, তরাতরেৎনি পাম্বদা—মপুরোইবনা চানবী।

তৃতীয়া—হুম্নি, তরানিপাম্নিদদি—তিঞ্জেল-লাইচেন্দবী ওই।

চতুর্থী—মহিনি, তরামাপন্নিদি—অফা-অপুন নংবী, অৱাবা তাগনবী মুপী ওই।

পঞ্চমী—মঙানি, কুন্নিদদি—লাইবকফবী ওই।

ষষ্ঠী—তরুক্নি, কুনমাথোইনিদি—লমচৎ নত্তবা চৎপী, লোম্না চান্নবা থমগনবী মুপী ওই।

সপ্তমী—তরেৎনি কুন্নিথোইনিদি—লনথুম সম্পত্তিনা তিনবী ওই।

অষ্টমী—নিপান্নি কুনহুমদোইনিদি—তিঞ্জেল-লাইচেম্বী নুপী ওই।

নবমী—মাপন্নি কুনমরিনিদি—লুখ্রা ওই।

দশমী—তরানি, কুনমঙানিদি—মচা অফবা পোকপী নুপী ওই।

একাদশী—তরামাথোই, কুন্তরুক্নিদি—মচা পোক্ল-শিন্না তৌগনবী নুপী ওই।

দ্বাদশী—তরানিথোই, কুন্তরেৎনিদি—লমচৎ নত্তবা চৎপী, নুপা ভাংনগন্বী ফত্তবী নুপী ওই।

ত্রয়োদশী—তরাহুমদোই, কুন্নিপান—মচা অফবা পোকপী মমানি।

চতুর্দ্দশী—তরামরি, কুনমাপন্নি—পুক্নিং লেপ্তবী অথৎপী ওই।

অমাবস্যা—থাংশ, কুন্থুনি পুন্সি তেনবী নুপী ওইগন্নি।

পূর্ণিমা—তরামঙানি পানবদি লনথুম সম্পত্তিগী মপু ওই।

---

## "যোগ ফল"

বিষ্কুম্ভ—যোগ অসিদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লাইবকফবী ওই।

প্রতিগণ্ড—অথুংবী (চাবোক্তবী) মুপী ওই।

শূল—মশা ফত্তবী, অয়েং-অথিন তৌবী মুপী ওই।

গণ্ড—লোম্না চান্নবা নিপা থম্বী, ওক্তবী মুপী ওই।

ব্যাঘাত—আম্নাঘাট তৌবী, মন্নান্নাট শিজ্জবী মুপী ওই।

বজ্র—মশাগীতা থনবী, ফত্তবী মুপী ওই।

বৈধৃতি-ব্যতিপাত—মপুম্বোঙবা মাংহনবী, মপুম্বোইবা হাংপী ওই

পরিঘ—মচা পোক্ল-শিন্না তৌগল্লি।

N.B.—মসি নত্তবা যোগ অতৈদি মমিং মমিংগা চানবা ফল পী।

---

"চক্র ফল"

কৃত্তিকা ৩, রোহিণী ৪, মৃগশিরা ৫, আর্দ্রা ৬—লন-থুমগী মপু ওই।

পুনর্ব্বসু ৭, পুষ্যা ৮, অশ্লেষা ৯—মচা পোক্তবী মুপী ওই।

মঘা ১০, পূর্ব্বফল্গুণী ১১, উত্তরফল্গুণী ১২, হস্তা ১৩—মন্নাইবক থীবী মুপী ওই।

চিত্রা ১৪, স্বাতী ১৫, বিশাখা ১৬—মচা লৈত্তবী মুপী ওই।

| | |
|---|---|
| অনুরাধা (১৭) জ্যেষ্ঠা (১৮) মূলা (১৯) পূর্ব্বাষাঢ়া (২০) | —মচা যাম্না পোকপী ওই। |
| উত্তরাষাঢ়া (২১) অভিজিৎ শ্রবণা (২২) | —লুখ্রা ওই। |
| ধনিষ্ঠা (২৩) শতভিষা (২৪) পূর্ব্বভাদ্রপদ (২৫) উত্তরভাদ্রপদ (২৬) | —য়াম্ভ-পাদবী (সর্ব্বসম্পন্না) ওই। |
| রেবতী (২৭) অশ্বিণী (১) ভরণী (২) | —ওক্তবী বেশ্যা ওই। |

---

## "লগ্ন ফল"

মেষ—লমচং নাইদবী ভোঙম্বী ওক্তবী মুপী ওই।

বৃষ—অয়োনবা চাম্নবা (মুপ) থম্বী মুপী ওই।

মিথুন—শেন-থুমগী মপু ওইবী মুপী ওই।

কর্কট—লমচং নাইদবী, ভোনিংবভা ভোবী মুপী ওই

সিংহ—মচা পোক্তবী (অথুংবী) মুপী ওই।

কন্যা—অফবা লক্ষ্মী ভিনবী, লনগী মপুওইবী ওই।

তুলা—মিংয়েং কত্তবী, মমিং য়াম্বী, মিত্তাংবী ওই।

বৃশ্চিক—মপুরোইবা নিংবী, মপুরোইবনা চানবী ওই।
ধনু—পূর্ব্বার্দ্ধদা (অহানবা তঙ্খাইদা) লমচং ফত্তবী ওই।
শেষার্দ্ধদা (অকোনবা তঙ্খাইদা) মপুরোইবা নিংবী,
মপুরোইবনা চানবী ওই।
মকর—সন্মান লৈতবী (ইকাইথুম্নবা লৈতবী) মুপী ওই।
কুম্ভ—লাইরবী অমসুং অথুংবী (চাবোক্তবী) মুপী ওই।
মীন—অফবা লক্ষম্না তিনবী অকবী মুপী ওই।

## "করণ ফল"

বব করণদা—লুখ্রা, অথুংবী (চাবোক্তবী) মুপী ওই।
বালব ,, —মচা য়াম্না পোকপী মুপী ওই।
কৌলব ,, —অপাম-মুংশি চাওবী মুপী ওই।
তৈতিল ,, —মিনোক ফজবী মুপী ওই।
গর ,, —পুম্নমক মাংবী (বিনষ্ঠা) ওই।
বনিজ ,, —মচা পোক্ল-শিরা তোগনবী ওই।
বিষ্টি ,, —লাইরবী, অথুংবী (চাবোক্তবী) মুপী ওই।
শকুনি, চতুস্পাদ—লুখ্রা ওইগনবী মুপী ওই।
নাগ করণদা—মুপা তিন্ননিংবী মুপী ওই।
কিন্তুঘ্ন ,, —লুখ্রা ওইগনবী মুপী ওই।

## "সন্ধ্যাদি ফল"

অয়ুক্তা, নুমিৎ তারমদাই সন্ধ্যাদা, অহিংদা, মপাগী ময়ুমদা অতোপ্পা মীগী ময়ুমদা, বিষ্টি ভদ্রাদা, সংক্রান্তিদা, চন্দ্রগ্রহন অমদি সূর্য্যগ্রহনগী মতমদা, কৃষ্ণাপক্ষদা অহানবা ঋতু ওইরবদি ফত্তবা ফল ওই। অহুমকপু অহিংমক ওইরবসু অহিংগী অহানবা শরুক্তা, অয়ুকমক ওইরবসু অয়ুক অগুনবা পূর্ব্বাহ্নদা ওইরবদি অফবা ফল ওই। নুমিৎয়ুংবদদি ময়াই ওইনা ফৈ, নুমিদাংবাইদদি লুখ্রা ওই। বিষ্টিভদ্রা হায়বদি (কৃষ্ণাপক্ষ) থা শিথরকপদা ১৮নি, ২৫নি পান-বগী নোংমতুগী শরুক অহুম থোকপগী অরোইবা শরুক পুং ৮ অহুবু, অমসুং ২২নি, ২৯নি পানবগী অহানবা শরুক পুং ৮ অহুমা, (শুক্লাপক্ষ) থা পানথংলকপগী ৪নি, ১১নি পানবগী অরোইবা পুং ৮ অহুমা, ৮নি, ১৫নি পানবগী অহানবা পুং ৮ হায়বদি) ইংরাজিগী পুং ২৪না শাবা পুংদা হায়রিবা পুং ৮/৮ অসিবু বিষ্টিভদ্রা কৌই। সংক্রান্তি (হায়বদি বাঙ্গলা তারিখ, খুৎপাইদা তাক্লিবা বৈশাখ তারিখ ৩০, জ্যেষ্ঠ তারিখ ৩১, আষাঢ় ৩২, শ্রাবণ ২৯ অসুমা থাগী অরোইবা তারিখ অহুবু সংক্রান্তি কৌই। হায়বদি সূর্য্যানা রাশি অমদগী রাশি অমদা চংপগী অরোইবা নুমিৎ কৌই। হায়রিবা নুমিৎ অহুগী মতুংগী নুমিৎ অমদা অতোপ্পা রাশিদা সূর্য্যনা চংপা লোগনি। অহুগুম্বা রাশি অমদগী রাশি অমদা চংপদা সূর্য্যনা থা অমা চংই, থাগী অরোইবা নুমিৎ অহুবু সংক্রান্তি কৌই। অসুম্না থা তরানিথোইগী সংক্রান্তি তরানিথোই কৈ।

## "ঋতু শান্তি"

ঋতুগী দোষ ফংলবী মুপীগী প্রতিকার।

থাগী দোষ লৈরগা—চিনি অঙাংবা অমস্তু' থোইদিংথাও কংকনি।
বারগী (নুমিৎকী) দোষ লৈরগা—চেং কংকনি।
নক্ষত্রগী দোষ লৈরগা—মনি কংকনি, ওমত্রগা মমল কংকনি।
তিথিগী দোষ লৈরগা—শল অমোম কংকনি, ওমত্রগা মমল কংকনি।
যোগ দোষ লৈরগা—থোইদিং অমস্তুঃ সনা কংকনি।
করণ অমদি লগ্ন দোষ লৈরগা—শললাবা কংকনি, ওমত্রগা মমল কংকনি।
চক্র দোষ লৈরগা—শঙোম অফম্বা, লুপানা শাবা থাগী মূর্ত্তি, নত্রগা লুপা ময়েক অমা কংকনি।

হায়রিবা দোষশিং অসিগী মাগী মাগী তৌগদবা প্রতিকার অদুগা লোইননা ব্রাহ্মণনা গায়ত্রী পাঠ তৌদুনা খৌ, চেং, থোইদিং, তিংথৌ অসি অমমম ওইনা ১০৮ লক মৈদা হোম তৌদুনা কংকনি। মসিগা লোইননা দোষশিং অসি কোক্লবা সনা, শন, লৈবাক, থোইদিং দক্ষিনা অমমমগা লোইননা গ্রহবিপ্রদা (গ্রহবু লাংপা ব্রাহ্মণ) নত্রগা শ্রীবিষ্ণুদা সঙ্কল্প তৌদুনা কংকনি।

## "গর্ভা-ধান"

"গর্ভা-ধান" (য়ুমদিন্নবা) হায়বদি মুপা মুপী অনিনা পুকচেল খোইজেল তিম্নবা মুপাদগী মুপীদা গর্ভ শিন্নবগী হোৎরগা পোক্লক-লবা জীবগী অমুক বিবাহ (লুহোংবা) ফাওবা অসিবু গৃহ্য কোই। মসিদা তৌদবা য়াদবা সংস্কারদি গর্ভ-ধান্দগী উপনয়ণ (নগুণ থাংবা) ফাওবা অসিনি! মরমদি উপনয়ণ ফাওবগী সংস্কারশিং অসি চিংথদনা তৌরবা মী অদুবু "দ্বিজ" কৌরে, হায়বদি অনিরক পোকপা কৌরে। অহানবগী, মমা মপানা পোকপিবা মতমদদি পূর্ব্বজন্মগী (মমাংগী মপোক্কী) কর্ম্মগী ফল, অমদি মমা মপাগী কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না অফ-ফত্ত পুম্নমক তোৎন-য়ান্ননা পোক্লে। অদুবু চাওরাক্লা লৈন্‌ংদগী থনিদগী জান্দুনা ফংবা সনাগী মতৌগুম অমোৎ অকায় পুম্নমক্লা তিনবা ওইবনা হৌজিক হৌজিকমক ফজবা লৈতেং শাবা য়াত্রি। অদুবু মৈফমদা চংতুনা কয়ারক শুংদোক্লবা তুংদা লৈতেংনচিংবা শাবা য়াবগুম অমোৎ-অকায়না তিল্লম্বা অদু সংস্কার-শিং অসি তৌরগা, অরূবা, ফজবা, শক্তি (মতিক মগুণ) লৈবা অশেংবা পোৎশক ওইরকপগা লোইননা শাস্ত্রনা তাকপা কয়ামুক ওইবা কর্ম্মশিং অসি তৌনবগী অধিকার ফংলকই। প্রমাণ অমদনা নুমিৎকী মঙাল্লা সমুদ্রদগী, লৈবাক্কী, ঈশিং লৈফম পুম্নমক্কী ঈশিংবু মনিল ওইনা চিংখৎখ্রগা অভিয়াদগী অমুক নোং ওইনা চুথ-হল্লি। অদুগুম্বা নোংগী ঈশিং অদুদা অফবা মফমদগী, ফত্তবা মফমদগী, পুখ্রি, খোংবান, পাৎ-তুরেল, সমুদ্রনা চিংবদগী মনিল ওইনা চিংখৎখিবনা অফ-ফত্ত দোষ কয়ামুক্লা তিনখ্রবনি। মদু চীংদা

মান্দা তারগা তুরেলগী ঈশিং ওইবা, তুরেলগী, চৌংগী, লোক্কী ঈশিংডুনা মীওইবনা হিদাক-লাংথক্কচিংবা কয়ামুক ওইবা উপায়না অমোংপা, উনা-শীংনা, অপুম-অশা, লৈনাংনচিংবদগী শেংদোক্লগা, থকপা চাবা য়াবা মওংগী ঈশিং ওইরকপগুম গর্ভা-ধান্দগী উপনয়ণ ফাওবগী সংস্কার মাপল অসি তৌরগা মশাদা অমকপা য়াওত্রবা স্না অমদি ঈশিংগী মতৌগুম লূরবা মতম অডুদদি "দ্বিজ" (অনিরক পোকপা) হায়বডু ওইরে। উপনয়ণ সংস্কারদা সবাবর্ত্তণ কৌবা সংস্কারগা পুল্লা তৌনরবনা সংস্কার মাপল হায়বনি।

হৌজিক হৌজিকমক ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য জাতি অহুম অসি ঐথোইগী মণিপুরদদি সংস্কারশিং অসি নিংথিনা তৌরি। তৌবা মতৌদি :— গর্ভা-ধান, পুংসবন, সীমন্তোন্নয়ণ, অন্নপ্রাশন, চূড়া-করন্নচিংবসি মাগী মাগী মতম চানা তৌজবা শুমজবশিংনা নিংথিনা তৌরি। শুমহৌদবশিংনা শৌনক, কাত্যায়ন্নচিংবা ঋষিশিংনা তাক্লিবা বিধি (নিয়ম) গী মতুং ইন্না চূড়াকরণ-কর্ণবেধ (নাহুৎ নারেং) গী মতমদা "ছন্দোগপরিশিষ্ট" কৌবা লাইরিক্তা তাক্লিবা প্রায়শ্চিৎ অহুমগী মন্ত্রংদগী অমবু নিংথিনা তৌডুনা, সংস্কার কর্ম্ম থিবিকপু সিদ্ধি ওইনবগীদমক ষোড়শাক্ষর বিষ্ণুমন্ত্র (ময়েক তরাতরুক্তা ওইবা বিষ্ণুমন্ত্র) শোন্দুনা থৌগী আহুতি পীডুনা, তেগুান তোঙানবা সংস্কারশিং অহুগী সিদ্ধি ওইনবগীদমক মৈদা হোম তৌনরি। মসি মাগী মাগী মতম মতমডু চানা তৌহৌদবডুগী দোষ কোক্লবনি। সংস্কারশিং অসি তৌহৌত্রবদি মী অডু ব্রাত্য ওইবা কৌরে। অডুগুম্বা মী অডুদি আর্য্যশিংনা তিন্ন তোংনবদা নিন্দা তৌনবগী

মশক ওইনৈ। শূদ্রগীদি বেদনা মথোইবু সংস্কার তৌনবা নিয়ম পীদে।

তাবচ্ছুদ্র সমোহ্যেষ যাবদ্বেদে ন জায়তে।
তস্মিন্নেবং মতিদ্বৈধে মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ॥
কৃত কৃত্যা পুর্ণবর্ণা যদি বৃত্তং ন বিদ্যতে।
সঙ্করস্তত্র নাগেন্দ্র বলবান্ প্রসমীক্ষিতঃ॥

সংস্কার তৌত্রিবা অঙাংদি ব্রাহ্মণ ওইরবসু শূদ্রগা চপ মান্নৈ। বর্ণ মরিগী হৌনবী মতুং ইন্না সংস্কার তৌবনচিংবগী খেন্নবসিবু লৈত্র-বদা বর্ণসঙ্করমকুম্না (তোংন-মান্নবা জাতি) শাস্ত্রগী মিৎয়েংদা ওই। মতুনা ফংলগদবা ফলদি— কুন্তি দেবীগী শুদ্ধগর্ভদা পুতুনা পোক্লবা সূর্য্যদেবমক্কিসু মচা ওইরবা কর্ণ হায়বসি মতম অতুগী ক্ষত্রিয় বংশদা, অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অশেংবা ক্ষত্রিয়গী মশক অতৈ কনা মথক থোংবা অমমুক লৈত্রবনি। মসিত্ত নত্তনা কর্ণ অসি দান ধর্ম্মদসু মাগুম্বা অমা লৈত্রবনি। অতুবু গর্ভদগী হৌনা সংস্কার তৌহৌদবনা দুর্য্যোধন্নচিংবা ফত্তবা সঙ্গত তৌতুনা মতম পুম্নমক্তা মাইথীবা, তৌরু তৌরুবা থবক খুদিংদা অচোপ্পা, অরাবত্তা মনংবা অমসুং মমা অমত্তগী গর্ভদগী পোকমিন্নবা পাণ্ডবশিংগা মতম খুদিং য়েক্লবা ওইতুনা অর্জ্জুনগী মথুত্তা মথরাই থাথি।

তেজোবধ নিমিত্তস্তু পুরুষ স্তামহক্রবম্।
অকস্মাৎ পাণ্ডবান্ হি ত্বাং দ্বিষসীতিমতির্মম॥

যেনাসি বহুশো রাজ্ঞা চোদিত সূতনন্দন।
জাতোসি ধর্ম্মলোপেন ততস্তে বুদ্ধিরীদৃশী ॥

ভাঃ আঃ অঃ ১১৭।

অত্রি সংহিতানা হায়রি :—

"জন্মনা ব্রাহ্মণো জ্ঞেয়ঃ
সংস্কারৈর্দ্দ্বিজ উচ্যতে ॥"

ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লবা মচাং মদো ব্রাহ্মণদি ওই অদুবু দ্বিজদি ওইদে। মানা দ্বিজ ওইগদবদি গর্ভধান্দগী উপনয়ণ ফাওবগী সংস্কার অসি তৌরবতদা দ্বিজ ওইগদবনি। অসুম্না অত্রি সংহিতা কৌবা লাইরিক্না হায়রি। মরম অসিনা (১) গর্ভাধান্ (২) পুংসবন্ (৩) সীমন্তোন্নয়ন্ (৪) জাতকর্ম্ম (৫) নামকরন্ (৬) অন্নপ্রাশন্ (৭) চূড়াকরন্ + কর্ণবেধ (৮) উপনয়ণ (৯) সমাবর্ত্তণ (১০) বিবাহ হায়রিবা সংস্কার তরা অসিবু বর্ণ অহুম্না হায়বদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অহুম অসিনা তৌগদবা সংস্কারনি।

"সংস্কার" (শেংদোকপা) অসিতনা বর্ণ অহুম অসিবু দ্বিজ কৌনরিবনি। মসিবু অমুক শরুক মরি থোক্না থাইদোক্লুনা তোঙান তোঙানবা শরুকপু মমিং থোল্লি। মদুদি গর্ভধান, পুংসবন, সীমন্তোন্নয়ণ অহুম অসিবু গর্ভসংস্কার কৌই। জাতকর্ম্ম, নামকরণ, অন্নপ্রাশণ অহুম অসিবু শৈশব সংস্কার। চূরাকরণ + কর্ণবেধ উপনয়ন, সমাবর্ত্তণ অহুম অসিবু কৈশোর সংস্কার কৌই। বিবাহব যৌবন সংস্কার হায়না কৌই, কনা কনাগুম্বনা সমাবর্ত্তণবু উপনয়নগী মনুংচনবনি তোঙানবা সংস্কার নত্তে হায়। কনানা নিষ্ক্রামনবু

মথক্তা হায়রিবা সংস্কার তরা অসিগী মম্লুং চনবনি হায়। কনানা সংস্কার হায়বসি মথক্তী তরা অসিত্তা নত্তে শালাকর্ম্ম, বেদারম্ভ-নচিংবা পুম্নমকস্তু সংস্কার অমমম্নি হায়। ঋষিশিংনা বেদবু য়াম্না মুন্না আলোচনা তৌরগা অসিগুম্বা য়াম্না রাংলবা সাধনাগী মশক ওইররবা গর্ভাধানচিংবা সংস্কারশিং অসিবু পুথোক্লম্বনি। মসিগী মরমদি মীওইবগী মশাদা শরু, শিংলী, তৌঙ্ অহুম অসিনা মপাদগী ওই। উন্, তোং, ঈ, অহুম অসিনা মমাদগী ওই। হায়রিবা পোংশক তরুক অসিনা তিন্নরগা মীওইবগী হকচাং অসি ওইরিবনি। মরম অসিদগী মমা মপাগী মশাদগী লৈবা দোষ পুম্নমক অতু মচাগী মশাদা চংই। মরম অসিদগী মমা মপা অনিনা গর্ভাধানগী মতুংদা হায়বদি গর্ভ পীবা অমদি লোরমদাইগী মতমদা মমা মপাগী পুক্লিং অতুদা লৈবা পশুত্ব ভাব (শাগী ওইবা পুকচেল) অতু কোক্লুনা সত্ব ভাব অশেংবা অচুম্বা ভাব) ওইনবগীদমক তৌরিবা সংস্কার অতুবু "গর্ভাধান সংস্কার" কৌই। হায়বদি পশুত্বভাব কোক্লুনা সত্বভাব লাক্লবগীদমক গর্ভাধান কৌবা সংস্কার অসি তৌগনি। মসি তৌতুনা মমা মপা অনিগী পুক্লিং অমদি হকচাং শেংলবদা ওইরক্লদৌরিবা অঙাং অতুস্তু শেংলগনি। সংস্কার হায়বসিদি লাইয়েকপশিংনা অহানবদা লাই অমা য়েকপা তারবদা লৈই থরনা হৌরগা মথং মথং তুরিনা চিং চিংতুনা মিৎ-না, থোং·থুৎনচিংবা হকচাংগী মকম পূম্নমক মপুং ফাহল্লকপগুম সংস্কারশিং অসিনা মীওইবগী হকচাংবু মথং মথং শেংদোকপিখিতুনা, মমৈথংদা সত্বগুণ্ম লৈতেংলবা অশেংবা হকচাং ওইহল্লি। মসিগী মরমদা শাস্ত্রনা হায়রি।

চিত্রং কর্ম্ম যথানেকৈরঙ্গৈরুন্মীল্যতে শনৈঃ।
ব্রাহ্মণ্যমপি তদ্বৎ স্যাৎ সংস্কারৈ বিধি পূর্ব্বকৈঃ॥
তথাঃ—এবমেনঃ শমং যাতি জীব গর্ভ সমুদ্ভবম্।
তথাঃ—জন্মনা জায়তে শূদ্রঃ সংস্কারৈ দ্বিজ উচ্যতে॥

হায়বদি লাই য়েকপগুম্না মথং মথং শেংদোক্লগা ব্রাহ্মণ্য ওই। মতৌ অসুম তৌনা মমা মপাগী গর্ভদগী হুন্নক্লিবা মরূ অহুদা মমা মপাদগী চংলক্লিবা দোষ পুম্নমক অদু সংস্কারশিং অসিনা মথং মথং শেংদোক্লকই। মতুনা মশানা তাবদি পোকপতা ভাইরিবা অঙাং অদু ব্রাহ্মণ ওইরবসু শূদ্রগা মান্নে, সংস্কারশিং অসি তৌরগা দ্বিজ ওই।

মথক্তা পনখ্রিবা মুপীগী ঋতু ওইরিবৈ মুমিং (১৬) তরাতরুক্কি অহুগী মনুংদা অহানবা মুমিতগী মুমিং হুম্নি মৈতৈগীনা মরিনি, পর্ব্ব দিন থোকপা মুমিং, অহুগা মৈতৈগী চংনবী মতুংইন্না মুপা মুপীগী মপোক ন্নুমিং, মমা মপাগী মপোক ন্নুমিং হায়রিবা ন্নুমিংশিং অসি থাদোক্লগা পাঞ্জিকাদা (খুপাইদা) তাক্লিবা গর্ভাধানগী মতমদা চন্দ্র তারা শুদ্ধ ওইরবদি গর্ভাধান (মরূহুনবা) কর্ম্মবু তৌগনি।

## "পর্ব্বদিন"

চতুর্দ্দশ্যষ্টমী চৈব অমাবস্যা চ পূর্ণিমা।
পর্ব্বাণ্যেতানি রাজেন্দ্র রবি সংক্রান্তিরেব চ॥
স্ত্রী তৈল মাংস সংভোগী রৌরবং নরকং ব্রজেৎ॥

ইতি জ্যোতিষ তত্বম্।

চতুর্দ্দশী, অষ্টমী, অমাবস্যা, পুর্ণিমা, রবি সংক্রান্তিনচিংবু পর্ব্বদিন কৌই। অসিগুম্বা পর্ব্বদিন্দা মুপীগা তিন্নবা, হকচাংদা থাও তৈবা, ওা-শা চারবদি "রৌরব" কৌবা নরক তাই।

"থংগদবা"

চতুর্দ্দশী—(১৪) তরামন্নি পানবা, (২৯) কুনমাপন্নি পানবা।
অষ্টমী—(৮) নিপান্নি পানবা, (২৩) কুনহুমদোইনি পানবা।
অমাবস্যা—(৩০) কুন্থ্রানি পানবা, থাশি মুমিৎ।
পুর্ণিমা—(১৫) তরামঙানি পানবা, মপুংফাবা থা।
সংক্রান্তি—রবি (সূর্য্য = মুমিৎ) না রাশি অমদগী রাশি অমদা চৎপদা থা অমা চাংই, থা অমগী অরোইবা মুমিত্তা রাশি অমা চৎপা লোই, অদুনা চৎপা হৌবদগী চৎপা লোইবা ফাওবগী মুমিৎ মশীংবু তারিখ কৌই। অদুনা থা থাগী অরোইবা তারিখপু রবি সংক্রান্তি কৌই।

ঋতু লাকপা মুমিত্তগী হৌনা থীরকপদা তুমাগুবা (জুরা তাবা) মশীংদা মুপা ওই। তুমাগুদবা (জুরা তাদবা) মশীংগী মুমিত্তা মুপী ওই। হায়বদি চৎনবীগী মতুং ইন্না মঙানিদা মকোক লুজবনা ৬, ১০, ১২, ১৪, ১৬ নিপা ওই। ৫, ৭, ৯, ১১, ১৩, ১৫ মুপী ওই হায়না থংনগনি।

---

"নন্দাদি তিথি"

নন্দা, ভদ্রা তিথি অনি অসিনা মুপা ওই, পুর্ণা, জয়া তিথি অনি অসিনা মুপী ওই, রিক্তা তিথিদি নপুংসক ওই। মপুংসক

(মুপা মুপী খংদবা), হায়বদি মুপা ওইজরবস্থ মুপাগী মতৌ মওং ওইদবা, নুপী ওইরবস্থ নুপীগী মতৌ মওং ওইদবা। হায়রিবা রিক্তা তিথি অসিদি গর্ভাধান য়াদে থাদোক্লনি।

নন্দা তিথি—প্রতিপদ = নোংমা পানবা, তরাতরুক্তি পানবা।
ষষ্ঠী = তরুক্তি পানবা, কুন্মাথোইনি পানবা।
একাদশী = তরামাথোইনি, কুন্তরুক্তি পানবা।
অসিবু নন্দা তিথি কৌই।

ভদ্রা তিথি—দ্বিতীয়া = নিনি পানবা, তরাতরেৎনি পানবা।
সপ্তমী = তরেৎনি পানবা, কুন্নিথোইনি পানবা।
দ্বাদশী = তরানিথোইনি, কুন্তরেৎনি পানবা।
অসিবু ভদ্রা তিথি কৌই।

জয়া তিথি—তৃতিয়া = হুম্নিপানবা, তরানিপান্নি পানবা।
অষ্টমী = নিপান্নি, কুনহুমদোইনি পানবা।
ত্রয়োদশী = তরাহুমদোই, কুন্নিপান্নি পানবা।
অসিবু জয়া তিথি।

রিক্তা তিথি—চতুর্থী = মরিনি পানবা, তরামাপন্নি পানবা।
নবমী = মাপন্নি পানবা, কুনমরিনি পানবা।
চতুর্দশী = তরামরিনি, কুন্মাপন্নি পানবা।
অসিবু রিক্তা তিথি কৌই।

পূর্ণা তিথি—পঞ্চমী = মঙানি পানবা, কুন্নি পানবা।
দশমী = তরানি পানবা, কুনমঙানি পানবা।

পুর্ণিমা = তরামঙানি পানবা, মপুংফাবা থা।
অসিবু পুর্ণা তিথি কৌই।

য়াম্না কূপশিনবা মীনা নক্ষত্রনচিংবা ফাওবা নিংথিনা মুন্না য়েংই। মতুংদি— হস্তা (১৩), মূলা (১৯), শ্রবণা (২২), পুনর্ব্বসু (৭), মৃগশিরা (৫), পুষ্যা (৮) নক্ষত্র তরুক অসিগী মনুংদা "মূলা" নক্ষত্রদি নত্তনা নক্ষত্র মঙা অসিদা গর্ভাধান তৌরবদি মুপা ওই। মূলা নক্ষত্র অসিমু পুংসবনচিংবা (মুপা পোক্নবা যজ্ঞ) দদি লৌ-থংলি। জেষ্ঠা (১৮), মূলা (১৯), মঘা (১০), অশ্লেষা (৯), রেবতী (২৭), কৃত্তিকা (৩), অশ্বিণী (১), উত্তরাষাঢ়া (২১), উত্তর-ফল্গুনী (১২), উত্তরভাদ্রপদ (২৬) হায়রিবা নক্ষত্র তরা অসি ছন্দোক্লগা পর্ব্বনচিংবা ফত্তবা দিন অছু ভাদবা মুমিত্তা পুক্নিং থরাই হকচাং শেংলগা (গর্ভাধান যজ্ঞ তৌরগা) অফবা অশেংবা অক্লবা মফমদা, অমদি মুপা মুপী অনিনা পুক্নিং লৌচিং অমত্তা ওইনা অফবা রাথল থন্দুনা, অহানবদা মুপীগী অঙ্গ (হকচাং কায়াং) থুদিংমক শোক্লুনা মুংশি মুঙোলগী রারী-রাতাই নিংথিনা শাদুনা, মুপা মুপী অনিগী কাম্বু নিংথিনা হৌহল্লগা, পুক্নিংদা ঈশ্বরবু নিংজদুনা, নিংথিনা অফবা রাথল থন্দুনা গর্ভাধান (য়ুমদিন্নবা) তৌগনি। নোংমাইজিং, শগোলশেল, ইরাই, মুপা মুপীগী মপোক মুমিং, মমা মপাগী মপোক মুমিং, পর্ব্বদিন, রিক্তা তিথি, জেষ্ঠা, মূলা, মঘা, আশ্লষা, রেবতী, কৃত্তিকা, অশ্বিণী, উত্তরাষাঢ়া, উত্তরফল্গুনী, উত্তর-ভাদ্রপদ হায়রিবা নক্ষত্রশিং অসিনচিংবসি ভাদবা মুমিত্তা, মুপা নুপী অনিগী চন্দ্র-তারা শুদ্ধি লৈবা, অফবা লগ্ন য়েংদুনা তিন্নবদি

উত্তম মিলন কৌই। অফবা মচা, পুন্সিবা, মহৈ বিদ্যা চংখোনবা, অমদি ধর্ম্ম লৈনবগীদমক মমাংলৈগী ঋষিশিংনা অসিগুম্বা বিদ্যাশিং অসি কৃপা য়েংহনা চৎলম্বনা মমাংলৈগী মীনা ধর্ম্মথংবা অফবা ভাক্তা ওইরমই। হৌজিক কালদদি অসিগুম্বা নিয়মশিং অসি ভাক্তবনা শা-ভাগুম মানা মানা নিংলকপা পাম্নকপা মতমদা ওইবনা করিস্মু খংদ্রবা জ্ঞান লৈত্রবা শা-ভাগুম্বা, মপুক্লিংনা পাম্বা লমচৎ শাজৎ অহু চৎপদা অখিংবা লৈতবনা, লায়না লায়থুং, অরা-অনা, পশুত্বজ্ঞান মরাইবক থীবা, তৌরু-তৌরুবা থবক্তা মঙ্গল লৈতবনাচিংবা ফত্তবা ফল ফংনরিবসিনা অশেংবা থুদম্লি। মস্তিক মগুণ লৈবা, মতম মতমগী পাইরক্তী লৌশিং লৈবা, ধর্ম্ম কর্ম্ম থংবা, সমাজগী মতিকচাবা মুহী অমা ওইবা য়াবা ইচা পোকে হায়রবদি নিয়মশিং অসি ভাক্লা চৎকদবনি।

## "মুন্না য়েংগদবা অমা"

হায়খ্রিবা গর্ভাধান (য়ুমদিম্নবা) অসিগী অত্ত-ফত্ত য়েংবসি শম্লা হায়রবদা পাম্জি থুংপাইদা মুমিং মুমিং অহুগী কলমদা থারিবা "বিবিধ" হায়বা কলম অহুদা মথং মথং পাথগদবনি। পুং অমুক ভাবদা গর্ভাধান লৈ-লৈতে হায়বসি বিবিধ হায়বা কলম অহুদা ইচাও চাওনা ইহনা ভাক্লিবনি। পুং অহুস্মু হৌজিক্তি ইণ্ডিয়ান ষ্টেণ্ডর্ড-টাইম চপ চানা ইরিবনি। বিবিধ হায়বা কলম অহুগী কায়বদি ভসাইগী মথক্তা হায়খ্রিবা মরোলশিং অহু য়াম্না পারুদ্রবস্মু থরদং পারগা, হায়রিবা মুমিং অহুদা পুং অহুক ভাবদা গর্ভাধান

লৈ হায়না তাক্লম্নবদি, মুমিং অহু মুপা পোকদরা মুপী পোকদরা, মুপা মুপী অনিগী মপোক মুম্মিংলা, চন্দ্র তারা শুদ্ধ ওইবরা অসি-তমক য়েংলগা অতৈ অমুক য়েংলুদ্রবসু য়ারে। করিনা পাঞ্জি খুৎপাইদা টরিবদো অফ-কত্ত কুপ্পা য়েংলহুনা, ফত্তবা শরুক য়াওদ্রে চুয়ে হায়বা তশেংনা খংলগা ইরকপা অমনিনা, ঐখোইনা মতমহু অমুক য়াংহল্লুদ্রবসু য়ারে। মথক্তা তাক্লিবা গর্ভাধানবু অমসুং শুভ-কর্ম্ম অতৈবুসু তাক্লিবা অহুগুম্না চন্দ্র-তারা শুদ্ধ য়েংবসু নিংথিবা ইহুনা অহুম তাক্লিবনি। হৈনদ্রবসু অথংবা মীশক অমদা য়েংনবা নিয়ম অহু নিংখিনা হংহুনা খংদোক্লবদি পুন্সিচুপ্পদা, থবক থুদিংমক্তা কান্নরগনি। মহুদা খোইদোক্না য়াম্না লুবা অমদি শিজিন্নবদা মুশাই-রোইদবা মরম পুন্নমক নিংথিনা তাক্লিবনি। মহুবু নিংথিনা অমুক্তং পাখোক্লগা, অমদি খংদবা য়াওবশিং অহুবু অখংবা মীদা হংদোক্লগা নিংথিনা শিজিন্নবা য়ারগনি। মসিবু নিংথিনা য়েংবা শুম্নবা অমদি পাঞ্জিকা অসিদা য়াওরিবশিং অসিবু খংজিনবা শুম্নবদি মী অমা ওইনা চংপদা অমদগী তোঙ্গুরোই।

## "পুংসবন"

গর্ভসংস্কারগী অনিশুবা সংস্কারবু পুংসবন সংস্কার কৌই। পুংসবন হায়বদি মচা নার (মুপা) কংনবা তৌরিবা কর্ম্ম হায়বনি। মসি গর্ভ ওইখ্রবা মতুং অহুমশুবা থা চংলকপা মুমিং তরানিগী মমুংদা তৌগদবা সংস্কারনি।

গর্ভাধানবত্নুপেতো ব্রহ্মগর্ভং সন্দধাতি পুংসবনাৎ।
পুংসী করোতি ফলস্থাপনাৎ মাতা পিতৃজং॥
পাপানমপোহতি রেতোরক্তগর্ভোপঘাতঃ পঞ্চগুণো।
জাতকর্ম্মণা প্রথমমপোহতি নামকরেন দ্বিতীয়ং॥
অন্নপ্রাশনেন তৃতীয়ং চূড়াকরেণ চতুর্থং স্নপনেন
পঞ্চমম্।
এতৈরষ্টাভিঃ সংস্কারৈর্গর্ভোপধাতাৎ পুত্রো ভবতি॥
ইতি সংস্কার তত্ত্বম্।

সংস্কার তত্ত্ব কোবা লাইরিক্লা তাক্লি ঃ— বেদগী বিধিনা সংস্কার নিংথিনা ভৌখ্রবা অঙাংদি লাইনা চাল্লি, নোল্লুকই, সহগুন্না লৈতেংই, সম্পত্তি থিবিক্লা তিল্লি হায়বসিদা চিংনবিভাই লৈতে। মরম অসিনা বেদবিধিনা তাক্লিবা সংস্কারশিং অসি ভৌগদবনি। গর্ভদা লৈখ্রবা মন্ত্র অসি থা অনি ফাওবদি খুদমগী মশক্তা মওইরি, মুপা মুপী থাইদ্রি অহুনা গর্ভদা লৈবা মচাবু "পুরুষরূপ" নুপাগী মশক ওইনবা পুংসবন হায়বা সংস্কার অসি ভৌগদবনি। মরম অমনা গর্ভগী থা অহুমদগী মখিগী মনুং অসিদি মকম ইথং থংহৌ-দনা থাম্না কায়গল্লি, মসিগীদমক পুংসবন অসি ভৌনবা নিয়মবু শাস্ত্রনা পীরিবনি। পুংসবন হায়বা সংস্কার অসিগী মন্ত্রনচিংবগী উৎচ্চারন অহু ভাবতদা গর্ভপুরিবী নুপীচুগী পুক্কিংদা নুংভাইবা অমা কাওই। অহুমা নুভাইবা অহুদগী মশানা অতনবা, অকিবা, ওনিংবা, তিজুং-থবাংবা কোকই অমসুং মপা কনথংলি, গর্ভদা লৈবা অঙাংগী

মশা কনথংলি। অঙাংনা থোক্লক্কদবা মমাগী দ্বার (থোং) দা লৈবা দোষ পুম্নমক শেংহল্লি হায়না "আয়ুর্ব্বেদ" না হায়রি।

## "সীমন্তোন্নয়ন"

গর্ভ সংস্কারগী অহুমশুবা সংস্কারবু সীমন্তেন্নয়ন কৌই। সংস্কার অসি, গর্ভ চংথিবা থা (৪) মরিদগী থা (৬) তরুক, থা (৮) নিপান ফাওবগী মনুংদা, চংখ্রবা গর্ভবু মরক্তা কায়দনবা তৌবা যজ্ঞনি। তৌবা তৌনবা নিয়ম নিংতিগী মতুং ইন্না, নোংমগী তৌবা হৌনবা নিত্যক্রিয়ানচিংবা লোইরবা মপুরোইবনা হৌনবী বৃদ্ধিশ্রাদ্ধনচিংবা শোল্লগা, কুশণ্ডিকানা যজ্ঞগী মৈ হৌগৎলগা বিরূপাক্ষ জপ ফাওবা তৌনরিবা, চূড়াকরণ-কর্ণবেধগী ( নাহুৎ-নারেংবগী ) যজ্ঞ অতুমক তৌরবা ম তুংদা মপুরোইবা লৈবী মচানুপা পোকপী মঙ্গলগী মশক ওইবী নুপীনা স্নান্নচিংবা তৌবিরগা হৌনবী নিয়ম কায়দনা বেদি মথক্তা ফমহন্দুনা অমদি অফবা মতিক মগুণ লৈবা নচানুপা পৌকউ হায়বা বরনচিংবা পীতুনা লাইবক্কী অরোইবা সীমাদা হৌবা শমবু কলোমদা হাংপিবা অমসুং চেং থোইদিং শগোলহবাইনা থোংবা কৃষর পীজরনচিংবা তৌবা সংস্কার অসিবু সীমন্তোন্নয়ন সংস্কার তৌবা কৌই। মসিগী নিয়ম নিত্তিদি তোঙান্না চাওনা লৈখ্রবনি, মওং অমুম তৌববু সীমন্তোন্নয়ন সংস্কার তৌবা কৌই হায়বসিদং অতুক তাকপতনি।

## "জাত কর্ম্ম"

শৈশব সংস্কারগী অহানবা সংস্কারবি জাতকর্ম্মনি। অঙাংনা হেক পোকপগা তৌগদবা কর্ম্মবু জাতকর্ম কৌই। মতম অসিদা

অহানবদা মপানা যব অমদি ফৌ অনিবু কুপথাইরগা মকুপ অহুনা অঙাংগী মরৈ শেংদোকপা, মশা শেংদোকপা, সনা মচেৎ অমনা অমুক মশাদা নানবিবা, স্নানা ঘী লৌরগা মরৈদা তৈথিবা, ঘী খোইহৌনা অমুক অঙাংগী মরৈ শেংদোকপিবা, মাগী মাগী মন্ত্রগী উচ্চারণ তাহনবা কর্ম্মবু জাতকর্ম্ম সংস্কার তৌবা কৌই। বিজ্ঞান হৈনবা, বুদ্ধি লৌশিং লৈনবা প্রার্থনা তৌগনি, মতুংদা পুন্সিগীদমক প্রার্থনা তৌগনি। পোৎশকশিং অসিনা কান্নবদি— সনানা পুন্সি চাওখৎলি, পোকপা মতমগী অরাবনচিংবা কোকহল্লি, ঈবু হঙ্গৎনা চেনবগী (উর্দ্ধগতি) দোষ কোকহল্লি। ঘীনা মশাগী কোষ্ঠ (অমাং-বগী মরী) শেংদোকই, মপাঙ্গল চাওখৎহল্লি, কনখৎহল্লি, হিংনবগী শক্তি (জীবনি শক্তি) হেনগৎহল্লি। খোইহৌনা পিত্তকোষকী থবক (মৈশা পীনবগী থবক) কনখৎহল্লি, হকচাংদা মাইদা ঈ থাংহল্লি অমস্বুং কফ (লোক) মাংহল্লি। অসিগুম্বা সংস্কার অসি তৌববু জাতকর্ম্ম সংস্কার তৌবা কৌই। মা মাগী তৌবা হৌনবা নিয়ম, শাস্ত্রগী বিধিদি তোঙান্না চাওনা দশকর্ম্মপদ্ধতি কৌবা লাইরিক্তা লৈখ্রে, মসিদি শম্নপা রাহৈ থরদং অহুক উৎপত্তনি।

## "নাম করণ"

শৈশব সংস্কারগী অনিশুবা সংস্কারদি নামকরণ (মিং থোনবা) সংস্কার অসিনি। অঙাং পোক্লবা মতুং মুমিৎ তরানি, মুমিৎ চামনি, বছরগা চহি অমা হেক কাবদা নামকরণ (মমিং থোনবা) যজ্ঞ তৌবি-গদবনি। মসিনা মরম ওইহুনা মমা মপানা অঙাংবু য়োক-থাকপদা

অফবা কল পী। মসি শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না মওং মতৌ অসুম্না থোনগনি হায়বা বিধি কাযাবু কায়দনা তৌনরক্লি। কনাগুম্বশিংনা ঈশ্বরগী মশিংরদা জন্মকেষ্ঠীগী হোগদবা মিংগী অহানবা ময়েক্লা হৌবা মথল মথলগী মিং মঙাদং স্নাখোংনাং মনা মঙাদা ইরগা তোঙান তোঙাম্না ঈশ্বরগী মাংদা থম্লগা মাগী মাগী মপাদা ঘৌগী বর্ত্তি অমমম য়ুংহনা থাল্লগা মমা মপানা ঈশ্বরগী মফমদা খুং লোম্নহনা মচাগী অফবা, চাওখৎকদবা, পুন্সি শাংগদবা, লাইগুরু সেবা তৌগদবা মিং অমত্তং পীনবিয়ু হায়না নিজরগা ইকোন কোম্না মুৎপা বর্ত্তি অহুগী মপাদা লৈবা থোংনাং মনাদা ইবা মিং অহু থোল্লি। অসুম্না মাগী মাগী চৎনবী নিয়ম কন্নামুক কায়দনা তৌনৈ। বেদ বিধিগী মতুংইন্না তৌবা হৌনবা যজ্ঞনচিংবা তৌহুনা মিং থোনবসিবু নামকরণ তৌবা কৌই। মসি হৌজিক্কী মতমদা কনা কনাগুম্বনা অন্নপ্রাসন (চউম্বা) মতমদা পুন্না তৌবস্নু য়াওরে।

## "নিষ্ক্রমন"

মথন্স তরাগী ওইবা (দশবিধ) সংস্কারদগী তোঙানবা নিষ্ক্রমন কৌবা সংস্কার অমস্নু লৈরি। মসিবু অতোপ্পা মত অমদদি শৈশব সংস্কার অমনি হায়হুনা নামকরণ তৌত্রিভৈদা তোগদবা ওইনা লৌনৈ। মসিদি পোকপা মুমিং অহুদগী অহুমগুবা শুক্লা পক্ষগী (পানথৎলকগী) তৃতীয়া তিথিদা (নিম্নাংগী হুম্নি পানবদা) তৌগদবনি। অহানবদা নান্দিমুখ শ্রাদ্ধনচিংবা তোরগা তৌবা হৌনবা বিধি কায়দনা তৌনৈ। অসুম্না অঙাংনা চহি ফাবা ফাওবা থা

খুদিংগী পানখৎলকপা হুম্নি পানবা খুদিংগী তৌগদবনি। নিষ্ক্রমন সংস্কার অসি পোকপদগী থা' অমমথাইদগী চহি অমগী মগুংদা তৌগ-দবা ওইনা, নামকরণ সংস্কারনা মুমিং তরানিদগী নুমিং চাম নত্রগা চহি অমগী মনুং ওইবনা। নিষ্ক্রমন তৌদ্রিবৈদা নামকরণ তৌকম থোক্লে হায়না উংলি। স্মার্ত্ত (স্মৃতি শাস্ত্র) গী মতম্গু ভবদেবভট্টনদি নামকরণ হায়বসি নিষ্ক্রমনগী মতুংদা ইরমইদি হায়ববু অনি অসি অহানবা অমনা হানবদা থাইদোক্ল দেষ লৈরোই।

## "অন্নপ্রাশণ" (চউম্ব)

অন্নপ্রাশণ হায়বসি অঙাং নুপা পোকপগীনা থা (৬) তরুক নত্রগা থা (৮) নিপালদা, নুপী পোকপগীনা থা (৫) মঙা নত্রগা থা (৭) তরেংদা তৌবিগদবনি। অরাবদি হৌজিক্কী মতমদা কনা কনাগুম্বনা মীনা মচা মগুবু মতম চানা অন্নপ্রাশণ তৌবিদ্রিবৈদা, অঙাংনা চানিং থক্লিংবা মতৌ উবদা কনাগুম্বা অঙাংশিংনা অমদি ভাব তাদবা অহল থরনমু লুখাক্লি থংদে করিনি থংদে পংইন ইন-শিনবিবমু য়াওই। অসিতা নত্তনা চূড়াকরণ কর্ণবেধ হায়বদি নাহুং নারেং ফাওবদা "হেঃ করিবু তৌরুগবনো কোনশংদা চৎলগা নুমিং থা অফবা অমদা স্না হাপ্পা ওইনা স্নাশাববু কোক হেক হুত্তোকহল্লু রগা লোইরে" অসিনচিংবা রাতা অমদি থবক ওইনা পাংথোকপমু য়াওরে। মসি পুম্নমক অসি ধর্ম্মগী বিরুদ্ধনি (ধর্ম্মগী রাংম লানবনি) হায়রবা থংদবদগী অমদি সংস্কার হায়বসি করিনো থংদবদগী, অমদি মসি তৌরগা করি কাব্নে অমদি তৌদ্রগা করি মাংই হায়বসি

থংদবদগী থোকপনি। মতুগী দোষ অতুদি মশা মশানা অমদি অম্ভাং অতুনা ফংলোইদবদি নত্তে। গর্ভাধানদগী হৌবা সংস্কার তরা অসি মাগী মাগী মতম চানা চানা বেদনা তাকপা বিধিগী মতুং ইন্না তৌবা হৌনবা অর্চ্চা পুজা যজ্ঞনচিংবা মা মাগী তৌগদবা মওংশিং অদু মতম চানা চানা মমা মপা ওইবশিং অতুনা তৌবিগদবনি। নত্রবদি মথক্তা ইখ্রবা গর্ভাধানগী মতাংদা কুন্তিদেবীমক্না ফংখিবা মচা অহল সূর্য্যদেবগী মচা কর্ণগুম অতোনবা ওইগনি।

## "চূড়াকরণ-কর্ণবেধ"

চূড়াকরন-কর্ণবেধ (নাহুং নাবেংবা) হায়বসি গর্ভাবস্থাদগী হায়বদি মীরোনবদগী হৌনা য়াওরক্লবা পুক্নুংগী শম অদু লোইনা কোকথোক্লনা অঙাংবু শিক্ষ দীক্ষা য়াননবা তৌরিবা সংস্কার অদুবু চূড়াকরন-কর্ণবেধ তৌবিবা কৌই। মসি মাগী মাগী চৎনবী অমদি বেদ বিধিগী মতুং ইন্না চহি অমা, অহুম, মঙাদা তৌবিবসি চৎনরি। হায়রিবা চূড়াকরণ অসিগী মমুংদা কর্ণবেধ অসিসু অপুনবা অমা ওইনা চূড়াকরণ তৌরবা তুংদা গায়ত্রীমন্ত্রনা নত্রগা বেধমন্ত্রনা অহুমক মহুৎলি। মধ্যবাঙ্গলানচিংবা দেশ থরদনা উপনয়ণ (নগুণ-থাংবা) গী মতমদা উপনয়ণ তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নাপিতনা কর্ণবেধ তৌরগা কোন্না উপনয়ণ তৌবসি চৎনৈ। অসুমনা দেশ, কাল, পাত্রগী মতুংসু থরা থরা মইল্লি।

## "উপনয়ণ" (নগুণ থাংবা)

উপনয়ণ নগুণ থাংবা হায়বসি কৈশোর সংস্কার মথল অমনি। সংস্কার অসিনা অঙাংবু জ্ঞানশিক্ষাগীদমক শিক্ষাচার্য্যগী (গুরুগী)

মনাক্তা লৈহল্লি। শূদ্র নত্তবা বর্ণ অহুম্না তৌগদবা সংস্কার অমনি। সত্য জ্ঞান অমদি সদাচার ফংনবগীদমক মরু ওইবা সংস্কার অমনি। আচার্য্যনা (গুরুনা) অহুম অহুম ওইবা শাস্ত্রগী মওং মওং অহুগী লম্বীশিং অহু নিংথিনা উহল্লি। অহুম্না সংস্কার অসিগী মন্ত্র পুন্নমক পুক্লিংনা খংবা উবা ওন্নবদা সংস্কার অসি করিনো, মানা করি তৌরিবনো হায়বা মুন্না থংই। হেক পোকপা মুমিত্তগী নত্রগা গর্ভ চংখিবদগী চহি (৮) নিপান শুরক্লবদা ব্রাহ্মণগী উপনয়ণ তৌবি-গদবনি। ব্রাহ্মন্না চহি ৮দগী চহি ১৬কী মন্নুংদা ক্ষত্রিয়না চহি ১১দগী ২২গী মন্নুংদা, বৈশ্যনা চহি ১২দগী ২৪গী মন্নুংদা উপনয়ণ তৌবিগদবনি। মসিগী মাংমা লানখ্রবদি (হনখ্রবদি) সাবিত্রী পতিত ওইবা কৌরে। সাবিত্রী পতিত ওইখ্রবদি উপনয়ণ কর্ম্ম অহু তৌবা মতমদা প্রায়শ্চিত্ত অমা চংলে। অহুনা মাগী মাগী বেদনা পিরিবা মতম অহু চানা চানা মমা মপানা মচাগী কর্ম্ম থিবিক তৌবি-গদবনি।

## "সমাবর্ত্তণ"

সমাবর্ত্তণ সংস্কার হায়বসি ঐখোইগী দেশতা হৌজিক মাগী চপ চাবা নিয়ম চৎনত্রে। মরমদি— উপনয়ণগী মতমদা গুরুগী যুমদা লৈহুনা বেদ শাস্ত্র তম্বা লোইরবা মতুংদা গুরুগী য়ুমদগী ("গার্হস্থ ধর্ম্ম") য়ুম্বানবগীদমক ময়ুম ময়ুমদা হল্লক্লমবাইগী মতমদা তৌবা সংস্কারবু সমাবর্ত্তণ সংস্কার কৌহুনা বৈদিক যুক্তা নিংথিনা চৎনরম্বসি, হৌজিক মহুগী মহুত্তা উপনয়ণ তৌবা মতমদা অহুমক

তৌনরে। মসি গুরুগী য়ুমদা লৈত্তুনা বেদ শাস্ত্র তম্নরিঙৈগী রানি, হৌজিক্তি ময়ুম ময়ুমদা লৈত্তুনা বিদ্যা তম্নরবনিনা ময়ুম ময়ুমদা উপ· নয়ণ তৌবা, বেদাধ্যাপন অমদি সমাবর্ত্তন্নচিংবসি মুমিৎ অত্তুদা পুম্না তৌবসি চৎনরে। সমাবর্ত্তণ হায়বা কর্ম্মসিদি অম্মক্তা মতিক থাক রাংই হায়বদি গুরুগী য়ুমদা লৈত্তুনা ধর্ম্মশাস্ত্র পুম্নমক তম্নৈঙেদা, সং- সার অসিদা লৈবদা চৎকদবা ধর্ম্ম পুম্নমক অমদি হিংলিঙৈগী মতমদা, হৌজিক ওইরিবা মপোক্তীদমক অমদি হয়েং অমুক্তী মপোক্তীদমক মঙ্গল ওইগদবা রা পুম্নমক খংলবনি তম্নবনি। তম- লুরিবা খংলুরিবা পুম্নমক অত্তু থবক শৈইনা চর্চ্চা তৌনবগীদমক গার্হস্থ ধর্ম্মদা (য়ুম পানবদা) চংত্তুনা মত্তুবু নিয়ম নাইনা, সংযম তৌনা (পুক্নিং লাকশিন্ন) নিংথিনা মচা মশু পোক্তুনা, পিতৃ যজ্ঞ, নৃ যজ্ঞ, দেব যজ্ঞ, সদাচার পালন, জপ, তপ, দান হোম্নচিংবা পুম্নমক মপুং ফানা তৌরগা ইহলোক অমদি পরলোক্তী ওইবা লম্বেলদা মুত্তাইনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ফংনবা নিংথিবা লম্বেলদি সমাবর্ত্তণ হায়বা ধর্ম্ম অসিদা লৈরবনি। হায়রিবা কর্ম্মশিং অসি মপুংফানা তৌরবা তুংদা, মমৈথংদা "বানপ্রস্থ" আশ্রমদা (য়ুম থাদোক্তুনা বন্দা লাই নিংবা) চংত্তুনা মত্তুদগী "সন্ন্যাস" তৌরগা মোক্ষ (অরানবা) ফংনবা লম্বী ওইরিবনি। অত্তুনা হায়রিবা সমাবর্ত্তণ সংস্কার অসিত্তনা খ্বাইদগী মরু ওইবা সংস্কারনি।

## "বিবাহ=লুহোংবা"

যৌবন অবস্থাগী (মথোক কারকপগী) অমত্তা ওায়রবা সং- স্কারদি বিবাহনি, মসি বর্ণ মরিমক্তী তোগদবা অমদি তৌদবা

মাল্লবা কর্ম্ম অমনি। মসিগী মরীদা গুগাইনা তাকপদি মথক্কী বিবাহগী মতাংদা য়েংগদবা ওই।

থুংগদবা ঃ— সংস্কারশিং অসিদা হায়রিবা নিয়মশিং অসি মাগী মাগী দেশকী চংনবী অমদি শাগৈ-নাতৈগী চংনবীগী মতুংইন্না মত্ত থরা থরা খেন্নবদি য়াওই হায়ববু বেদনা পীরিবা নিয়মদগীদি থোইনা মপান থোক্কে।

## "ব্রহ্মচর্য্য"

### ( মণিপুরী ভাগবত টীকা )

থরাই পানবনা চারগা হিংই, চাদ্রগা শি মরমদি— চিঞ্জক্কা হিংনবগী পাঙ্গল লৈ, চাবনা মহুবু হকচাংদা লোশিল্লি। চাখিবা চিঞ্জাক্কা চাকখাও খোইরিন্নচিংবদা মথং মথং চংখিহুনা মাগী মাগী থবক তৌহুনা পুং ২৪ চুপ্পা লৈরগা "রস" ওই। রস হায়বা পোৎ-শক অসি লৈরগা মীওইবনা হিংবা, মুত্তাইবা, ফিঙ্গত্তবা, থোনা পোক্লকই। রসনা শক্ল, শিংলী, তীঙ্, উন, তোং, ঈ মখোই অসিদা পুং ১২০ মিনিট ৬ চুপ্পা লৈহুনা পুং ৬০১গীদি মতুং ৭১১দি হেম্রিবৈগ মমুং অসিদা নুপানা বীর্য্য নুপীদা ঋতুগী ঈ ওল্লি। নুপাগী বীর্য্যনে, নুপীগী ঋতুগী ঈনে অনি অসিবু "রেত" হায়রগা থংনৈ। অসিগুম্বা রেতদগী পাঙ্গল অমা পোকই, মহুবু "ওজস্" কৌই। যোগীশিংনা হায়— মীওইবদা লৈরিবা পাঙ্গল পুম্নমক ওজস্তগী পোক্লকপনি। অণ্ডকোষ (ঈশিংখোং) গী মরুমদা লৈরিবা মরুম অনি অহুদা বীর্য্যগা লোইননা লৈমিন্নৈ। বীর্য্যনা ঈশিং তুংফমগী

মনাক্তা লৈরিবা বীর্য্যগী লৈফমদা পৈশিন্দুনা লৈ। ওজস্না ঈশিংদা তোংশিন্দুনা মথং মথং চৎখিহুনা থোপ্তা অমস্থং কুলকুণ্ডলিণী, স্বাধিস্থান, অনাহুত, বিশুদ্ধ অমস্থং অজ্ঞাবহদা শিন্দুনা লৈরুই। মুপীগা মুপাগা তিন্নরবদা বীর্য্যনা মপান থোরুকই, মহুগা লোইনহুনা ওজস্ অহু মরেং তাই। ওজস্ অহুনা মরেং তারবদা নত্রগা য়ামত্রবদা মী অহুনা কৈদৌমুংদসু ভগবান্ উপাসনানচিংবা থবক খুদিং তৌবা ঙমদে। অহুগুম্বা মী অহুনা কৈদৌমুংদা অধ্যাত্মজীবনামৃত ফংবা হৌনদ্রে। মরম অসিনা ব্রহ্মচর্য্য তৌদবা য়াদে হায়হুনা ভগবান্না গীতানচিংবদা মরু ওইনা তাক্লি। মরম অসিমা ওজস্পু মরেং তাহল্লবদি অহুগী অহু মঙাই করিম্ব কান্নদে। মী অহুনা সংসারিক বাসনা অসিবু মপুক্লিংদা কাওত্রবদি, হায়বদি মুপীগা তিন্নববু ভাবনা শাহুনা নিংশিংহুনা লৈরবদি মশাগী মাংনবা অমদি ঈশ্বর ফংদনবা লম্বী হায়ববু মহুদগী হেনবা অমমুক লৈত্রে। মহুগুম্বা ভাব অহুতমা ওজস্ মাংনবগী লম্বেলনি।

শাস্ত্রনা হায়রি :—

স্মরণং কীর্ত্তনং কেলি প্রেক্ষনং গুহ্যভাষণং।
সংকল্পোঽধ্যবসায়শ্চ ক্রিয়ানিষ্পত্তিরেব চ॥
এতন্মৈথুনমষ্টাঙ্গং প্রবদন্তি মণীষিনঃ।
বিপরীতং ব্রহ্মচর্য্যমেতদেব প্রকীর্ত্তিতম্॥

ইতি দর্শন

দক্ষ প্রজাপতিনা হায়ঃ— ১। মুপীবু নিংশিংবা। ২। মুপীবু থাগৎপা। ৩। মুপীগা নোক্ক হায়নবা নত্রগা শান্নবা। ৪। পান্না য়েংবা। ৫। মী লৈতবা অচৌকপদা রা ভাংনবা। ৬। পুক-নিংদা মুপীগা তিন্নববু মুপীদি য়াওদনা মওং মতৌ তমহুনা ফিভম তৌবা। ৭। মুপীগা তিন্নববু ভাবনা শ'বা। ৮। মুপীগা তিন্নগে খনবা। মথোই নিপাল অসিগী মন্নুংদগী অমবু তৌরবদি লম্বোইরে হায়রবস্থ, ব্রহ্মচারী ওইরে হায়বগী মরম লৈতে। ভগবানবু উপাসনা তৌগে হায়রবদি ওজস্ ময়েং তাদনবা ব্রহ্মচর্য্য তৌদবা য়াদে। ব্রহ্মচর্য্য তৌরিবা মীনা ভাগবত ধর্ম্ম চৎলবতদা ভগবানবু ফংগ-দবনি। মপানগী লম্বোইবগী মহুত্তা, মন্নুংগী পোইবন্তু গীতানা ফজনা তাক্লি। ব্রহ্মচারী ব্রতগী থাঙ্গৈশেংবা মশকপু ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরদা শান্তি পর্ব্বগী মতাংদা হায় :—

প্রকৃত্যাক্ষেত্রভূতাস্তা নরা ক্ষেত্রজ্ঞ লক্ষণা।
তস্মাদেবা বিশেষস্তু নরোঽতীয়াদ্ বিশেষতঃ॥
কৃত্যাহ্যেতা ঘোররূপা মোহয়ন্ত্যবিচক্ষনাম্॥

ইতি শান্তি পর্ব্ব অঃ ২১৩।

প্রকৃত্তিবু পুরুষনা তৌবগুম্না মুপীনা মুপাবু ফাহুনা খমই। মরম অসিদগী মুপানা মুপীবু তিন্ননিংবদগী থাদোক্কবা তৌগদবনি। অহুগুম্বী মুপীনা হৈ-শিংদবা মুপাবু নমহুনা শুমহৎলি। ধর্ম্ম লৈবা মুপানা দেব শাস্ত্রনা তাকপগী মতুং ইন্না যাগ-যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মবু তৌই, তৌইওখস্নুং মহু তৌবনা মোক্ষ (অরানবা) ফংবদি ওমদে।

রা়ৈহ, হকচাং, পুক্লিং শেংবা, ঙাকপিহৈবা, অওইবা তৌবা, থুক্কত্তবা, কাওদবা অসিগুম্বা সংগুণবু ধর্ম্মনি হায়না ধর্ম্মথংবশিংনা থাগৎলি। অদুম্নদি ওইরগা ব্রহ্মচর্য্যনা ব্রহ্মাগী মশক্তি, মহাক্লা ধর্ম্মপুম্বগী অথোই-বনি। মহাকপু তৌরবদা জীবনা অথোইবা খুভম ফংই।

সম্যগ্ বৃত্তিব্রহ্মলোকং প্রাপ্নুয়ান্ মধ্যমঃ সুরান্।
দ্বিজাগ্র্যো জায়তে বিদ্বান্ কন্যসীংবৃত্তিমাস্থিতঃ॥

যাম্না নিংথিনা ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপা মীনা ব্রহ্মলোক ফংই। ময়াই ওইনা তৌবনা লাই ওইনা পোকই। ইতোন তোনবা ব্রহ্মচর্য্য তৌবনা অথোইবা পণ্ডিত ওইনা পোকই।

সুদুষ্করং ব্রহ্মচর্য্যমুপায়ং তত্র মে শৃনু।
সংপ্রদীপ্তমদোর্ণগ চ নিগৃহ্ণীয়াৎ দ্বিজোরজঃ॥

ব্রহ্মচর্য্যবুদি মীওইবনা তৌঙমদবনি, অদুবু মদু তৌবা ঙম্নবা উপায় লৈ— পুক্লিংদা সুপীগী রাগ হেক পোক্লকপদা মাবু লাক-শিনগদবনি। মরম লৈতনা সুপীগী রা ঙাংবা মথোন তাফদে, মফি য়াওদবী সুপী য়েংফদে, পুক্লিংদা সুপীগী রাগ পোক্লবদা, কামগী অইনবা কনথংলক্লবদা "কৃচ্ছ্রব্রত" য়াম্না কনবা ব্রত তৌগদবনি অমসুং ঈশিংদা কুমহুনা 'ওঁ ঋতঞ্চ সত্যঞ্চ''নচিংবা অঘমর্ষণ মন্ত্রবু অহুমলক শোনগদবনি।

মন্ত্রস্তু :—

ওঁ ঋতঞ্চ সত্যঞ্চাভীদ্ধাৎ তপসোঽধ্য জায়ত।
ততো রাত্র্য জায়তঃ ততঃ সমুদ্রো অর্ণবঃ॥
সমুদ্রাদর্ণবাদধি সম্বৎসরো অজায়ত।
অহোরাত্রানি বিদধদ্বিশ্বস্যমিষতো বশী॥
সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথা পূর্ব্বমকল্পয়ৎ।
দিবঞ্চ পৃথিবীং চান্তরীক্ষমথো স্বঃ॥

হৈ শিংবা মীনা জ্ঞানগা লোইননা পুক্নিংনা রজোগুণগী মশক ওইবা অপাম সুংশিগী শম্ননিংববু হৌত্তং তত্তুনা মাংহনগদবনি।

মধ্য চ হৃদয়স্যৈকা শিরা তত্র মনোবহা।
শুক্রং সংকল্পজং নৃণাং সর্ব্বগাত্রে বিমুঞ্চতি॥

মীওইবগী থম্মোইগী ময়াইদা মনোবহা কৌবা শিংলী লৈ। মাদি থঙ্গিন মনুংদা লৈবা কদম্ব মপানগুম্বা শত্থম অত্থগী মনুংদা খোংনাং মনাগী ময়াইদা লৈরিবা মশিং অত্থগী মত্তোগুম্না অকুপ অকুপ্পা শিংলী (১৭২) চামহুম্ফ্ত্তরানিথোই লৈ। মতুব যোগীশিংনা মনোবহা শিংলী কৌই। চাথিবা চিঙ্গাক্না ওনবা রসনা মরম ওইহনা পুক্নিংব মুত্তাইহনবা মরীনি। মনোবহা শিংলীনা হকচাং পুম্বা শিম্ফুংনা লৈবা বীর্য্যব (ফম্বীব) মপান্দা পুথোকই।

পরস্মন্তর্হিতং সর্পি যদ্বন্নির্মথ্যতে খজৈঃ।
শুক্রং নির্মথ্যতে তদ্বদ্দেহ সংকল্পজৈ খজৈঃ॥

শঙ্গোম মাথা চিংনবা চৈনা শঙ্গোমদা নৈরগা, শঙ্গোমগী মমুংদা লৈবা ঘীৰ মথক্তা কাথংহনবগুম্না, পুক্লিংনা নিংশিংহূনা মনোবশা শিংলীবু নৈহল্লগা হকচাংদগী বীর্য্যবু মপান্দা পুথোকই। মরম অসিনা মুপীগা তিম্নদ্রবস্থ পুক্লিংনবু থল্লুরবদি, মিৎনবু উরুরবদি, নাকোংনবু তারুরবদি, ভাবনবু শাগৎলুরবদি মরম্নাই মথন্ত বীর্য্যবু মপান্দা পুথোক্লবগী লম্বী ওই। বীর্য্যবু নিংথিনা মোক্তবদি ইশ্বর নিংবা য়াদে, ফংদে হায়বদি মথক্তম্ব হায়খ্রে অতূনা মপান্দা বীর্য্য চৎপা, মপান্দা লম্বোইবনা করি কান্নবা ফংগদগে।

ব্রহ্মচর্য্য তৌ, বীর্য্য থাদোকনু হায়বনা তাকপদি য়াম্না লাই। মী খুদিংনম্ব হেক্তা ত'কপা ঙমই। করম্না ব্রহ্মচারী অমা ওইগদবনো হায়বা অতূদি শুরাই তরাইনা হেক ওইবা য়াদে। ব্রহ্মচর্য্য তৌগে হায়রবদি হকচাং অমদি ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লোইনা লাকশিনগদবনি। য়াম্না লুবদি অম্মুম্না তৌরুবদগী ফত্তবা ওইথোক্লকপম্ব য়াওই। ব্রহ্মচর্য্য তৌবা হায়রগা খ্বাইনা থংনরিবা নিত্তিগী অহুম্নক ঈরুজবা (প্রাতস্নান, মধ্যাহ্নস্নান, সায়ংস্নান) অয়ুক্তা, মুমিংয়ুংবদা, মুমিদাংরাইদা ঈরুজবা, ভিক্ষা নিতূনা চাবা, থাও তৈদবা, লৈনচিংবা মনম মুংশিবা অমদি ফজবা পোং শোক্লবা, খোংদা খোংউপ উপ্তবা, কোক্তা ছাটিন তুপ্তবা, লৈবাক্তা ফি অমতং থারগা হিপ্পা, কৌপিন বহির্ব্বাস শেৎপা, জগোই ঈশৈনচিংবা রাগ লৈবা শিজিন্নদবা, মুপী মশক য়েংদবা অসিনচিংবা তাক্লবদি ব্রহ্মচর্য্য তৌবা কৌনৈ। মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তম স্কন্ধগী অধ্যায় তরানিথোইনম্ব অম্মুম্না হায়রি।

অঞ্জনাভ্যঞ্জনোম্মর্দস্ত্র্যবল খামিষং মধু।
শ্রগ্ গন্ধ লেপালংকারাংস্ত্যজেয়ুর্যেধৃতব্রতা॥
ইতি ভাগঃ ৭ম্ ১২ অঃ ১২ শ্লোঃ।

হকচাংদা খাও তৈবা, কোক্তা মনম মুংশিবা খাও শিজিন্নবা, খুৎনচিংবনা হকচাংদা নোইবা, মুপীবু য়েকপা, তা-শা চাবা খোইহী য়ু থকপা, লৈ পরেং চন্দোন্নচিংবা মনম মুংশিবা পোৎ শিজিন্নবা, স্না থুজিনচিংবা নিংথৌগী লৈতেং তৌবা, অসি পুম্নমক ব্রত তৌবা মীনা খাদোকফবনি।

১। য়ুম্বানবগী ধর্ম্ম অসিবু চাম্বনা খাদোক্তবস্মু ব্রহ্মচর্য্য চৎপা মাই, মতুদি ঋতুকালতদা ঋতু পালন তৌবা ওইনা য়ুম্বান্নগনি। অতোপ্পা মতমদদি তিন্নরোই, অস্মুন্না তৌরবদি ব্রহ্মচর্য্য তাকপা ওই। মখোই অতুদি— মহর্ষি ব্যাস, বশিষ্ঠনচিংবা ঋষিশিংনি।

২। দিবাভাগতা ( মুংখিন্দা ) মুপীগা তিন্নদববু ম্মু ব্রহ্মচর্য্য তৌবা কৌই। হায়রিবশিং অসিম্নু ব্রহ্মচর্য্যনি অদুবু অতোনবা ব্রহ্মচর্য্যনি। অধ্যাত্মজীবন ফঙ্গে তানবশিংদদি অসিগুম্বা অতোনবা ব্রহ্মচর্য্য অসিতনদি ফংবা য়াদে। খাঙ্গেশেংনা ব্রহ্মচর্য্য তৌবা হায়রবদি—

৩। পুক্লিংনা কাম্বু খনবা (কাম সঙ্কল্প তৌবা) বু খাদোকপা অসিবু ব্রহ্মচর্য্য তৌবা কৌই। নসিবু তৌব্রবদি মথক্তা হায়খ্রিবা মপাম্মোংগী ব্যবহার মঙ্গাম অসি তাকপনদি ব্রহ্মচর্য্য তৌবা কৌবা য়াদে, ব্রহ্মচর্য্য তৌবগী ফল অদু ফংবা য়াদে। পুক্লিংনা কামবু

সম্বন্ধ তৌববু থাদোকপা ওম্নবদি মপানগী ব্যবহার ময়াম অদু তৌত্র-বসু ব্রহ্মচর্য্য তৌব কৌরে। কাম্ব, চাগে হায়না .হক নিংলকপদা মনোবহা শিংলীনা ওভস্পু মপান্দা পুথোকই, অদু ওইরবদি ব্রহ্ম-চর্য্য মাংই, মতু'দি অফবা ওইনবা লম্বীদা তিঙ্খংগী মশক্তি। অসুম্না য়াম্না চোকশিন্না থন্দুনা কাম্ব, নিংশিংবা থাদোক্লবা হোৎনগদবনি। মাবু থাদোকপা ওম্নবতদা ব্রহ্মচারী ওইগদবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্ম-চর্য্যবু নিংথিনা তৌগে হায়রবদি মুপীব, থাদোক্লোইদবনি, মুপীগী মরক্তা লৈগদবনি। নত্রবদি ঐথোইগী থম্মোইদা কাম্না নিংথিনা থুপ্তুনা লৈহৌই। অদুনা মহাকপু (কাম্ব,) নিংথিনা মাংহন্নবা খুদোং চাবা ফংদে। পোৎশক অতুদগী থাপতোকে হায়রবদি, মাব, মশক উদবা মফমদা লৈরগা ওইদে, মাগী মনাক্তা মাপা তোরোৎ-থদাননা লৈরগা ওই। থন্দুনা য়েংসি মুপীব, থাদোক্লুনা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম চৎপা তারবদি মথোইদগী থাপতোক্লবগীদমক মথোইব, উদবা মফমদা জঙ্গলদা চত্তুনা লাইনিংবা অমগুম লৈখ্রবদি, হান্নবা মহাও থংখ্রবা পোৎ ওইবনা পুক্লিংদদি মতুতা থনফম থোকই। করিনা হকচাং অসি শারকপা মতমদা সংসারগী কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, ঐশ্বর্য্য কৌবা মচাক অদু য়াওরক্লবনি, মতুব, চর্চ্চা (ভজনা শিজিন্নবা) তৌরক্লবনি, মতুনা পীবা অবা-মুঙাই কয়া ফংলক্লবনি। ঈশ্বরনা ঐথোইব, সংসারদা থারক্লবনিনা মানা তৌরু তৌরু হায়বা থবকশিং অদু তৌদবা য়াদে। পোকপদগী জ্ঞান তারক্লবা মতমদা বিদ্যা তম্নবা, গুরুদগী বিদ্যা ফংনবা হোৎনবগা লোইননা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম পালন তৌবা, অতুদগী গৃহস্থ ধর্ম্ম, অতুদগী বানপ্রস্থ, খ্বাইগীতুংদা

সন্ন্যাসী ওইবা হায়বসি মীওইবা অমনা তৌদবা য়াদ্রবা মানুষ্যত্ব ধর্ম্মনি (মীওইবগী ধর্ম্মনি), অদুনাদি গুরুগৃহদা লৈদুনা নত্রগা য়ুমদা লৈদুনা বিদ্যা তম্না তম্না ব্রহ্মচর্য্য চংলবা তুংদা বিদ্যা অদু সম্পূর্ণ (মপুং ফাবা) ওইরে খল্লবা মতমদা গুরুগী খোদাদগী য়ুথানবগী ধর্ম্মদা লৈদুনা সংসারগী ধর্ম্ম পুন্নমক ভাকফম থোক্লবনি। মতুঙনা চংলু-রিবা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম অদুবু পরিক্ষা তৌবা নত্রা? পরিক্ষা অদু নিংথিনা ভম্লবদি অধ্যাত্মজীবনামৃত ফংবা মীশক অমা শোয়দনা ওইররগবনি। ভসাইগী কাম অদুবু চর্চ্চা তৌবগী ফল ফংলক্লবা অমদি ফংলগদৌরিবা মহাক্না অমুক সংসারদা লৈবা নত্তনা মফম কদাইদা লৈগদগে, মুপীবু কাম্থু থাদোক্লবা হাংনবদা য়ুম থাদোক-তুনা অমদি মুপীদগী লাপথোক্লবগীদমক মখোইদগী লাপ্পা লৈদুনা ব্রহ্মচর্য্য ব্রত ভাকপা তারবদি, মখোইবু নিংশিংবা অদু মখোইগী মরক্তা লৈত্রবদি শোয়দনা হেনগৎফম থোকই। বন্দা, জঙ্গলদা লৈরিদৈদা করিগুম্বা মখোইবু উরুবা থোক্লবদি পুক্লিংবু ফাজিনবা ভম্বা শক্তিদগী মপান্দা লৈফম থোকপদি মশানা তারবনি। নত্রগম্বু মখোইগা তিন্ন-তোং তৌবগী অবা-মুঙাই অদু অমুক্তং ফংনবগী আকঙ্খা (পামশিনবা থৌরাংবা) গী শরুক হেনগনি। থৌরাংবা অদুনা হেনজিনখ্রবদি মতুবু অমুক থাদোক্তুনা বানপ্রস্থ অমদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম তৌবা ভম্ফম থোক্লিবরা? অদুনদি করি তৌগদগে হায়বদা মখোইগী মরক্তা তোরোং-থদাননা লৈনা লৈনা মখোইবু তুকচ্চবা হঙোইবা মিংয়েংনা য়েংবা ভম্বা, অদুনা মখোইদগী বাথল পুক্লিংদা লাপথোক্লবা হোৎনবা ভম্বা অসি নত্তনা, 'মখোইদগী

লাপথোক্লবা অতোপ্পা সংসার অমা লৈফম থোক্লে। হায়রিবা অসি কায়দনা ঙাকপসি অরাবগী মশক্কি হায়বসি নিংথিনা থংলবা যোগী ঋষিশিংনা পোকপদগী জ্ঞান থরা থরা তারক্লবা মতমদা চূড়াকরন্নচিংবা তৌরবা তুংদগী সংসারীক মায়া অসিদা পুক্নিং লূপ-শিন্দ্রিনৈগী মতমদা মমা মপা ওইবশিংনা গুরুগী ময়ুমদা লৈহন্দুনা গুরুদগী বিদ্যা তম্না তম্না ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম পালন তৌনরমই। অদুগী তুংদা গুরুগী য়াথং ঙাকপা ওইনা সমাবর্ত্তন তৌরগা গৃহস্থ ধর্ম্ম পালন তৌবা ওইনা সংসারগী কর্ম্মশিংবু পালন তৌরগা পুন্সিগী থোংচৎ য়েংহনা মাগী মাগী মতম লাইনা, মতম থংনা বানপ্রস্থ ধর্ম্ম সন্ন্যাস ধর্ম্মনচিংবসিবু ঙাকই। মরম অসিনা নুপীদগী কামদগী থাপ্না লৈগে হায়রবদি মথোই (নুপী) গা তোরোৎ থদাননা লৈবা নত্তনা অতৈ উপ য় অমা লৈতে।

দক্ষ প্রজাপতিনা মথক্তা হায়খ্রিবা "অষ্টাঙ্গ মৈথুন" অদুনা ব্রহ্মচর্য্য তৌবা মীনা নুপীবু থাদোকউ হায়বা নত্তে। নুপীবু থাদোকপদি সংসার থাদোকপনি, সংসারবু থাদোক্লবদি করম্না ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম ঙাকপা ঙম্ফম থোকপগে। বন্দা চত্তুনা লৈরবসু নুপী অমদি কাম্বু কোক্কদবা নত্তে, কামগী মরুদি ঐথোইগী ইহৌসা অসিদা চেৎনা লৈ। অদুনা ইহৌসা অসিদা লৈবা কাম্বু ঐথোইনা শেংনা থংনা মাংহনগদবনি, অদু নত্রবদি ঐথোইনা ইন্দ্রিয়বু লাক-শিনবা ঙম্বা হৌনদে। কনাগুম্বী অমগা মনুংদা মরী লৈনবা হায়বসিমক্তবু করিগুম্বা পোৎশক অমা ফঙ্গে হায়না তাক্লিবা সাধক অমনা তৌবা সুপয়া ম্লাদে। ঐথোইনা করিগুম্বা অকবা থবক অমা

পাংথোক্কে ভানগে, কক্সে, খঙ্গে হায়রবদি মুপীবু থাদোকপদি ভৌ-দনঃ মাঙোন্দা কামভাব লৈভনবদি হন্না হন্না সাধনা (হোৎনবা) ভৌদবা য়াদে। ভগবান্না মুপী অমদি মুপা অনি অসি ভিনশিন্নদুনা ফজখ্রবা লূখ্রবা মীওই মীপাল অমা শেমগে থোকহনগে হায়দুনা শেম্বনি। অদুবু হৌজিক ফাওবদা ঐখোইনা কামভাবপু থাদোকপা ঙমদরি অদুনা ভগবান্না নিংবদি হৌজিক ফাওবা থুংদরি। মতাং-সিদা কনাগুম্বনা কাম্বু থাদোক্লবনি, কাম্বু লাকশিন্নবনি হায়দুনা মহাক মহাক্কী মশাদা পাল্লিবা ইন্দ্রিয়বু খুৎলাইনা ককথৎপা য়াওই। মসি কনাগুম্বা যোগীশিংনা মহাক মহাক্কী ঈশ্বর নিংবদা অয়েৎ-অপন পীদনবনি হায়দুনা ভৌনবা য়াওই। মখোইনা থল্লি— "ঐখোইগী জননেন্দ্রিয় অসি কংখ্রসনু" মসিনা কংখ্রবদি অথুপ্পা মফমদা লেং-ওক্ত-বগী ভাব ওইগনি (তিন্ননিংবা পোক্লোই) মদুনা ব্রহ্মচর্য্য ভৌবদা কান্নগনি অসিনি। মদু অচুম্বদি ওইবা য়াই, অদুমদি ওইরগা নূপা নূপী অনিগী জননেন্দ্রিয় অসিদি, নূপা নূপী অনি তিন্নবদা রেত (নূপাগী বীর্য্য), নূপীগী রক্ত (ঋতুগী ঈ) থোক্লক্লবতগী খুৎলাইদি নত্তে। রেতবু মপানলোমদা থোকহন্দনা মথক্লোমদা চিঙ্খৎলবদি থোপ্তা কান্নখ্রবা ওজস্ পৈশিন্দুনা থম্বা ঙমই। নূপা নূপীগী জন-নেন্দ্রিয়গী অন্তঃস্রাবনা হকচাংবু ফজহল্লি, পাঙ্গল কলহল্লি। নূপাগা নূপীগা নক্কনা লৈমিন্নরবদি মখোই অনিদি থংদনা মখোই মখোইগী হকচাংদা জননেন্দ্রিয়দা লৈবা অন্তঃস্রাবী শিংলীনা ওজস্পু পুদুনা হকচাংপুম্বদা শিন্দোকই, মদুনা হকচাংবু ফজহল্লি। মসিবু মৈতৈ ঐখোইনা "এন লৌবা" কৌই। অসিগুম্বা থবক ভৌনরি খ।

জননেন্দ্রিয়বু থুংলায়না ওইরবস্থু যোগনা ওইরবস্থু কংহনখ্রবদি অমস্থুং লোথোকখ্রবদি থোপ্তা ওজস্ পৈশিন্নবা তাইবং মপুনা পীরকপা থুং-লায় অন্তঃস্রাবী অতু মাংখরে, অতু ওইরবদি ব্রহ্মচর্য্য তৌবগী পাঙ্গল পীবগী মতেং পীনবা লৈতরে। মুপা মুপী অনিগী নকুবনা মথোই অনিগী অন্তঃস্রাবী শিংলীনা ওজসপু থোপ্তা পুখত্তুনা পৈশিন্নবা, হকচাং পুন্নমক্তা শীনবা, হকচাং ফহনবা, পুন্সি শাংহনবা, না-য়েক্তবা পী। মসি নত্তনা অনিনা পুক্লিংদা কামগী মুগুাইবা পামতুনা জন-নেন্দ্রিয়বু তকুবা, মপান্দা রেতবু পুথোকপা অসিদি মাংনবগী মরুনি। মরম অসিনা কামগী মুগুাইববু থিংতুনা রেতবু কোক য়েনা থাঙ্গৎ-কদবনি, মসি অভ্যাস তৌববু ব্রহ্মচর্য্য তৌবা কোই। অসিগুম্বা সাধক অসিবু তৌনবগীদমক সহজিয়া অমদি তান্ত্রিক সাধন তৌব-শিংনা মুপীবু মথোইগী লম্বা ওইনা হায়বদি সাধকী সাধিকা ওইনা লৌই। অম্মুম তৌতুনা সহজিয়া সাধক অমসুং তান্ত্রিক সাধকশিংনা মুপা মুপীগী জ্ঞান য়াওদনা তিন্নবা হায়বা শাগী লমচৎ অসি হুন্দো-ক্তুনা অশেংবা, অরেপ্পা, অচুম্বা লম্বেলদা তিন্ননবা সাধনা তৌই। মথোইনা কামিণীবু থাদোক্তে কামনাবু থাদোকই।

সহজিয়া অমদি তান্ত্রিকশিংদি— মথোইনা ইন্দ্রিয়বু চান্ননা লাকশিন্নগা মুপীগা তিন্নতুনা শৃঙ্গার রসপু লৌই, চাই। খ্বাইপুন্নমক্তা তৌনরিবা অম্মুমদি তৌদে, মশাদা কামগী উত্তেজনা (অইনকনবা) দি লৈতে। অতুম্ম মুপীগ তিন্নবদি রেত মপান্দা থোক্তে, অহোয়নতুম মতুনা মথক্লোমদা পুখৎনবদা শিক্তিনৈ। অসিগুম্বা সাধনা অসিদি অরাইবা নত্তে। অম্মুম্মা তৌরুবদা হৈত্রগা ফত্তবা লম্বীদা চংখিতুনা

তাইবংদা নিন্দা তৌনবস্থ য়াওই, অতুনা শোয়বা য়াবা স ধনা অসিদি তৌদনা অচুম্বা লম্বেলদা চত্তুনা তানবনা হেন্না ফৈ।

নৈনরুবদগী থংবা ওমহ মতুদি— নুপীগা তিন্নরুবনা রেতবু থক্‌ত থাঙ্গৎপা, নুপীবু কামভোগ য়াওননা তিন্নবা, রতিসুখ ফংনবগী· দমকম্থ কাম্বু শিজিন্নবদা হকচাংদা উত্তেজনা পোকহন্দবা ওমই, অতুবু মসি শোয়বা য়াবা থোংফম ওইবনা থাদোক্কদবনি। মসিগী মরমদা অফাওবা কবি চণ্ডিদাসনা অস্থম্না ইরমই—"নুপীগী পুকচেল, নুপীগী থবক, নুপীগী মরম থংবা অরায়বা নত্তে, নুপীদা হুগা অমৃতগা তিন্ননা পুন্না লৈ"। চাক্লিবা থাংমৈগী মৈরীদা মৈঙালগা অশাবা মৈশাগা অনি পুন্না লৈ, মৈগী মৈঙাল ফজবা উরগা মৈরানবীনা পাইশিন্দুনা মথরাই থাই। অতুম্নদি ওইরগা রস থংবা মীতনা থংই মতুদি "হুগী শরুক থাইদোক্লগা অমৃতগী শরুক লৌগনি" অতুনা সাধকশিংনা নুপীগী মরক্তা লৈ অতুগা কামবুদি কৈদৌন্নুংদা শোকহন্দে।

সহজিয়া পন্থ হায়বসি ভারতবর্ষগী কুইরবা ধর্ম্ম মথল অমনি। ধর্ম্ম অসি চংপা সাধুবু ঐখোইনা "বাউল সাধু" কৌই। সহজিয়াগী মনুংদা চণ্ডিদাস হায়বসি য়াম্না অফাওবা কবি অমনি। মহাক্না সহজিয়াগী মশক তাক্কুনা কয়ামুক ওইবা রচনা ইরমই।

পুক্নিংনা কামগী অমোৎপা কোকহল্লগা রাগাত্মিকা ভজন তৌই। অতুগুম্বা মীতুঙনা সহজিয়া সাধক ওই। সহজ হায়বদি "লায়না ভগবানবু কংবা লম্বেল" হায়বনি। অতুবু সহজ (অরায়বা) সাধনাদি অরায়বা সাধনা নত্তে। নুপী নুপাগী কামগী উত্তেজনা

লৈভবা হায়বসি কনখ্রবা সাধনানি। মসি ভুমবা তানবা সাধনা অসি অরাইবা সাধনা নত্তে, কাম্ব থাদোকপা ভুমবদি ভগবানবু ফংবা হায়বহু মশানা মত্ত রবনি।

মশক লৈভনা মচু লৈবা হোনদে, চংজবা নত্তনা থোকপা (পাংথোকপা) য়াদে, কমদোনা চংগদগে? পুক্লিংগা লোইননা তাইবংগী মশক ওইরিবা প্রকৃত্তি-পুরুষ (শ্রীরাধা-কৃষ্ণ) দা পুক্লিংগা লোইননা মঞ্জরী নাইনা শ্রীরাধাগী অষ্ট শখী (শখী নিপাল) গী তুংইন্না চংজগদবনি। শ্রীরাধাগী শখী মঞ্জরী নিপাল (৮) [ ১। ললিতা, ২। বিশখা, ৩। চম্পকলতা, ৪। চিত্রা, ৫। তুঙ্গবিস্থা, ৬। ইন্দুরেখা, ৭। রঙ্গদেবী, ৮। সুদেবী ] অসিনি। ললিতানচিংবী শখী মঞ্জরী নিপালগী তুংইন্দুনা শখীগী ইঙ্গিং মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সেবাবু পুক্লিংনা তৌজগদবনি। মসি সহজিয়া ভজননি। অদুবু মসি মমৈদ মীনা নিন্দা তৌনবগী মশক ওইখি, মরমদি— বৌদ্ধ যুগকী বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অতোপ অতোপ্পা সম্প্রদায়শিংগা তিন্নখি-দুনা মশক হোংখিবননি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভূনা মথক্তা হায়রিবা অমোৎপা অসিবু শেংদোক্লুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লৌশিন-বিরমই।

**সিদ্ধ পুরুষশিংনা হায়:—** কনাগুম্বা মীনা মুপা মুপী তিন্ন-দুনা রেত্ত তাখ্রবসু চহি তরানিথোই চুপ্পা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম অমুক চৎলবদি মীদুগী মশাদা ওইথোক্তবা পাঙ্গল পোক্লকই অমসুং মশাদা হান্না লৈরমদবা মেঘা নাড়ী কৌবা মরী অমা পাল্লকই। মেঘা নাড়ী অদুগী মপান্না কাওদবা ভুমই, মানা খংদবা লৈতে। তাইবং

মীওইবনা দিব্য অধ্যাত্মজীবনবু মপোক অসিদা পুল্লপ্পা ফংগদবা নত্তে। পোকপদগী হৌদুনা মথং মথং শেমগৎলক্লগা মাবু ফংনবা মপোক কয়াদা চংজরবা মতুংদা ফংগদবনি। অসুম্না চংশিনবদা খুদোং চানবগীদমক্তা বেদনা ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, অমসুং সন্যাস কৌদুনা আশ্রম মরি অসিবু পিরি। অসুম্না দিব্য অধ্যাত্ম জীবন শেমই। মমৈ ইরোই লোইবদদি মাবু ফংনবগীদমক সংসার পুম্নমক থাদোক্লুনা সন্যাস তৌবা অসিনি। তৌইগুম্বসুং মচু মরাই-বক ফবা কনাগুম্বতদা ফংই, অয়াম্বা মীগী মরাইবক্তা থোক্কে। বেদনা তাক্লিবা ধর্মদি অহানবদা জ্ঞ ন থরা থরা লৈরক্লবদা গুরুগী নাক্তা লৈদুনা ব্রহ্মচর্য্য তৌদুনা শিক্ষা দীক্ষা তৌগনি, মথংদা মুপী নহা থিদুনা যুম্বানবগী ধর্মদা চংগনি। মতমতুদা লল অমসুং কামগী মতুং ইন্না লৈগনি। মতুংদা মমিত্তা মশুমুপা ধার উরবা তুংদা বন্দা চত্তুনা ঈশ্বরবু নিংদুনা বানপ্রস্থ ধর্মদা দীক্ষা তৌগনি। অদুগী তুংদা সন্যাস তৌগনি, মসিবু আশ্রম মরি কৌই। মসি মথক্তসু উংখ্রে, মীওইবনা মশা মশাগী বাসনানা (হৈনবীনা) পুন্দুনা, অতোনবী মহৌশা কৌবীগী মপুংদা লৈদুনা কোন্নোলগুম তাকথি-গদবা, অরেপ্পা লৈতবা, অরাবগী মশক ওইবা, শানত্তমত্রবা সমুদ্রগী মশক ওইবা তাইবং অসি লাম্নোক্লগা দিব্য অধ্যাত্ম জীবন ফংনবা তাক্লিনগদবনি।

## "সন্ন্যাস"

বর্ণ আশ্রম লৈব', বেদ বিধি চৎলিবা মীশিংনা ব্রহ্মচর্য্যদগী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, অরোইবদা সন্ন্যাস ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌগনি। সন্ন্যাস করিনো, করম্না তৌগদবনো হায়বা মাগী বিধি (রায়েন) দি তোঙাম্না চাওনা লৈখ্রবনি। গীতানচিংবদস্থ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদস্থ নিংখিনা তাকখ্রবনি। অতৈ অতৈ গ্রন্থ (লাইরিক) কয়াদস্থ লন্বী অসি চাওনা তাকুনা লৈখ্রবনি। সংসার ত্যাগী (সংসারবু থাদোক্লবা) ওইরবা মীনা তিন্দগী ব্রহ্মা ফাওবদা লৈরিবা "আত্মা" হায়রবা পোৎশক অসিগা, পরমেশ্বর পরমাত্মা হায়রবসিগা থেন্নদে অমত্তুনি হায়রবা সমতা (মান্নবা) ভাব অসি উদুনা সংসার অসিমক্কী রূপ (মশক) অসি অতোপ্পা ওইনা উদে, স্বয়ং পরমাত্মানি, পরমাত্মা নত্তবা পোৎ অমত্তা সংসারদা লৈতে হায়না থংই। মদুম্না থনবা ঙম্নবা সন্ন্যাসী অদুনা মহাক্কী আত্মাগা, তিন অমগী আত্মাগা, সংসারবু শেম্বীরিবা ঈশ্বর পরমাত্মা অদুগা অমত্তা ওইনা উবা ঙমলকই। মত্তাং অদুদদি মাগী আত্মাগা পরমাত্মাগা অমত্তা ওইবা ঙম্লবনিনা সংসারদগী লানবা (মোক্ষ) হায়রবা খুভম অদু মশানা লাকচবনি।

মরিশুবা আশ্রম সন্ন্যাস হায়রবসিদা দীক্ষা তৌরবা, সংসার অসিবু থাদোক্লবা মীশক অসিনা অরোইবা মতমদা, দেহগা আত্মাগা কায়নরবদা মহাক্কী আত্মানা পরমাত্মাদা তিনবা অদুবু মহামোক্ষ পদবী (অরানবা খুভম) ফংবা কৌই।

মসি য়ৌবা কাওবগী লম্বী হায়রবদি মোক্ষ ফংনবা তাল্লিবা লম্বী অসিবুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম কৌই। সংসারবু চপ মান্নবা থনবা ঙম্বগী

থাক অসি য়ৌক্রিমথৈদি ফনা সন্ন্যাস তৌহুনস্থু অরানবা খুভম মহা মোক্ষ কৌবহু ফংবা ঙমগদবা লৈতে। মোক্ষ ফংবা হায়বসিস্থু মথল কয়ামুক লৈরি, পরমেশ্বরগী লোকতা হায়বদি পরমেশ্বর অহুগী ধামদা (লৈফমদা) লৈবা, মামক্কা শক্তি (তৌভম্বা) মান্নবা, মাগা মশক মওং মান্নবা, হায়বদি পান্থোম মরি পান্দুনা লৈবনচিংবা মথল কয়ামুক লৈরি। অসি নত্তবা "মহামোক্ষ" হায়হুনা পূম্নমক থাদোক-লগা মামক্কী শ্রীঅঙ্গদা (মশাদা) ভিনবা, মতম পূম্নমক্কা নিত্য আনন্দ, নিত্যস্থখ ফংবা হায়বদি মতম পূম্নমক্কা মাগী লিলা য়াওহুনা, মুঙাইহুনত্তা লৈবা অহুগুম্বা নিত্যস্থখ অহু ফংবনচিংবা মথাং অমস্থু লৈরি। মহা মোক্ষ ফংলবদি সংসারদা অমুক হন্না পোক্তে, সংসারগী অরাবসি অমুক হন্না য়াওদ্রে। জগৎ অসিবু অমুক লৌ-শিন্নিংবগী কালগী খোংচৎ ভুংইনবগী রাখল অহু পরমেশ্বরদা লাক্লহুনা জগৎ অসি লৌশিনথ্রগা, মতম কয়ামুক লৈরবা তুংদা অমুক হন্না লিলা শান্নিংহুনা নোনা জগৎ অসি শেম্বা মভাংদা, শেম্লিবা মপু মহাক্না অমুক পুথোক্লিংলক্তি বমথৈদি মাগী শ্রীঅঙ্গদা ভিন্দুনা নিত্যানন্দ নিত্যস্থখ ওইহুনা মতম পূম্নমক্ক মুঙাইহুনত্তা অহুম লৈরগদবনি। মসিনি জগৎনা তান্নরিবসি, অহুবু ফংঙমত্রবা পোৎ-শক ওইবনা কয়া কয়া থিনরি, ঙাওনরি, ফংনদ্রি।

যথা হ্যাতুর সন্ন্যাসো গৃহ্যতেঽস্মিন্ মুমুর্ষুণা।
এবমাতুর বেষোঽপি গ্রাহ্যস্তেনাপ্তয়ে হরেঃ॥

তস্মিন্ কালে তু যে সাধ্যা সংস্কারাস্তান্ বিধায় বৈ।
আত্মানমর্পয়েৎ প্রাজ্ঞো গুরোরগ্রে স্ববাক্যতঃ॥

সংসারদা লৈরিবা মীনা সন্ন্যাস তৌবসি ওমত্রিহৈদা মপুক্লিং-নদি সন্ন্যাসপুদি পাম্নবদি শিগদৌরবা মতমদসু আতুর সন্ন্যাস কৌবা সন্ন্যাস অদু তৌদুনা প্রেষ্য মন্ত্র শোল্লি। অসুম্না বৈষ্ণব বেষ লৌবা ওমত্রিবা মীনা শিগদৌরবদা আতুর বেষ অসি লৌই, অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা জগৎনা হোৎনরি। মতাংসিদা সন্ন্যাসকি অর্থদি মুম্না থংদবা, মশা মশাগী ফিভম কোম্নবতা মথনবা ছায়বদি, মী লৈজদে, সেবা লৈজদে অদুনা থবক থবা কোম্নবা বেষ ওনসি অসুম্না কনা কনাগুম্বনা ওস্লোকপা রাখল অসি থন্দুনা, সন্ন্যাসকী মগুণদি থংদনা সেরান্নবা লম্বীদা পুদুনা, শিগদৌরিবা মীশক অদু ফাওবা ভাব তাহন্দবমথৈ থবক কোম্নবগীদমক আতুর সন্ন্যাস লৌবা য়াও-নরি। মসি মুম্না থম্বরবদি বেদ বিধিগী চৎফম থোকপা লম্বীসু চত্রব', সন্ন্যাসকী লম্বীসু চত্রবা, মরক্তা করম্বা লম্বেলদা চৎলিগবনো অরাবনি।

আতুর সন্ন্যাস অসিদি মতম্না খুয়্যৌনবদগী অদুক য়াম্বা বিধি-শিং অদু থাদোক্লগা তৌদবা য়াদবা বিধি অমনিদং থনগৎলগা ছায়বদি— স্নান তৌবা, চন্দোন থিনবা, কৌপিন, ডোরী বহির্ব্বাস লৌরবা মতুংদা তরাগুবা আত্মসমর্পন কৌবা অদুদংদি শিগদৌরিবা মী অদুবু মচিন্বা হায়রহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা মশা, মথরাই, মাগী ছায়রবা পূম্নমক কচ্ছগনি। মসি শ্রীগুরুগী মাংদা শ্রীগুরুমরক্তা সাক্ষী ওইনা

তৌগনি। করিগুম্বা গুরু ওইবা য়াবা মতিকচাবা য়াওহ্রবদি (লৈত্রবদি) শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভূ লেংশিন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গমকপু গুরুনি খঙ্গ-দুনা আত্মসমর্পন অসি তৌনবগীদমক ব্রাহ্মণ অমম্ভু সেবা চংহনগনি। হায়বদি শ্রীগুরুনা তৌবিগদবা খবকশিং অদু ব্রাহ্মণ অদুনা তৌবি-গনি। শ্রীগুরু য়াওহ্রবদি বৈষ্ণবকী সদাচার লৈতে, ভক্তি শাস্ত্রগী বিরুদ্ধনি। বেষ লৌবা হায়বসিদি মুণীস্ম লৌবা য়াই. অদুবু মখোইগীদি কৌপীন শেংপা সংস্কার অদুদি তৌরোই। বেষ ফংখ্রবনা শিরবদা হকচাং অদু মচানচিংবনা মৈ থাবা, ফুম্বা, গঙ্গানচিংবা তীর্থদা থাদবা, অপাম্বা অমা তৌসমু, তৌত্রগা তোক্লবম্নু শিখ্রিবা অদুগীদি করিমত্তা অমাংবা লৈত্রে। শিখ্রবা অদুগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, লিলাবু কীর্ত্তণ তৌবা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ভজন, পীজ-পীথক তৌবা অসিনি অভৈদি তৌররোই।

সংস্কার মথল ভরাগুবা আত্মসমর্পন হায়বা অদু তৌখ্রবা মী অদুদি হান্নগী জাতি, বর্ণ অদু থাদোকখ্রে, গোত্র হোংখরে, "অচ্যুত গোত্র" কৌবা অদু ওইখরে। পোষ্য পুত্রঃনচিংবা কৃত্রিম পুত্রঃনা হান্নগী মপাগী গোত্র অদু থাদোক্লুনা অকোনবা মপাগী গোত্র অদু ওই। অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণদা মশা অদু কখোকচখ্রবা মীদি অচ্যুত গোত্র ওইরে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভূনা :—

নাহংবিপ্রো ন চ নরপতির্নাপি বৈশ্যো ন শূদ্রঃ।
নো বা বর্নী ন চ গৃহপতির্নো বনস্থো যতির্বা॥

কিন্তু প্রোদ্যন্নিখিল পরমানন্দ পূর্ণামৃতাব্ধে—
গোপীভর্ত্তুঃ পদকমলয়োর্দাস দাসানুদাসঃ ॥

অম্বম্না শ্রীমুখমক্সা তাকপিখি :—

ঐদি ব্রাহ্মণ নত্তে, ক্ষত্রিয় নত্তে, বৈশ্য নত্তে, শূদ্রসু নত্তে, শুপ্নগী বর্ণ নাইবা জাতি নত্তে, গৃহস্থ নত্তে, বান-প্রস্থ নত্তে, যতি সন্ন্যাসীসু নত্তে, ঐদি অতৎপা চৈতন্য হেনগৎপা, মহাপরমানন্দগী মশক ওইবা, অমৃতগী সমুদ্র ওইবা, গোপীগী মবুঙেঙা, শ্রীকৃষ্ণগী চরনগী মনাইগী মনাইনি ।

( লোইরবা )